# জিঃ সিঃ তোংব্রা নৈনবা

## ব্রারেং



নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল

# জিং সিং তোংৱা নৈনবা ৱারেং

সম্পাদক

ডাঃ পোলেম নবচন্দ্র

মহাৱোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
কৈশামপাৎ মধুভৱন, ইম্ফাল।

G. C. Tongbra Neinaba Wareng

(a collection of Seminar papers & Critical Essays )

OCTOBER, 1999



অহানবা ফোঙবা : ওক্টোবর, ১৯৯৯

ফোঙবা : নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
কৈশামপাৎ মধু ভবন, ইম্ফাল ৭৯৫০০১

কপী মশীং : ১০০০



মমল : লুপা ৫০/-

নম্ফম : পি. এস: প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরী
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, মচিন।

# য়াওষ্কম তাকপা

# "ৱাহৈ খৱদং"

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা মণিপুরী সাহিত্যগী লম-য়ানবা অইবশিংগী পুন্সি অমসুং সাহিত্য নৈনবা লাইরিক কয়া মথং মথং পুথোকচবক্রি। ডা: কমল, অঙাংহল, দরেন্দ্রজিৎ, নবদ্বীপচন্দ্র অমদি খাইবাকপম চাউবা নৈনবা ৱারেং কয়া পুথোকখ্রে। হন্দক পুথোকচবিবা 'জি: সি তোংব্রা নৈনবা ৱারেং" অসি খু: কুম: ১৯৯৫ গী জুন ৪ দা সমিতিনা পাংথোকখিবা জি সি তোংব্রাগী সাহিত্য হায়বা সেমিনারদা পুথোকপ্রবা চেশিংনি সেমিনারসিগী তোপ তোপ্পা শরুক অমা ওইখিবদি ওজা মশামক্তা সেমিনারসিদা শরুক য়াবিদুনা ৱাহং পাওখুম কয়া পাংথোকখিবদুনি। মণিপুরী ড্রামাগী জগৎতা জি: সি: তোংব্রা অঙকপা থৌদোক অমা ওইনা লৈহৌবগনি। ওজাদি মশামক-ইন্সটিট্যুসন অমা ওইববনি। ড্রামা ১০০ দগী হেন্না পুথোকপিদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা য়াম্না কয়া তৌবীরম্লবা শকনাইরবা সাহিত্যকার অমনি অসিগুম্বা ওজাগী গুণশিং বু মণিপুরী সমাজদা হেন্না খঙহনজনিংবদগী হন্দক সমিতিনা চেশিংসি লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি। লাইরিকসিনা জি: সি তোংব্রাগী পুন্সি অমসুং সাহিত্যবু মশক খঙবদা খবমথৈদি মতেং ওইগনি হায়না নীংজে।

সেমিনারদা চে পুথোকপিখিবা ওজাশিং - ডা: এলাংবম দীনমণি, ডা:, আই. এস. কাঙজম, ডা: এন: প্রেমচান্দ অমসুং শ্রী এল: গোজেন্দ্র পুন্নমক্কী মকমদা সমিতিগী মাইকৈদগী তৌবীমল খঙবা উৎচরি। হায জনীংবা অমনা সেমিনারদদি চে ওইনা পুথোকখিদবা অদুবু ৱারেং অসি য়াওরগদি লাইরিক অসি মপুং ফাগনি নীংজদুনা ডা: অবাম্বম ওংবী মেমচৌবীনা ইবা ইং ১৯৯৯ দা ফোংবা "ৱাকমা মাইবী অমসুং অতৈ ৱারেংশিং" হায়বা লাইরিককী 'জি: সি: তোংব্রাগী লীলামচা' হায়বা ৱারেং অসি লাইরিকসিদা হাপ্পা য়াহনবীরকখিবী ওজা মেমচৌবীগী

মফমদা নৈহাক্না সমিতিগী মাইকৈদগী থাগৎপা ফোংদোকচরি। সমিতিগী অকুবা মতাং কয়াদা থাদোক্লবা লৈতনা লোয়নরকলবা সংস্থানসিগী সভাপতিম্মু ওইবীরম্বা, ডা. এন তোম্বীবুম্মু জি: সি. তোংব্রাগী পুন্সিগী মৎমদা রারেং অমা ইবীবগীদমক থাগৎপা ফোংদোকচরি।

সমিতিগী থৌবম কয়াদা ভাইস প্রেসিদেন্ট অমা ওইনা থৌ কয়া পুবিবগা লোয়ননা লাইবিকসি নম্বগীসু ইডিটর ওইবীরিবা ওজা ডা পি. নবচন্দ্রগী মফমদস্মু তৌবীমল থগুবা উৎচবি। লাইরিক অসিবু নম্বগী থৌদাং লৌবীরিবা পি, এস পব্লিকেসন্স গী ইনাও শরত খুমন অমস্মুং মরী লৈনবা মীওইশিংগী মফমদা সমিতিগী অচৌবা নম্মন তোনশিঞ্জরে অথোইবদা লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা মস্তেং পাংবিখিবা পুন্নমকপুস্মু সমিতিনা থাগৎপা ফোংদোকচবি।

এল: উপেন্দ্র শর্ম্মা

ওক্তোবর ৩০, ১৯৯৯ — জেনেরেল সেক্রেটরী

# রাহৌদোক

তাইবং পুন্সিদা ভানচানকবা হায়বসি করিগুম্বদা থেংনবা য়াওরবস্থু য়াম্না তাঙনা থোকই। অসিগুম্বা থৌদোক অসি জি. সি: তোংব্রাগী পুন্সিদস্থু থোকখি হায়বা য়াই। মণিপুরী অইবশিংগী মন্নুংদা মশা হিংলিঙেদা মখোয়গী সাহিত্তাবু থন্ন নৈনবগী মীফম পাংথোকখিবসি জি: সি তোংব্রানা অনীশুবনি। তোংব্রাগী সাহিত্যাগী সেমিনার জুন ৪, ১৯৯৫ দা পাঙথোকখি। মীয়াম্না থন্ন নৈনরকপদা তুমিন্না তারম্বদগী তোংব্রা মশামক থন্ন নৈনবগুদা চঙশিন্দুনা শরুক য়াখি থোইদোক্লা মুংঙাইবা থৌরম অমা ওইখি অদুবু অরাবদি মথংগী চহী হেক ওন্নকপা জুন ৩, ১৯৯৬ তনি তোংব্রানা লৈখিদ্রবতু।

জি সি: তোংব্রা (১৯১৩ ১৯৯৬) মণিপুরী সাহিত্তাগী মরুওইনা ড্রামাগী লমদা রাংলবা চীংজাওগী মশক্কি; যুগ পুবা অইবনি। মহাক লমদমসিগী সাহিত্তাগী জগৎতা অহোংবা পুরকখিবা মীনৌনি। নোকন্না শান্নবনি। ধর্ম্ম পুন্থবু মহাক ইকায় খুম্নে অদুবু ধর্ম্মদা থন্নায় তাবা মীদি ওইখিদে। মানা হায়খি, "ঐঙোন্দা করি লাই নীংবপে হংলবদি ঐনা খুমগনি: নোক্লাই নীংজৈ, নোকন্না শান্নবা ইবুংঙো মাবু নীংজৈ; ইবেম্মা মাবু নীংজৈ, তাইবঙপানবগী মীয়াম্বু নোকহনবা ঙমজনবা।" হায়রিবা রাকমসিমক অইবসিনা মাগী লীলাশিংদা থবক ওইনা ওন্থোক্লবা থৌরাংখি। মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা মীয়াম্না মহাকপু নোকন্না শান্নবা অমা' ওইনা নীংশিংবীরকপা মহাক্না পামজরম্মি। মরম অদুনা তোংব্রানা পুন্সি লোইরমদাইদা ইখিবা মহাকী পুন্সিদা ঙাথেংদুনা শাগৎপা মশাগী রারীবু 'লৈরম্মী মীনৌ নোকন্না শান্নবা অমা' হায়না পামজনা থোক্লম্মি।

অশেংবা তাইবঙদদি মীনা থক কপ্পা পামদে; লীলাদা কুম্মেদা অতোপ্পনা কপ্পা রাবদা মুংঙাইথোক্লবস্থু। তোংব্রা কপ্পা হৈনদে।

নোকপা পাম্মি। মীবু নোকহন্নিংই। পুক্নিংদা চৈনা কংলবসু থম্মোইগী অশোনবদি মহাক্কী লীলাদা উৎতে। 'কপ্পগী মহুৎ নোকপনা মুপা মানবা হেন্নি" লৌই। চহী ৮০ হেল্লক্লবা অহল ওইরকপগী মতমবু মহাক্কা চুকটা য়াম্না থকপা মীনা চিংল চিংল তেনশিল্লক্লবদা হুন্দোকক্লমু য়েংবদোনা মুংভাইতবা ফাওখি মশাগী 'পুন্সি রাবী' গী ম-মদা থোইনা নাচুংখিদে। 'কৈদোনবা ইগদোবিবনো পুন্সি রবী ? মীবু অচুম্বা ঙাংব্রাও ?' হায়খি নিংথৌশিংগী অমদি মশক নাইবা মীওইশিংগী পুন্সি রারীশিংগী থাজনিংঙাই ওইদবা, হোরৎপা মতৌ ভসি তোংব্রানা মশান। ইবা জি, বি: শোগী রাবেংদসু হান্নবা উৎপ্রবনি। লমদমসিগী অখণ্ড অহৈশিংনা মহাকপু জি: বি: শোগা হেক হেক চাংদমুবদা মানা হায়খি ; 'শোগি জাযেন্তনি, ঐদি তুরাফনি। ইরন্নাই নোক্লিং রাঙাং, লৌশিং ফাগি, সমাজগী অমোৎপা, ইবন্নাই নোক্লিং রাঙাং, লৌশিং ফাগি সমাজগী অমোৎপা তশোযবা লেরবা নত্রগা থাগৎপা অচুম্বা ফজবা মুংভাইথোক্লবা ইজবসি শোদগী নত্রগা অফাওবা অতৈংগী পুবনি হায়গদ্রা তফাওবা লেখক অরাম্বা পাকবদগী মথোযগী খুৎই রাখল রহৈ রাতা মান্নবদি য়াওবম্বা রাই" ভশেংনা পুবনি হান্নবদি মহাক যানিংখিদে। অত্তুগা মহাক শোভগী, সেক্সপিয়াবগী সেবক নত্তে, অফাওবা লেখক মানা থেংনকবা পুম্বগী সেবকনি হাযনা শেংনা য়াজখি।

মহাক্কী মতৌক মঙলদি মহাক্কী ময়া থৌরবা বুদ্ধিগী অমসুং ফাগিগী রারী রাভাইনা হাপ্লি মরম অতুনা তোংব্রানা ব্রাহৈবু লীলাগী খ্বাইদগী মক ওইবা পোৎনি লৌই মকওইনা মহাক্কী অথেংবা মতমগী লীলাশিংদা অওইবা মান্নবা লাক্লবতুদা ওইদবা কয়া হাপচিন্দুনা নত্রগা ওইদবা মান্না উৎলগা হেন্না চুম্বা অশেংবা থিনবা মতম মতমগী ওইনা অক্লবা হীরমশিং লৌখত্তুনা মরৈ অমদি ফাগিগী মরুম থুগুনা উৎনবা লাক্লরকই লীলাগী মমলদি মুংভাইবা মুংভাইতবনা লেপ্পি. অনৌবা হীরম, অনৌবা মওংদা উৎপনা ওইদে থাজরম্মী। মীওইবা অমসুং মীওইবগা মরী লৈনবা থৌওংশিং মম্বা নাইত্রবা সাহিত্যগী হীরমনি।

'মুংশি-মুংওন', নোঙ্কিংথা, অকল-অথৌ ভাইবগী লেঙত্রবা রস ভাক্তনি, মহাক্কী লীলাদসু হায়রিবশিং অসি মাওই হায়রম্মি। কমলাদগী অশিনবা অথুবা তোঙামা থায়দোক্লব য়াদবগুম্না লীলাদা মীগীদমক ইবা কলা নত্রগা কলাগীদমক কলা হায়বা অমা লৈতে। ফজবা, অচুম্বা, মুংঙাইবা য়াওবা লীলাদি প্রোপেগণ্ডা থরা য়াওরবসু য়াওরবসু 'আর্ট ফোর আর্টস সেক' নি লৌরম্মি। মসিদসু মতুনা লেখক অমগী পান্দমদি পুকচেল শেংনা অচুম্বা ইথোকপনি, লোৎনবা নত্তে, লোৎপা য়াওরবসু মত্থু শেংনা উবিনবা লোৎপা ভাবনি হায়রম্মি।

লাইব্রিকসিদা জি: সি: তোংব্রাগী মরমদা নৈনবা বারেং ৬ য়াওরি। ডা: নোংমাইথেম তোম্বী অমসুং ডা: মেমচৌগী বায়েং অনীসি নতুনা অতৈদি প্রেমীনা ১৯৯৫ দা পাঙথোকখিবা জি. সি. তোংব্রাগী সাহিত্যগী সেমিনারদা পুথোকখিবা চেশিংনি। অহানবগী জি. সি. তোংব্রাগী বায়েংসিদা জি. সি. তোংব্রাগী পুন্সিগী থোঙচৎপু চাউরাক্লা শরুক অহুম থোক্লা থায়দোক্তুনা নৈনবগা লোয়ননা মী অমা ওইনা তোংব্রা করম্বা মীওইনো হায়বত্থু তাক্লবা হোৎনৈ। অইবসিনা ডা: এন. তোম্বীগী কুনগুবা চহীচাগী খ্বায়দগী অতাঙবা অমসুং নোকবা শান্নবা নিপা অমনি হায়না শীংনরক্তুনা মহাক্কী শিবগী বাথল, মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্কী থুদোল, মহাক্কী ফাগি, সাহিত্য অমসুং কলাগী মরমদসু মগুং হনজিনা য়েংনবা হোৎনরি।

ডা. মেমচৌবীনা তোংব্রাগী লীলামচাশিংবু অতনবা, মথায় অমসুং অথেঙবা হায়না অহুমথোক্লা থায়দোক্তুনা জি: সি: তো ব্রাগী লীলামচা হায়বা বায়েং অসিদা অপাবশিংগী মীৎয়েং চিংশিন্নবা হোৎনৈ। তোংব্রাগী বাথলোন অমসুং মীৎয়েংদা হোংলক্লিবশিং অহুগী মঙাল মহাক্কী লীলাশিংদা তাক্লিবত্থু মীংথিনা পুথোক্তুনা থম্বগা লোইননা অথেংবা মতমগী অচুম অরানগী মীৎয়েংনা পুনবা য়াত্রবা মীওইবগী মুংগী ওইবা মরমচৎ উৎনবা থৌমাংজিবা লীলাশিংগী মচং ওইবা বায়োলশিং অত্থুবুসু অইবী অসিনা শেংনা উৎনবা লাক্লরি।

জি: সি: তোংব্রাবু সমাজবু অতাবী মীৎয়েংদা ( যথার্থ ) কূপশিন্না য়েংলবা সমাজিক পুন্সিদা লুপ্পবা অইবা অমা ওইবা শীংথাম্নহুনা ইমুং মনুংদগী হৌরহুনা লৈবাকী, নাৎকী, মহৈয়শীংগী, সাহিত্য কলা ফাওবগী অরুবা থাক্কম করাবু কোনশিন্দুনা "তোংব্রাগী খ্রামাদা নৈনরিবা সমস্যাশিং" হায়বসিদা প্রো: নীণমণিনা মরীশকুম্না নৈনৈ।

ডা: এন: প্রেমচান্দগী থারেং অসিগী মরুওইবা পান্দমদি মণিপুরী খ্রামাগী লমদা অচৌবা অহোংবা পুরকখিবা তোংব্রাগী খুৎইদা, খুৎকোও-দোক্তা তোপ্পা তাব্রিবা মশক অসি কম্নদগীনো হায়বহু খোঙ্গ্‌ল লীনবা হোৎনবনি। তোংব্রাবু মতমগী মরুওইনা শিক্ষাগী অহোংবশিংনা মণিপুরী সমাজদা পীবা খুদোল অমনি হায়না লৌরহুনা অইবগী সমাজিক পুন্সিবু নুংপান ফাওনা য়েৌশিন্না উবা ওন্বগী, মতোন্দা য়াওরিবা থিৎ অমসুং থ্যমরগী, অমদি লৌপাগী কোর্মদা য়াওরিবা মশকশিং অসিগী মওংনা মপানগী সাহিত্যগী ঈথিল কংলবসু মহুনা তোংব্রাগী মথুক্তা অওকপা কলাগী অনৌবা থৃৎশেম অমা ওইরকখি হায়বসি ডা· প্রেমচান্দনা "তোংব্রাগী লীপাদা মপান সাহিত্যগী ঈথিল" হায়বা থারেংসিদা প্রমান তৌনবা হোৎনরি।

জি· সি· তোংব্রাবু অতৈ লীলা ইবশিংদগী তোপ্পা উরিবসিগী মরমশিংগী মনুংদা অমদি মহাকী লোন, স্তাইল অমসুং তেকনিক অসিসু অমনি। ড'· আই· এস· কাওজমনা তোংব্রাগী লোনবু মচীনসু তুবা, ময়াম্সু য়াম্না থৌবা থাওশাং অমগী মশক্তি, মহাকী লোনগী মথন্নামদি মচেক্তা য়ৈহুনা লরুবগী মওংদা শেম্লিবা ফাগি অসিনি হায়রহুনা মহাকী 'জি· সি· তোংব্রাগী লোন· স্তাইল অমসুং তেক্নিক' হায়বসিদা তোংব্রাগী খ্রামাদা য়াওরিবা করেমবা অমদি ফাগি, মশাগী ওইবা লম্নাইবা (ইদিওলেক্ত) নচিংবগী খুদম কয়া পীহুনা নিংথিনা মৈনরি

জি সি· তোংব্রাগী খ্রামাশিংদা ফাগিগী চাউরবা মফম লৈ হায়বসি পুরমক্তা য়ানরবা থাকমনি। মণিপুরদা ফাগি লীলা কয়া হৌরকখিবগে অমদি অসিগুম্বা হায়গী চৎন পরিংদ চেষ্টরক্লিবা ফাগিগী ঈচেলসি

তোংব্রাগী মথুত্তা কয়রা সমাজবু মচুং য়োশিন্না য়েংনবা থৌরবা খুংলায়গী মশক লৌয়কখিবগে হায়বদু গোজেন্দ্রগী অয়োইবা য়ায়েংসিদা উৎনবা লায়রি। ত্রশেংনমক তোংব্রাগী কাগিগী তাইবংদি কংবা নাঃক্রবা সমক্র ইয়েনপুংনি। অকবা নোঙ্গিং লীলাশিংনা সমাজগী মীয়ামদা পীরিবা কায়বশিং পল্লহুনা, পুন্সিগী সমস্যা কয়াবু নৈনরিবা তোংব্রাগী কাগিশিং অসি ইচম চম্না কাগিগীদমক তৌবা অনেস্থা থাক্তো কাগি নত্তে, তাইবং মীবু অয়াংবা থাক্তা পুথৎনবা অর্থ চেন্নবা ময়া থৌরবা কাগিনি হায়বসি তোংব্রাগী লীলা কয়াদগী খুদম মরাং কায়বা পীহুনা শ্রীলমাবম গোজেন্দ্রনা 'জি. সি. তোংব্রাগী ড্রামাদা কাগি' হায়রবা য়ায়েংসিদা নৈনখি।

ঐখোয়না জি. সি. তোংব্রাগী য়াথল, মীয়েং, খোইদোকপা খুদোলবু খঙবা ওয়বা হোৎনবদা অকনবা সাধনা চত্তই। সমাজগী সমস্যাশিংবু মচুং হুনজিন্না উৎপদা বাহৈ য়াত্তাদা, কাগিগী মিহুল চেনবা ইন্তলেকচুয়েল ওইবা মীৎয়েংগী তোপ তোপ্পা মশক নৈবা অইবা অসিগী মরমদা মথা তানা নৈনবদা মতাল থরদং পীবা ওয়বদি হোৎনরিবসিগী পান্দম থরমথৈ কংলে হায়রনা লৌজগনি। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা পুখোকচরিবা লাইরিক অসি লৈথিন্নবা ওজা তোংব্রাগী স্মৃতিদা কৎচবা শ্রদ্ধাঞ্জলিনি।

ইম্ফাল,

ওক্টোবর ৩০, ১৯৯৯।

—পোলেম নবচন্দ্র

# জিঃ সিঃ তোংব্রা

## ( ২০ শু্বা শতাব্দীগী মোকরা শান্নবা মিপা )

**পুন্সী ঃ অকনবা লাম্বুং অমা ঃ**

অচৌবা অইবা নত্রগা কলাকার খুদিংগী পুন্সী অসি অচৌবা লাম্বুং অমনি। তোংব্রা লাইনা থারকপা মীশক অমা নত্তে। তোংব্রাগী মরায়বক তোংব্র'না শেমজখিবনি। মাগী হোৎনজমন্না পুন্সীদা মায় পাকপা ফংখিবনি। মনা-মথুম, উপাধি, ইকাই খুম্নবা পুম্নমক মাগী হুমাং মমন্না ওইরকখিবা গুক্তনি। তোংব্রাগী পুন্সী অসি খণ্ডবদা মুংঙাইনবা ঐখোয়না চাম্ভবাক্লা শরুক অহুম থোক্লা খাইদোকপা য়াই—

(১) অঙাং ওইরিবৈ (১৯১৩—১৯৫০), (২) অরাবা তাংকক (১৯৩০—১৯৪৫) (৩) অরোইবা শরুক (১৯৪৫—১৯৯৬)।

**অঙাং ওইরিবৈ ঃ মুংঙাইবা শরুক**

তোংব্রম গীতচন্দ্র ( অঙাং ওইরিবৈদা লৈকাইদা মেঙ্গোর কৌই) খৃঃ কু. ১৯১৩, ফেব্রুয়ারী ৬, শগোলশেন মুমিত্তা সেগা রোড কোঙ্গেং হজারী লৈকাই (জেলার লৈরক) দা ইচম চম্বা ইমুং অমদা পোকখি। অপোকপা তোংব্রম ইবোচৌবা (অপোকপীনা নোংমাইথেম নিংঙোল লুকমনী দেবী ) লৈবাক্লা মশক খঙবা মীশক অমা নত্তে। লাইরিক-লাইশুম্ব থোইনা হৈতে। নিংথৌ পাল্লিবৈদো মাওদা লৈবা ব্রাঞ্চ পোষ্ট ওফিসকী থবক মচা অমা তৌরম্মী। ইবোচৌবা মুপী অহুম লোল্লি। তোংব্রাবু পোকপীসি (লুকমনী) অতোপ্পা মুপা অমদা ময়ুম পাল্লুরগা কোন্থংদা মুপী য়াইমা ওইনা অমুক যুম পাল্লকপনি। মতোমতা পোকপা অঙাং ওইবনা মমা অহুম্না লুনা চাম্না য়োকলকই। অঙাং ওইরিবৈ পুন্সীগী মতাঙদা তোংব্রানা হায়— "ঐগী বাজিত্থু লাইরিক্তি য়াম্না হৈতে অদুবু অঙাং শেমগৎপদি হৈ হায়বা তাই।

এনাক খুনবা মীস্থ নত্তে : ঐঙোন্দদি লৈত-লায়রা খঙহন্দে। ইথস্ত পোকই হায়তুনা লুনা তৌবিবা অমদি কেথোকহনবদৈ ঐ অঙাং ওইরিঙৈদা ফত্তবা থবক হায়বদি লাইব্রিক তম্বা লৈথোকপা, জুরার শান্নবা লম হেনবা মীনা থাম্বা য়াদবা ঙাওশিন্নবা, কোইবা লংবা জাং শুনা তৌরকই। বাজিনা শাথীনা ফু-চৈতুনা রারকখিদে, খেমতুনা তম্বী, লাইরিক ঔরাইহল্লি ইপোং ইচৈ অপাম্বা লৈবি। কেবা মৌবা য়াম্না পাম্বা অঙাং ওইরকপ্রা হংনবদি ওইরকখিদে থাও তৈবা হৈনদে সনা সন্দা মুপা ৫ দা পীরম্মী; কাংদা ঐবু খুদোপ শিয়ু য়াদে হায়তুনা রা যান্নখিবা নিংশিংই। ঐবু নাম্না ইরুবিবা শেংপিবা, খোঙঙুপ তোংহন খোঙ নানহনবত্ন য়োংদা কোরিয়ান শিহনবা, ফুরিৎ লিংপিবদৌনা রাই চিনখি, হৈনখিদে। ঐঙোন্দৈ খরা হেন্না ফিভম ফত্তবা ইমান্নবশিংনা মশীং য়াম্বনিনা মথোয়গা ফিজেৎ চাকচা মান্নবা পামখি হেঙ্গৎপা কাঙবুগা তিন্নবা ঐ কয়া পানখিদে। হন্নুরবা কান্দা ঐখোয় হন্নুবীনা ঐঙোন্দা ''সঙ্গদি তৌগে হায়দে, মথায় অঙাং খরা তিন্ন চাওখৎতবা চাওখংতবী মরক্তা ককই খাংনবা '' ..... . '' ঙাঙই। মতু তাবদা অচুম্বা য়াম্না য়াওবনা ঐ শাওরবস্থ নোকই।

''ঐবু খরাইদৈ লুনা তৌখিবদি ঐখোয় ইমাবোক্লি, কেথোকহনবা লম হেলহনবস্থ মানি। ঐনা খরাইদৈ মুংশিখিবা মুপীশি মহাক্লি। মাগী ঐ করিমতা তৌবা ঙমখিদে। মরম অতুনা ঐ মুনীগী চাওখৎ-নবা লম্বীদা য়াম্না ইনিংই। মচা পোক্তবী অমদি মমা পোক্তবীবু লেথক কয়ানা খীনা ইবিবা থেংনৈ—ঐ মতু কয়া পামদে। ইমাবোক্না ঐগীদমক্তা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোকখিবা খনবদা মম্মি। মরল্ল লৈবা বাজি নত্তে; মরোশিংনা হিংখি অদুগা ইন্দোমচা, ইনে, ইম্না অন্তম অমদি য়োকচবীনা ঐবু নিংথৌমচাদোনা য়োকপিরকখি। ঐনা দোন কুইজোংকুম সাজকুমার শাতুনা হিংবত্ন মবক মরক্তা থুগাইখিবদি শগোনশেনবা, শজিক ফানবা তাজিলাননি। মহাক্না ঐবু লক্লৈ মখল

মখা। ঐনা মপান্দা মাগী স্নুংথিল তুম্বা থুগাই ভাস শান্নসি য়াদবগুম্বদা। থবক রাজত্তুনা ঙহাক পোৎথানিংবহ্ থুগাইরুবদা মানা শাওনীং লাক্লবকথিবনি হায়বা ঐ থেঙনা খঙখি।”

অঙাং ওইরিঙৈদা তোংব্রা য়াম্না লম হেনবা ওক্তবা অঙাং অমা ওইনা হৌরকখি। তো ব্রানা চহি ১২/১৩ শুবা মতমহ্‌দা, মণিপুরদা শান্নবোইগী, ক্লব এসোসিয়েশন থোইনা লৈবমদে। টি: ভি:, রেডিও, খননবনচিংবা গাওজেলচে থোইনা লৈতবা মবন্না অতৈ লমশিংগী শান্নবগী পাউ তাবা ফংলমদে। (অহুবু চুড়াচান্দ মহারাজনা শান্নরোইশিংবু শাম্না থৌগৎলম্মী। খৃ: কু: ১৯২০-৩০ গী মতমদা বোল, হোকী ক্রিকেট টেনিস শান্নবশিংদা থবক পীবম্মী।) মবম অহুনা মহৈ মহৈ মানা মানা থোকপা নোবাবনা বোল ওইহুনা খোঙগাওনী শান্নরম্মী। রাকেক লীচৈ পায়হুনা কাঙজৈ শান্নরম্মী। মহারোল শয়াম্বা কাং শত্রং তাসনচিংবা শান্নহুনা মতম লেল্লম্মী। য়াউশঙদা রা হ্‌বানবা, চঙ্গাম কোবী হ্‌রগা শাক নত্রগা চাক চান্নবা য়াম্না চৎনরম্মী। লৈকাই লৈকাই মৃক্না শান্নবা, মৃক্না শীংনবা মতমহ্‌গী চৎনবীনি। তোংব্রাসু মৃনা য়াম্না হৈ। মমান্নবা কয়াগা মৃক্না শান্নবকখি। মহাক মমান্নবা মহারোল কাঙলুপকী লুচিংবা অমা ওইরম্মী। অহুনা ছুটি মস্লুংদা মমান্নবশিংগা লোয়ননা তুরেল অচৌবদা ঙা, রাইথু ফাবা হৈজ্রামপেৎ হৈরোং চাবা, য়োং তানবা অসিনচিংবা কয়া তৌহুনা মতম লেল্লম্মী। লৈকাইগী নত্রগা অথাপ্পা মাঙবতা রামায়ণ মহাভারত তাবা চৎকল্লি।

অঙাং ওইরিঙৈদা মপানা য়ুমদা লাইবিক তম্বিবা হৌই। খৃ. কু: ক্লাস ১৯২০ দা বেঙ্গলী মিদল স্কুলদা অনীশুবা ক্লাসতা লাইবিক তম্বা হৌই। সিক্স ফাওবা স্কুল অসিদা তম্লম্মী। খৃ.কু ১৯২৫ দা জোনষ্টোন হায় স্কুলদা ক্লাস সেভেনদা মিং চন্দুনা লাইরিক তম্মী। লাইরিক য়াম্না ফবা ছাত্র অমা ওইনা হৌরকই। থোইদোক্না অঙ্ক য়াম্না ফৈ। স্কুলগী ছাফকী মতমদা মপান্দা থোক্তে; কা মস্লুংদা লাইরিক ঔরাইহুনা লৈ।

মহাক ক্লাস নাইন্দগী মকোক ওইদুনা লাকই। মতম অসিগাইদগী হৌনা লীলা য়াম্না পামজবা অঙাং অমা ওইরকই। মখোয়গী ইমুং অসিস্তু ফাগি, লীলা অসি পামদুনা লাকই। অপোকপা ফাগি হৈ, ফাগিগী মিহুন চেল্লি। অঙাং য়াম্না ওইরিঙৈদা তোংব্রানা য়েনশাংগী নত্রগা অতৈগী নিংঙাই তৌবা মতমদা অচাপোৎনা থেম্বা য়াদে; মাগী বাজিনা মুংঙাইবা রারী লীবগা নত্রগা ফাগি তৌরগা কপ্পা ফৈ মপাগী মফমদগী ফাগি তৌবা তমখি। ঙৌবোং ইল্লগা অথাপ্পদা লীলা যেংবা চৎমিন্নবা মমান্নবশিং পুনশিল্লগা মতৌ তমদুনা শঙ্গোয়, মাঙ্গোন ফৌশুখোঙদা ফি থল্লগা চৌক্রি মোরা খবা থাবগা লীলা শান্নে। নিপানা মুপী শারগা মুপী চেনবা, মাগুবক্তা তারুবা মহাভারত বামায়ণগী মত্তাঙশিং, য়েংউবা লীলাশিংগী মীতৌ তমদুনা শান্নে। মশাগী চহী ১৩ রোম শুবা, ক্লাস সেভেন্দা তম্লিঙৈদা মমান্নবশিংনা শান্নবা লীলা ইনীংবা পোকখি। মওং তাদবা অঙাংগী লীলা মচা মচা খরা খোৎপা হৌই। খৃ: কু: ১৯৩০ দা, মশাগী চহী ১৬, থা ২ শুবদা মেট্রিকুলেশন পরীক্ষাদা মণিপুর অপুম্বগী মকোক ওইখি। থাদা লুপা ৩৫/– বৃত্তি ফংদুনা কত্তন কোলেজ, গৌহাটিদা আই: এসসি: তমখৈ।

## পুন্সীগী অরাবা তাংকক (১৯৩০—১৯৪৫)

কতন কোলেজদা আই: এসসি: তম্বদগী খৃ: কু: ১৯৪৫ দা সি সি: স্কুলদা ওঝা ওইবা ফাওবসি তোংব্রাগী খ্বাইদগী অরাবা পুন্সীগী তাংকক অমনি। চহী ২০ গী পাখং ফারকপা আশানা থল্লবা মতম, নহা ওইনা মহৈ মশীং কম্না তমগদবা, মমান্নবা ময়ামগা লাম্বা তৌগ-দবা মতম অসিদা মাগী বাজি শেল থোক্রে; খুমিৎ তাং চীকপা লায়না অমনা নাতুনা ফমুংদা কুন্দুনা লৈরে। মচাগী লাইরিক তম্বদা পৈশা থাদবা ঙমদ্রে। অসোমদা তোংব্রানা (কতন কোলেজদা তম্লিঙৈদা) য়াম্না ঙাওশিন্নরম্মী। জুরার কম্না শান্নে, ক্লাস লৈথোকই, টুশন ফী চাথোকই। অদুবু আই: এসসি: পরিক্ষাদদি ফাষ্ট দিবিজনদা পাস

তৌখি। ইমুং-মন্নুংগী পৈশাগী ফিভম য়াম্না ফৎচিল্লক্রে থাদা লুপা ২০/- হুনবা ঙমদ্ববদগী বি: এস্‌সি: তমথবা ঙমখিদে। তোংব্রা লাইরিক তম্বা তোকপা তাখি—নীংবা কায়খি। কন্নি তৌবা ঙাই ? কন্নিসু তৌনিংঙাই লৈতে উপায় লৈতে। হায়জ চৎচবা, রানোমনিংঙাই পৈশা লৈতবা মরম্না থবক ফংবগী রাফম লৈতে। পুন্সীগী খ্বায়দগী তমখিবা, অরাবা তাংকক্‌ অসিদা তোংব্রা নীংহন্নবা তৌখিদে। পুন্সীবু শীংনদুনা লাম্থেংনখি। প্রাইভেট তম্বিবা কোয়না চৎলি। থাদা লুপা ৬ নব্রগা ৮ ফংই। "শাউনীংদুনা জুরার শান্নবদা শেল য়াম্না থাদোকখি, মিংচংসু মাঙখি ওক্তবগী।" অসিগুম্বা রারবা চিন্নবা তানফমসিদা মশাগী চহী ২৩ শুবদা রাবগাইদগী হুইদ্রোম নিঙোল নয়নশথী দেবী লুহোঙদুনা লৌখি। লুহোঙবগী মতাঙদা তোংব্রানা হায়—"ফিভম ফত্রিবঙৈ, শেল লৈতনা অহল লমনসু অনা-অয়েক য়াম্না য়াওরিবঙৈ কন্নিগী লুহোঙউবগে ? অওনবা অমা য়েংনীংদুনা তৌখিমাল্লে খল্লি। পাঙনবা লুহোঙখ্রে। লুহোঙবা চৎপদা হরাগাড়ী লোরী মী ১০ মুক তোংবা য়াবা অমা পুরগা চংলুই। ইকুবোক্ত রাবগাইদা প্রাইমারী স্কুলগী হেদ মাষ্টর ওইবনা মচান্নুপীদু রাবগাইদা হোঙবা তাখি। ঐগা মাগা খঙনবদি ইম্ফালদা মানা মরক মরক্তা ইনচিংবা কারকপদা খঙনখিবনি। ৫ নি চাক্কৌবা য়ৌদ্রিবঙৈদা নুপীগী মরীমত্তা মমান্নবী কয়া য়ুমদা লাক মাগা রারী শারৈ। ঐখোয় য়ুম নোং থরা য়ুরবা ফক্লাংদা মঙাল থরা চঙলবদু উখিন্নু য়াদে।" নয়নশথী দেবী মশক মতৌ ফজবী নুপী অমনি। রাশী য়াম্না লৈ ; লৈশারীবঙৈদা মশম মকলাপ য়ৈ। নয়নশথীগী ফজবা শক্তা শকীথবা তোংব্রানা ঙাওরম্বসু য়াই। নুংশি লিপুন্নি। অনৌবা পুন্সীগী নুংঙাইগদবা শরুক কয়া লায়রবনা মরম ওইদুনা মৎপিখি। মতমদু জুরার শান্নবা, প্রাইভেট ট্যুশন তৌদুনা পৈশা তানবা তোক্তে। 'জুরার শান্নবদা শেল থরা মাঙলবদি অয়ুক্কী চাক থেঙনা চাই নুংখিল পুং ৩-৪ তাবদসু। য়ুমদা মী থরা লৈরম্বা থোক্লবদি মনীংথোঙদা ইরু মাইথ কাবক কাবক য়েন্নথাদা নুংশা ফং চাক চায়। প্রাইভেট

তম্বিবা চৎলনবা অনৌবীনা খোযোল হাওবগী ফৈজোম শেগাইবা পুথোক্লকই। মফুরিৎ অহোবা লিৎলি। মী উদনবা কম্বোলনা মথক্তা ইন্দুনা চৎপদা ফৈজোম ফুরিৎ শেগাইবা মীনা উবা ঙম্বা পোৎ নত্তে।" য়াম্না মানা নংনা ফৈজোম ফুরিৎ শেগাইবা লিত্তুনা লেনবা মতমনি। নোংমদা চারা অমত্তা চাবা নপ্রগা চবা হেনবা কয়া য়াওথি।

মতমসিদা কলিকাতাদা এম: বি: বি: এস: তম্বা থানবা তৌবা চাংয়েং পরীক্ষা য়াওবদা তোংবাসু খল্লক্লম্মী। ডাক্তর তম্বা শোয়দনা খল্লগনি হায়দুনা মাবু হোসপিটালদা ওপরেশন তৌবনচিংবা য়েংহল্লি। মমৈথংদা মিং চনবা তারবদি লুপা লিশিং অমা পীধু হায়রকপদগী পীবা ঙমদদুনা ডাক্তর ওইরমগদবা পুন্সীদগী নাম্বোকখি। ডাক্তর তম্বা ঙংখিদবা অসিনা ওইরম্বসু য়াই, মমৈথংদা তোংবানা মচাশিংবু ডাক্তর য়াম্না তমহনবিংখি। (মচানিপা অহুম থনম্মী - দিনচন্দ্র, গোপোনচন্দ্র অমসুং অরুন। মচানুপী অমদি শিগ্রে।) উচিন নাচিন্না খৃ: কু: ১৯৩৭ রিভিনিউ ডিপার্টমেন্ট (লৌরুং শঙ) দা থাদা লপা ১০/– তলব চাবা কেরানী অমা ওইরম্মী (চহী অসিদা সোসাইটি থিয়েটর লিংখৎলি।) ওফিসকী পুন্সীগা তোংবাগা চানদে য়াম্না পক্লদে। ওফিস য়াম্না থেঙনা পুং ১১ দা কায়। মরক্তা সিনেমা য়েংবা চংলিবনি হায়দুনা থবক্তগী লৈথোকই। করিগুম্বা ওফিসদা তুমদুনা লৈথোকই। চহী অনীরোম থবক তৌরম্মী। খৃ: কু: ১৯৩৯ দা অপোকপা শিবা চহী-সিদা অসাম রাইফলসগী কানটিনদা এসিস্তেন্ট ওইনা থাদা লপা ১৫/- চাবা থবক অমা তৌরম্মী। চহী অমরোম থরা হেন্না থবক তৌরগা তোকথোক্লম্মী। খৃ: কু: ১৯৪০ দদি ওজা ওইবগী শিনফমদা চঙনা হৌরে। মতম খর খরগী ওইনা অহানবদা ভৈরোদান হিন্দী স্কুল, বেঙ্গলী হায়স্কুল নরসিংহ হায়স্কুলদা ওঝা ওইরম্মী। খৃ:কু: ১৯৪২, মে তাং ১০ দা ইম্ফালদা জাপানগী বম থাদদুনা অনীশুবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও লাকলে; লান চেন্নরে। অহানবদা নম্বোলদা চেল্লি; মতুংদা মাগী মুপীগী মপাম বাবগাইদা

লান চেল্লি লান্নংদা কবচিং পলেননচিংবা মফমদা ঠিকা ভৌতুনা পৈশা তাল্লি। লান লোইরবা মতুং খৃ: কু: ১৯৪৫ দা সি সি স্কুলদা ওঝা ওইরে। মতম অসিদগী তোংব্রাগী মওং তাবা পুন্সীগী খোঙযম অমা হৌরে। লীলাগী পুন্সীদা, সাহিত্যগী লমদা অইবা অমা ওইনা শীংথানবা হৌরকপা মতম অমনি।

পুন্সীগী আম্রায়বা শরুক (১৯৪৫ – ১৯৯৬)

সিঃ সি. স্কুলদা ওবা ওইবা খৃ কুঃ ১৯৪৫ দগী খৃ কুঃ ১৯৫০ অসি তোংব্রাগী খ্বাযদগী শীংথানবা য়ারবা মতম্নি। মাগী সাহিত্যগী পুন্সীগী অচেৎপা মুক্ষম থোনখিবা মৈ হৌরবা ক্রিয়েটিভ পেরিওদনি মতম অসি লান লোইরকপগী মণিপুরদা থিয়েটবগী অকনবা ঈহৌ অমা লাকপা নাংকল্লি। মসিগী মরাওদা তোংব্রানা 'লমন খুম্বা' নচিংবা লীলা ইতুনা মাওবতা লীলা শান্নবা হৌখ্রবসু মওং তানা, চাং নাইনা লীলা শান্নবা হৌবদি খৃ: কুঃ ১৯৪৫ দনি। মরমদি মতম অসিদা সেগা লম্দীদা 'নেশনেল থিয়েটর হোল' কৌবা অমা লৈরম্মী। মসিবু ব্রারক মযাদা শাবা হোলনি হাযদুনা 'ব্রারক হোল' হায়নসু খঙনৈ। হৌজিক হোদাম লৈরক মচিনগী মং লৈরিবা অসিগী চীংখৈ পাংবদা চানদম ইবোচৌবগী ইংখোলদা লৈরম্বনি। হোল অসি মথক্তা ত্রিপান কুপ্পী, মী ৫০০ রোম ফম্বা চনবা অয়েকপা সীন অমদি অতৈ ষ্টেজগী মপোং-মচৈ শুনা য়াওবা হোল অমনি। 'নেশনেল থিয়েটর' অসি কায়ববা মতংদা 'মোর্দন থিয়েটব' হায়দুনা মমিং থোন্দুনা চংথৈ। অতুদগী অমুক খৃ: কু: ১৯৫৫ গী মতমদা সোসাইটি থিয়েটর হায়না কৌদুনা অনৌবা লীলা কয়া মথং মথং শান্নবা হৌরকখি

খৃ: কুঃ ১৯৪৫ দগী হৌনা তোংব্রা মশানা ইবা লীলা কয়া 'নেশনেল থিয়েটর' দা শান্নবা হৌরকই। 'লম্পা সনা' 'জজনা মশাবু জেলদা', 'জুরারদগী করি', 'ইন্দিয়াদা নম্বো থাবা', 'মনি-মমৌ', 'ঐগী হান্না', 'লূদ মী চঙবা', 'এক্টর', 'মিষ্টর দেমকীয়ার' অসিনচিংবা লীলাশিং অসি মতমতুদা য়াম্না মমিং চৎখিবা, মায়পাক্লা শান্নখিবা

লীলাশিংনি। লান মমাঙগী পৌরানিক ঐতিহাসিক, ট্রেদিশনেল ওইবা লীলাশিংদগী খেন্ননা রিয়্যালিষ্টিক ওইবা সমাজিক লীলা কয়া তোংত্রানা ইরক্লুনা মণিপুরগী ভাবোক্তা অনৌবা লীলাগী মহাও অমা য়েনবা হৌরকখি। অহানবদা অরিবা লীলাদা চুশিনগ্রবা ভাবোকশিংনা তোংত্রাগী অনৌবা লীলাশিং অসি য়েংবা মতমদা 'মসিবু করি লীলানো' হায়ত্বনা হৈনদনা য়েংলম্বদগী হৌগত্তুনা চৎনবা য়াওখি। সবকারবু অঙম অথৌ কয়াবু নোক্লত্বনা করেম্নত্বনা চৈবা. লক্লবদা মীয়াম্না নুংশাথিবা য়াওনখি সনাক্লগী অশোয়বা অবানবা. অথৌবা কয়া ইফোং ফোংনা উৎপা. চৈরকপা মতমদা লীলা কুম্লিবা য়াওবা কাংবুফাওবনা মিপাইনবা য়াওখি। খৃঃ কু. ১৯৫০ দা অহানবা ওইনা মাগী "লীলা মচা মচা" ফোঙলে। লীলা ইবা অমা ওইনা ড্রামাটিক লিটেরেচরদা খুদোল তৌবা হৌবে।

সি সি স্কুলদা ওঝা ওইনা খৃঃ কুঃ ১৯৫৪, আগষ্টকী তাং ২দা নুমিদাং তম্বা ইম্ফাল কোলেজগী লেকচরর ওইনা থবক তৌবা হৌই। খৃ. কুঃ ১৯৬২ দা চুবাচান্দ হায় স্কুলদা ওঝা ওইবা তোক্লগা ইম্ফাল কোলেজদা মপুংফানা লেকচরর (নুংথিল তম্বা কোলেজ ওল্লবা মতমদা) ওইনা থবক তৌবা হৌবদগী কোলেজ অসিগী ভাইস-প্রিন্সিপাল ওইনা খৃ. কুঃ ১৯৭৩ দা থবক্কগী পোত্থাখি। হোৎনবা য়াম্না তন্দে— ওঝা ওইরবা মতুং কায়নথংদা খৃঃ কুঃ ১৯৫১ দা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়গী বিঃ এঃ পরীক্ষা পাস তৌই। অদুগা খৃঃ কুঃ ১৯৫৮ দনা বিঃ টিঃ পাস তৌখি। কোলেজগী লেকচরর ওইরবা মতুংদা থরা হেন্না পাক-চাউনা নৈনবা, পাবা হেল্লকখি। তাং ২২।১১। ১৯৭৩ দা থবক্কগী পোত্থাবগী বিদায় সভাদা ওঝা তোংত্রানা হায়খি—" .... প্রিন্সিপালনা (শ্রীথৌদাম নীলমনি সিংহ) হায়বদগী ঐহাক কোলেজসিগী ওজা ওইনা নুমিদাংদা থবক তৌবা হৌখিবনি। তম্লিবা ছাত্রশিং অসি ওফিসদা থবক তৌবা অচৌবা ছাত্র ওক্তনি। রাহং য়াম্না হংই। অহানবদা ঐ য়াম্না হৈনরমদে! খঙনবা হোৎনবদা লাইরিক কয়া পাবা তাখি কোলেজনা ঐবু মী ওইহনখি, লাইরিক য়াম্না পাহনখি। হৈরবা সবজেক্ট কয়াগী

ওঝাশিংদগী তম্নবগী মচাক কয়া ফংখি। পূম্নমক ঐগী লীলাগী মচাক ওইখি। কোলেজনা ঐবু শেম্বিরকখিবনি।" ওঝা অমা ওইনা মগুণ য়াম্না লৈবা, অফবা ওঝা অমনি। ক্লাসতা ফাগি য়াম্না তৌগল্লি। মাগী ক্লাস য়াওগদবগী ছাত্রশিংনা ভাইহুনা লৈবে। অতোপ্পা ক্লাসতগী লাক্লগা মাগী লেকচর তারবা য়াওই। মণি কোবা ফোম্বগ্রেদ অমদি তোংব্রাগী ক্লাস চিংথদনা লেকচর তাই।

সোসাইটি থিয়েটর নত্তনা তোংব্রাগী লীলাবু মায়পাক্না শান্নহুনা মীয়ামদা তোংব্রাগী ব্রাখল, মীৎয়েং, ষ্টাইলিবু পাকশন্না শন্দোকখিবদি রূপমহল থিয়েটরনি। রূপমহল থিয়েটরদা ওঝাগী লীলা কয়া শান্নখি। মমিং পনবা য়াবা থরদি – মিষ্টর ডেম কিয়ার (তাং ৬।৩।৫৪ দা শান্নখিবা); ইম্ফাল থোইবী, চেপটর ৩ (৭।৭।৫৫); ইম্ফাল থোইবী চেপটর ৪ (৮।১০।৫৫); লূদ মী চঙবা (১৫।৪।৫৫); জেল খানা (১৪।৩।৫৬); মিস বোটল (৪।৭।৫৬); লৈবাক হৌবা আন্দোলন (২৩।৫।৬০); অনি থোক্লা চিংথায়রে (১।১০।৬০); কোঞ্জেং কোকফাই (১১।৩।৬৪); ব্রাকৎ চে (১২।১২।৭২); সনানখৈ হৃখ্রে লৈবাক্তে (১৯২৫) অসিনচিংবা। মৈত্রম বীর, এস: নবকান্ত, এল: নেত্রজিৎ, সিএচ, গোপাল অসিনচিংবা অসি তোংব্রাগী মমিং চৎলবা ডিরেক্টরশিংনি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা 'লৈবাক হৌবা আন্দোলন' অসি সরকারনা শান্নবা থিংখিবা, লৈবাক ঈরাং হৌহনখিবা' ব্রাথোক ওইখিবা লীলা অমনি। মণিপুরদা মপূংফাবা রাজ্য তানবা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী আন্দোলনদা য়ুমফম ওইবা লীলা অসি অহানবা শো অনীরক উৎপদা হাউস ফুল ওইখি। থৌদোক অসিগী মতাংদা তোংব্রানা হায় — "...... মমাংগী নুমিৎতা ঐবু থানাদা ব্রারীহু সীন বাই সীন ইরগা নুমিৎ য়ুংবফাও মনুংদা পুরক্লবা হুকুম পীরকই, ঐ চৎলুই। থওইনা ট্রান্সেলেশন নুংঙাইতনবা লীলাগী ডাইলোগকাহু খরা শেমদোক শেমজিন তৌরগা মতমহুই থানা মকোক শ্রীএল: গোপাল

এস: পি: গা রায়ী থরা শারুই। নিপা ৬ পু ট্রান্সলেশন তৌহনখি। ফাবা য়াবা মরাল থিবা খঙদমাল্লে লীলাহু ওইনা খিংখিদে, লীলাহু শান্নভমন্দা সি আর: পি, সি সেকসন ১৪৪ (রূপমহলদা) চলায়খি, মথংগী শো ২ গী টিকেট য়োল্লবা য়ুম্মিংতা। অহানবা য়ুম্মিংতদি শো অনিরুক শান্নহৌই।"

তোংব্রানা মণিপুরগী থিয়েটর অমসুং নাট্যসাহিত্যদা তৌরিবা দান লৈবাক্লা মশক খঙবা অমসুং ইকাইখুম্নবা হৌরকলে। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ইহান হানবা ওইনা জি: সি: তোংব্রাদা খৃ. কু: ১৯৬১ দা 'যামিনী সুন্দর গুহ গোলড মেডল' পীতুনা ইকাইখুম্নখি। মসিনা তোংব্রাগী পুন্সীদা অহানবা ওইনা ফংবা সাহিত্যগী মনানি। মেডল অতু পীবগী সাইটেশনদা অসুম্না ইরি—"শ্রীতোংব্রম গীতচন্দ্রগী নাটক, অঙ্ক অমগী লীলা অমসুং শৈরেংশিংনা হৌজিক্কী ওইরিবা মণিপুরী সমাজগী অশোয়বা, অরাবা অমসুং অরানবা কয়াগী মশকপু শাউহন্দনা করেম্নবা মশক্তা সমাজ সংস্কারগী মওং ওইনা মরীক চুম্না পুথোকপা অমসুং মণিপুরী সাহিত্যদা হাস্যরসকী অনৌবা ঈহৌ অমা পুশিল্লকপা অমদি মহাক্কী নাটকশিংদা অনৌ অনৌবা অবস্থা শেম্বদা উংলিবা কল্পনা শক্তিগীদমক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা মহাক্কী মফমদা 'যাম্নিনী সুন্দর গুহ গোলড মেডল' অসি পীরি।" মসিগী মতুংদা লাকলে মনা-মথুম, উপাধি কয়া মথং মথং—১। পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্টনা শীনবা ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিবেলদা খ্বায়দগী ফবা অইবা অমসুং ডিরেক্টরগী মনা (১৯৬৬); (২) এলাহাবাদগী লীলা মচা তান্নবদা 'রাজকুমার শোল্লিবী' না ৫ শুবা পোজিশন ফংখি (১৯৭১); (৩) দি কলচরেল ফোরমনা শীনবা লীলা মচা তান্নবদা 'হিংবা তাই করিগুম্না পাইবে' না বেষ্ট স্ক্রপ্টকী অহানবা মনা ফংখি (১৯৭১); (৪) কলচরেল ফোরমগী লীলা মচা তান্নবদা 'তাজমহলনা' না খ্বায়দগী ফবা স্ক্রপ্ট অমসুং খ্বায়দগী ফবা প্রদর্শনগী মনা ফংই (১৯৭২); (৫) মণিপুর ষ্টেট কলা

একাদমীনা শীনবা ড্রামা ফেষ্টিভেলদা 'মণিথিবা' লীলানা বেষ্ট প্রদকশন, বেষ্ট স্ক্রিপ্ট অমসুং বেষ্ট ডিরেক্টরগী মনা ফংখি (১৯৭২); (৬) ইম্ফাল ছানবা ওইনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (কেক্রু লোৎপী) ফংখি ( ৯৭২); (৭) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী 'সাহিত্য রত্ন' উপাধি পীখি (১৯৭৩); (৮) ভারত সরকারনা 'পদ্মশ্রী' পীখি (১৯৭৫); (৯) মাগী 'ঙবোংখাউ' দা ভারতকী সাহিত্য একাদমীগী মনা পীখি (১৯৭৮); (১০) ভারত পূম্বগী এ: আই: আর গী নোক্লিং লীলা ইবা তান্নবদা মণিপুরগী ওইনা বেষ্ট প্লেরাইটকী মনা (লুপা ১০,০০০/-) ফংখি (১৯৯০); (১১) মৈত্রম বীর এরার্ড লুপা ৫০০০/-) ফংখি (১৯৯১); (১২) মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়না ডি: লিট: পীখি (১৯৯২) অ'সনচিংবা। অরোইবগী শরুক অসি লৈবাক্তা ইকাইখুম্নদুনা, মনা-মথুম কয়ানা লৈতেংলবা মায় পান্নবা পুন্সী অমা ওইখি।

## তোংব্রাগী শিরমগী ম্রাথল

তোংব্রাগী শিরমদাইগী অরোইবা পুন্সীগী মতমদা, লৈবাকসিদা থোক্লিবা হিংসা হাৎনা-শুনবা, কাওলুপ মশেল মুংশিনরক্লবা, নহারোল লানচোগী ঈরাং, লৈঙাক-শাসনদা শাথিনা লৈথা তারক্লিবা সমাজগী ফিভমশিং অসিদা শাথিনা নীংবা কায়খি, থম্মোয় শোক্লা মুংঙাইখিদে। শিগদবা চহী অমা ম্রাংলিঙৈ, খৃ: কু: ১৯৯৫, মে ১৪ দা পাঙথোকখিবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ডাইমণ্ড জুবিলীগী তোংব্রাদা 'থোইদোকপা সম্মান' পীদুনা ইকাই খুম্নবগী সভা অদুদা তোংব্রানা হায়খি 'অহল ওইরবনিনা ঐহাক হান্না চৎপা মশান্না স্তাবনি রাংমদা ( সংসারগী রাংমলোমদা ) খোঙ নান্না থাংদুনা লৈরবনি। হয়েং ঐনা রাংমদা চৎপা মজ্জদা তম্মুগদবা পাউ অসিবু করিনো?' য়াম্না শাথিবা ফাগি অমনি — কপ্পা অমসুং নোকপা অনীমক পুল্লবা। অহল ওইরক্লবা, চহী ম্রামশিল্লক্লবা মতমদা তোংব্রানা শিবগী মরমদা খনবা হৌরকই—শিববু কিবা নত্তে, পোক্পা অমসুং শিবগী মুংগী অর্থ

থিরকপনি। য়াম্না মনুং হুনজিনবা শিবগী ফজরবা রাখল ফোঙবা রারেংশিং মাগী শিরনদাইগী মতমসিদা ইরম্মী। সাহিত্য', (ফেব্রুরারী, ১৯২৩, মাগী মথং চৎথরকপা পুন্সী রারী, হনুখৎলকপদা ) দা ইরি— "ঙসি, চহী ৮° শুবা বসন্ত পঞ্চমী অয়ুক্নি। ...... মুংশেল য়েংদবা কুইরে ইশক উদোবা তপ্পহুনা ঙসি খুজিন ককপা, কোই ফানবা, শম ককপা, ঈশিং অশাবনা শেংনা ঈরুজবা তাই নহা থরা ঙই-খৎনবা। তম্বিবা, অশিবা শানিংবা, অশা ময়োন খুইজিনবা, অহু পাংগে অদা তৌগে রারেপ থৌশাদবা হনুখৎপগী লাইথুংনি। ..... অমম্বা লৈবাক্তুদা তিনখ্রবা মরুপ মপাংশিংহুবু খাবল চোংলমগদ্রা, পিচকারী কাপ্পা হোলী শকপা তিন্নরমগদ্রা ? কনা অমতা পাউ পীরক্কে হায়দে। ...... থরাইমিসিবু মৈনা চাক্কে হায়বহু থাজখিদ্রা ? —"নৈনং ছিন্দা শাম্রনি, নৈনং দহা পবেক।" থরাইমিগীসু মীৎ পাল্লমগদ্রা ? ...... খঙনিংবা খঙদবা য়ামখ্রে। ...... শিবগী মুংঙাইগদোবা মরম অমদি খঙলমদবা কয়া থঙদোবসিনি। ...... হুঞ্জিন হঞ্জিন তল্লবা থবক কয়া তৌবা অহিংবদা পীরিবা শাপনি।" "To be born is to be rooted in guilt" পোক্লবদি মরাল লৈরে। (কাফকা) ... ... হুজিক হিংলিঙৈদা করি করি থবক তৌহৌরগা হয়েং মপোক্কা কান্নরুগনি ? ...... "Man becomes older before he becomes wiser." (এন্টিগোনে')। ...... অহুনা শিংগৎনবা হোৎনবা তাইবংমীগী কান্নবা ঙইরিদ্রা ? হয়েং মপোক্কী খুৎলাই মরলসু ঙইবা য়ারমদ্রা ? "Man must endure their going hance, even as their comming hither: Ripeness is all, come off." ( সেক্সপিয়ার )। পুন্সীগী খ্বায়দগী মরুওইবদি "মুনথংলগা লোইরে।" হৈগৎ শিংগৎপা, কলচর তৌবা, খাঙবা ঙম্বা আত্মাগী শক্তি হেঙ্গৎহনবা মুংশি হৈবা। রবীন্দ্রনাথনা হায়রম্মী—"চৎখিদোবা মুমিত্তা রাসিঙদি হায়রম্মগা চৎখিগে, উরবা ফংলখিবিক মপা লৈতব ঙাক্নি। মঙালগী সমুদ্র ময়ায়দা চাম চামগী খুজিংদা শাৎলিবা থম্বাল (থরামমিচাকশিং) মহুগী খোইহি

থকপা কংলিবসে ঐগী ইন্নাইবক ফবননি।" শিগদবা থা মরীগী মমাংদা অয়োয়বা ওইনা ইরগা মাগী রারেংদা ইরি — (সাহিত্য, মে ১৯২৬) --"চহী ৮০ হেল্লকপসিদি থরা পুক্লিং তয়াং তয়াংই, খঙনবা য়ুম হান্নগীদা হন্দোববনি থল্লুবদা। ........ চুকপ য়ান্না থকপা মীনা চিংল চিংল তেনশিল্লক হুন্দোকফম য়েংবদোনা হুংঙাইতে। ......মহাভারত্তা কর্ণগী চেকশিল্লকপা লান লুশিল্লকপা মতাঙদা বুদ্ধি মাঙশিল্লকপা, মন্ত্র কাউশিল্লকপা, তেন লান্না শংলকপা, দোলাই চাকা পুথখিবা রারৌদা উপন্যাসতা পুবান্দা তাবা নুংঙাইনবা পংই ইশিন্নবা ওইরবোই নীলম্মী তশেংবা চহী যাম্নবা অহল লমন্দা থোক্লবা ঙাক্লি। ...... অহল ওইরবদি অতনবগা শীংনবনি। পুমতন তল্লগা শিবনি।"

### মী অমা ওইনা

তোংত্রা য়াম্না চম্বা, মীঙোন্দা অকাযবা চংতবা, লানগন্দবা মীশক অমনি। য়াম্না চম্না হিংই, চয়া পুন্সী লেপ্লি। অকে অমৌ থোইনা পামদে। ঙোবোংগী ফৈজোম নত্রগা পায়জমা, ষ্টি তক্কবা ফুরিৎ অমা, রাইসকোট, মফলা, লীচৈ অমা লোইবে। খুৎশেমগী থাউ শুকশিন শিজিন্নদে, মরক মরক্তা চেংহি লুজবা নত্তনা। বেড়ি নত্রগা মিকচর কোন্দুনা থকই। রা ঙাংগন্দে, তুমিন্না লৈগল্লি। য়াম্না নকশিন্না তিন্নদ্রবদি মাগা রাবী শাবা লুনা থোকই। রারী শাবদা নুংঙাইবা মীশক নত্তে। মানা ঙাঙ শক্লগা, লেকচর তৌরগা তাবা নুংঙাইবগী রানি। মীঙোন্দা হায়জবা, নোনজবা নপচবা হৈনদে। মচা-মমৌগী কার, গাড়ী কয়া লৈ। অতুবু থবক থৌরম কয়াদা গাড়ী তোংতুনা চংকে হায়দে খোঙনা নত্রগা রিক্সো তোংতুনা লাকই। সভা সমিতি, মিটিংদা তুমিন্না মনিংদা ফমগল্লি। মীয়াম মমাঙদা মশক উত্তুনা মকা ফোংবা পামজদ্রবা মীশক্লি।

রা ঙাঙবদা মখোল শি, শিথ-শিথ ঙাঙগল্লি। রা ঙাঙবা হৌদ্রি-ঙৈদা মহাক থোকলকপদা অহুম নোকপা হৌরে। লাইসেন্স পায়রবা

মীগুম, হায়নিংবা রা পনবা লৈতে, হায়দোকপদা করিসু চীংনদে। ফাগি, করেম্নবা, শিদোকপা, প্রমাণ-পাষ্টে, মুংঙাইরবা রারী মতেক মতেক লীতুনা অতাবা কয়াবু পুক্লি পায়হল্লি। তোংব্রাগী রাঙাংদি অয়ুক-মুমিদাং, ইমুং মমুং কোলেজ, হোটেলনচিংবদা ঙাঙলিবা অসিগা মাগী ড্রামাদা ঙাঙলিবা অসিগা থোাইনা খেন্নদে। মাগীদি মতম পুন্নমক্তা ড্রামাগী ডাইলোগতোনা ঙাঙই—থোইনা শেমজিন শাজিনবসু তৌদে। পাইরব্বী লৌশিং য়াম্না লৈ। খুদক্তা কৈনোমা হেক্তা হায়বা ঙস্মী। নোংমা অয়ুক মযুমদা মী অমা লাকই অদুগা মচানিপাবু হংলৈ— "সাহেবপু লৈবিব্রা ?" (মচা ইনজিন্নিয়ারনি, সাহেব কৌনৈ) খুদক্তা খুম্মী "সাহেবতি ভারত থাদোক্নুনা চৎখিবা কুইরে।" তর্পন শোনবদা করি মন্ত্র থিবগে হংবদা খুম্মকই—"ঐগী মুপীবু কিন্নুনা শোনবনি। ঐনা শোল্লিবা মন্ত্রদি অতৈ নত্তে—সেক্সপিয়ার, শো, গান্ধি, নেহরু— ঐনা পামজবা মীশক ময়াম শোনবনি।" ওঝানা সভাপতি ওইড়ুনা কোলেজগী ওঝা ময়ামগী মিটিং তৌই। মতুদা ষ্ট্রাইক তৌবগী রারেপ তায়। মতুদা ওঝানা থুনা হায়রকই— "ষ্ট্রাইক তৌবা তারবদি তলব ফংলগা তাং খরা চোম্থরগা তৌসে।" ময়াম রা লাউনা নোকই। জিঙ্গগী দরখাস্থ থাবগীসু মুংঙাইরবা থোদোক অমা লৈ। ওঝাগী য়ুম শাবা লোইরতুনা জীঙ্খ কুপনিংঙাই লৈতবগী মতাঙ অমা লৈখি। এ.এমঃ তোম্বী সিংহদা (এক্স এমঃ পিঃ) রারী শাবদা ওঝাগীদমক হোৎনগে দরখাস্থ অমত্তং মন্ত্রীদা থাবীরকউ হায়রে অহানবদা ওঝানা য়াদে। অতুবু হায়মনবদগী দরখাস্থ অমা মংমতুগী মন্ত্রী ওইরিবা সলাম অঙৌদা থারে। ওঝাগী দরখাস্থ অসি ময়ামগা মান্নদবা অঙকপা অমা ওইরে। চুম্না ওফিসিয়েল ওইনা ইবা তোক্নুনা ওঝাগী হৌনবী ড্রামাগী মরোল ওইনা ইরে— মুমিদাংদা থরাম্নিচারক্লা রারী শাতুনা লৈরে, মুমিং খুদিংগী জিঙ্গ ফংনবা ওফিস কারকপদা উ-রানা ঐবু মশক খঙলে অসিনচিংবা। দরখাস্থ অতু পাকদা মন্ত্রী অঙৌ শাওরে, মাবু উশিত্তবা করেম্নরিবনি হায়না লৌরে। জিঙ্খ পীররোই হায়রে।

প্রনঃ তোম্বীনা থেমতুনা ওঝা খঙহন্দনা ওঝা শাতুনা দরখাস্থ থাবদগী উচিন নাচিন্না জিথ্খদি ফংখি। 'পদ্ম শ্রী' ফংবদা নুংঙাইরতুনা লৈকাইগী মকপ অমনা ওঝাদা হায়— "নুংঙাইরে পোকপগী মহয় য়াল্লে।" ওঝানা খুম্মী - "চাক চাম্না অমগা শিন্নবা য়ারবদি নুংঙাইখ্রনিদা।"

জি: সিঃ তোংব্রা য়াম্না ঙাওনা লম হেন্না ওক্তনা হৌরকই। জুরার যাম্না শান্নে নুপী কোই। জুরার, ছত্রং শান্নবা য়াম্না পাম্মী। জুরাব শান্নবগী নুংঙাইরবা থৌদোক কয়া লৈ। লান মনুংদা চিকা তৌরিঙৈদা জুরাব শান্নবদা লুপা ৭০০/- থক মাঙখি। য়ুমদা শেন থোবা ভত্তনা লাকই। ওঝানা ইমুং মনুংদা লোত্ত্না লৈ। মাগী নুপীনা পৈশাতু শিংখি হায়। জুরাব শান্নবদা পৈশা মাঙবগী মতাঙদা ওঝানা হায়— "ঐদি জুরার শান্নবদা লাই থেংনববা মীনি। নথোয়না পৈশা মাঙই হায়রিবতু কচ্চানি জুরাবদা ঐদি সাইকল তরেং থাদোকপা য়াওখ্রে সাইকল রাইবা ফংগদবা ইমান্নবা ৭ তি লৈ। চিংখেলাগুম্বা বং হায়তুনা হক্তা ফাক্তোরুবি অতুনি। কবিগুম্বা ফাওরবদি পৈশা কোৎকদবা জাৎনি। পৈশা মাঙখি।" অসিগুম্বা এক্সপিরিয়েন্স ময়াম অসিনা মাগী লীলা ইনবগী মচাক ওইখি। পুন্সীদা য়াম্না এক্সপিরিয়েন্স লৈবা, য়াম্না থেংনরক্লবা, উবক্লবা মীশক অমনি মাগী অঙকপা মগুণ অমদি— অহানবা ইখিবা অতুনা লোইরে, অমুক হন্না ইদে, শেমদোক্কে। লীলা তম্বা নংনবা মচেৎ মচেৎ ইরগা পীবা ঙম্মী, তম্বা হৌগৎহল্লি।

য়ুম্বানবগী পুন্সীদসু মাগী মুপী নয়নসখী দেবীগা তোংব্রাগা মত থেংবা কয়া য়াওখি। মীৎয়েং, পুন্সীগী পান্দম অমসুং মেণ্টালিটি থেন্নবদগী থোকলকপনি। মসি অয়াম্বা অইবা, কালাকারশিংগী পুন্সীদা থোককল্লি। মসিগী মতাঙদা কালিদাস, সোক্রিটিসকী নুংঙাইরবা রারী কয়া লৈরি। ওঝানা লীলা-কলা তৌতুনা মুপীশিংগা লোয়নবা অসি অহানবদা মাগী মুপী নয়নসখীনা য়াম্না পামজরমদে। মসিগী ছাকতক্তগী

কয়ারক খৎনখি। খৎনদুনা ওঝানা তোখায়না চাক থোংলগা চাবা কোঙ্গায়নি। মসিগী মতাঙদা ওঝানা হায়— "ঐগী নুপীগা ঐগা মোত খেন্নে। ঐগী নুপী ঐবু মৈতৈ অহন অমদৌনা, ট্রেদিশনেল মণিপুরী হজবেদ অমা ওইবা পাম্মী। ঐনা মতু নত্তে। ঐনা অহানবা লীলা ইবা, লীলা তৌবদা মানা য়াম্না পামদে। মবমদি নুপী নহাগা সঙ্গ তৌই, ওক্তে হায়দুনা। মহাক কোন্থংদা ভাব তাবকই। অতুদগীদি অযেৎপা থোইনা পীদ্রে। ঐগী নুপীদগী লীলাগী মচাক য়াম্না যংই। মাগী প্রমান-পান্থে, কোচি কোৎপা লীলাগী মচাক ঙাক্তনি। ঐগী নুপীগী গুণ অমদি মহাক য়ুম পানবা য়াম্না হৈ, একোনোমিকেল ওই। পৈশা তুংশিনবা চাথোক্তবা য়াম্না কল্লি। মসি মাগী মগুণ অমনি। ঙসি লুপা ১০/ পায়বদা হয়েং লুপা ১৫/২০ চাউথোক্লবা তৌই। ঐঙোন্দা নত্তনা নিপা অমদা য়ুম পানজরবস্থু হুংঙাইজরমগনি পৈশাগী মতাঙদা।"

...... ঐগী নুপী লাই য়াম্না নীংই। ধর্ম্ম-কর্ম্ম লাইতিন য়াম্না থাজৈ। অনুক খুদিং গোবিন্দ খুকম্বা চংলি। ঐনা সরক ফাউবা থিন্দোকপিবস্থু য়াওই। ...... ঐগী ইচাশিং অসি ঐ অয়াম্বা লৌই — খরচ তৌগল্লি, থৌশাগন্দে, একোনোমিকেল ওইদে। মমা লৌদে" তোংব্রাদি মমৌশিংনা সেবা তৌবা কয়া থৌশাদে। মমৌশিংনা সেবা তৌগদবগী কন্না হোৎনৈ অতুগা মানা তৌহল্লোইদবগী কন্না তৌই। মৈতৈগী চৎনবী, রিচুয়েল শ্রাদ্ধ লুহোংবা, উসব মেলাদা অরেম্বদা পৈশা মাঙহল্লি হায়দুনা য়ানিংদন, তত্তনা শোল্লম্মী। অরেম্বদা মত্তম মাঙহনবা য়াম্না শাউই। লীলা অসি য়াম্না শেংনা লুনা থনজে। কলাকার-শিংনা ঙাওশিন্নবা দিসিপ্লিন লৈতবা, য়ু থকপা অসি ঙমখৈ লৈত্তনা শাউই। মসিগী মরমদা তত্তনা ঙাঙই। শাউগন্দবা ওঝানা লীচৈনা কন্দুনা কলাকারশিংবু ৱারকপা য়াওগ্রে।

তোংব্রা য়াম্না নুংঙাইবা মীওই অমনি। থৌদোক কয়ানা থল্লবা পুন্সী অমনি। মঙোন্দা নোংচুপ অমস্থুং নোংপোক্কী সাহিত্যগী প্রভাব

ফয়া চংগ্রে। ময়াম অসি নৈনরগা মাগী ওইবা তোপতোপ্পা অমা পুথোক্লকপা ওন্মী, অনৌবা, অঙকপা ময়ামগা মান্নদবা হায়বসি তোংবাগী অশেংবা শক্তমনি।

**তোংবাগী সাহিত্য অমসুং কলা**

তোংবানা সাহিত্য লীলা, কলা) হায়বসি মপানগী অচুম্বা ফোঙ-দোকপা নত্তে, মুংগী অচুম্বদু সিম্বোলিক, ইঙ্গিং ওইনা ফোঙদোক্কদবনি হায়না লৌই। "Art is suggestive"- মসি মাগী অচেৎপা মোংনি। রামায়ণদা য়াওরিবা য়োং শওমশিং অদুবু করিগী রা ভাঙ-হল্লিবনো? মদুবু ওইথোকপ্রা? মানা তক্তনা হায়— শাশিংবু রা ভাঙহল্লবদি কেবল ওইগ্রে। পুন্নমক অসি সিম্বোল ইঙ্গিং ওইনা শীজিন্নবনি। সাহিত্যগী মঙলানগী অচুম্বদি তোপতোপ্পা অমনি। মসিগী অচুম্বসিদি মুংদা ফুমদুনা লৈ। মরম অদুনা মহাল্লা ভারতকী অলংকার শাস্ত্রগী মুংগী অথুপ্পা ফোঙদোকপা 'ধ্বনি' অসিবু য়াম্না য়ারম্মী। অফবা অলঙ্কার অমনি হায়না লৌরম্মী শব্দদা 'ব্যঞ্জনা' গী শক্তি অসিবু ফজবনি হায়না থল্লম্মী।

ফজবা, অনৌবা খুংই (নৌরেং, নিউ রাইটিংস) গী মরমদা মানা হায়: "মীগী মতৌ তমদনা মশা মশানা থেংনবা ভাক্না মচাক ওইনা লেংবা লীলাবু লীলা নৌরেং কৌই। লীলা হায়বসি মুংভাইহন্নবা শান্নবনিনা ফজবা অচুম্বা মশানা য়াওজবা তাবনি। থেংনজবা, তাক-বশিং অদু মীওন্দগী পুক্নবা নক্তবা অদু লীলা নৌরেং কৌনবা তাই।" ওইথোক্তনা ওইবা জাং, থাজদনা চুম্বা, থমুংদা লৈরিবা পেন্দবা ময়াম শোন্দোকহনবা, উংপা অসি সাহিত্যগী মথৌনি। মরম অসিনা তোংবানা এবসাদ'কী ওইবা খুংই অসি য়াম্না খোয়দাজথি। মানা হায়— "'এবসাদ' রাইটিং হায়বসি য়াম্না অনৌবা আইদিয়া ফয়া হায়বা, উংপা য়াই। রিয়্যালিস্টিক রাইটিংসনা ভমদবা অনৌবা অঙকপা, হান্নগীদু

নত্তবা কয়া ইবা য়াই  তোংব্রানা মাগী সাহিত্যগী অরোয়বা তাংকক্তা এবসার্দকী ওইবা খূৎই অসি য়াম্না খোয়দাজখি । মানা হায় "সাহিত্যগী মথৌদি তাইবংপানসিগী লোইবা নাইদ্রবা লারৈ লাথুপসি খঙনবা ফাক শান্নবনি ধর্ম্মগী মতৌগুম্না অতোপ্পা তাইবং অমা উৎপা তাবা. তৌবতদি মদু ঐখোয়গা থেংনবদা লোম্দিন্নবা " তোংব্রানা মাগী সাহিত্যগী অবোয়বা তাংকক্তা এবসার্দকী ওইবা খূৎইদা চঙশিনখি । 'এবসার্দবী লীলাশিং অতৈ খূৎইশিং কয়া পাক্লনা নৈনখি ।

অদুবু তোংব্রাগী মপুং ওইবা মশক্তি সমাজগী সিষ্টেম অসিবু য়ানিংদবা, চৎনবীবু ইন্দবা অমসুং শীঃদোকপা পাম্বা অসিনি মীৎ-য়েংসিদা জিঃ বি শেংগা মান্নবা কয়া লৈ  লৈঙাকলোনগী অরানবা চৎনবী শেঙ্গা থুমজা, মীওং মীনৈ, অশোয়বা লায়র-অনং, মীচমগী অরাবা. তুহৎপীবা শক্তি লাম্না শীজিন্নরিবা ময়াম অসিগী মায়োক্তা লেপ্পুনা কন্না মী হন্নবা সৈক্তনা লাম্থেংনখি । অদুনা মহাক য়াম্না থৌনা ফরবা লানহৌবা বিপ্লবী ওইখি । মানা হায় — ' কদায় নীংখা তম্বা ··· থিযেটব ষ্টেজদা লানহৌ কয়া পুখৎতবা য়াদে ······ লীলাদা লাওবো আন্দোলন হৌসে — মী হাৎনিংদনবা অহিংসা পরম-ধর্ম্ম । ইরো লাও হৌগৎসে, লীলা য়াওসে তোংব্রা শাসে  পোৎথাবা রাদ্রাও আশানা লৈমন চন খুইখ্রবদা । লৈরম্মী অতুঙৈ তোংব্রা অমা কয়া কুইনা পুন্সী খিনি  লীলা লেংও তোংব্রাশা, লীলাদা লাওও তোংব্রানহা, আন্দোলন হৌসে তোংব্রা — নঙনে তোংব্রা পুকথন্দবা নহা ইহুৎ শিন্নবা নঙ লৈরবদি কৈদৌনি শিকপদগে ?" তোংব্রাদি লাযরবা. তোল্লবা মীচম-শিংগীদমক্তা চোংথোক্লকপা. লাইনা থাবকপা অবতার অমনি হায়না লৌবা য়াই । মানা ইরিবশিং পুন্নমক মীচমগীনি, তোল্লবশিংগীনি. অচুম্বগীদমক্তনি । লাইরবা তোল্লবা মীচমবু থম্মোয় শেংনা তশেংনা সুংশিখিবা, মতম পুন্নমক্তা মথোয়গীদমক্তা কৈগাকফেনা লেপখিবা অচৌবা থম্মোয় অমনি । ওজাগী 'ঙবোংথাউ' দা অচৌবা শরুক য়াখিবা, মাবু শেম্বীখিবা কলাকার

থুবঃ জয়কুমারনা হায়বা অমা নীংশিংদবা ঙমদে - "ওঝাদি পুম্নবা, শোৎথরবা. মীওই লীচৎপু খোঙগাউনরবা মীওইবগী মমল লৈহন্দ্রবা থুম্নাই অমবু কনবিগে হায়না পোক্লম্বা মীওইপোক্কী লাইপোকনি।"

## তোংব্রাগী ফাগি

তোংব্রাগী সাহিত্যদা ফাগি অসি য়াম্না মরু ওই। মাগী ফাগিগী অর্থ অমসুং ৱাখল্লোন য়াম্না পাক চাউই। কপ্পা অমসুং নোকপা অনীগী মরক্তা লৈবা তোংব্রাগী ফাগিনি। ফাগিগীদমক্তা ফাগি তৌবা নত্তে। অচুম্বনা তৌবা ফাগিনি। সমাজদা থোক্লিবা তৌশিন্নরিবা পুন্নমক অসি তোংব্রানা ফাগি ওইনা উরকপনি। থম্মোয় শোক্লা উরকপা ফাগিগী মশক্তি। ফাগিগী মরুমদা লৈরিবা অচুম্ববু উরক-পদা শোয়দনা কপনিংবা পোক্লক্কনি। তোংব্রানা তত্তনা লাউহৈ — ঐনা কপ্পদা ময়াম্না নোকপিরিবসি করিগীনো? তশেংনমক তোংব্রা কপ-কপ্পনা পুন্সী লোমথি। কপথি — মীওইবা সমাজসিগীদমক, শান্তি লৈত্রবা, হিংসানা থল্লবা মিনুংশি মাঙখ্রবা লৈবাক-থুন্নাই অসিগীদমক। য়াম্না ৱাখি, পোত্থাফম থঙথিদে. মসিনা লাইমন ওইথি। ঐখোয়না ২০ শুবা শতাব্দী অসিগী থ্বায়দগী অতাঙবা অমসুং অঙকপা নোকরা শান্নবা নিপা অসিবু করম্না কাউবা ঙমগনি? তুংগী মীরোম্না লেপ্পা লৈতনা শোয়দনা শোন্নহৌরগনি — লৈরম্মী নোকরা শান্নবা নিপা অমঃ। তোংব্রানা চল্লম্বা যুগ অসিগী পাউখোং অমনি।

## তোংব্রাগী খুদোল ঃ

মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিদা তোংব্রাগী খুদোল য়াম্না চাউই অমসুং মমল য়াম্মী মহাক অচৌবা লীলা ইবা অমনি। হৌজিকফাওবদা মানা ইবা লীলা ১০০ হেন্না শান্নখ্রে অহুগা লাইরিক ওইনা ১০০ গী মরাদা ছাপা তৌতুনা ফোঙখ্রে। মহাক্না ইবা, মপুং ফারবা অহানবা লীলানা 'লুপাসনা' নি। লীলাসি খ্ৰঃ কুঃ ১৯৪৫ দা

সোসাইটি থিয়েটরনা নেশনেল থিয়েটর কৌরিবৈদা সেগা লম্বীদা লৈবা হোলদা শান্নখি। অদুগা মাগী খ্বায়দগী কোন্না শান্নখিবা লীলানা রূপমহল থিয়েটরনা খৃ: কু: ১৯৯৫, ডিসেম্বরদা শান্নখিবা 'মুংজাও কাওন লঙ্কা মৈচাক্লা ?' হায়বসিনি। তোংব্রাগী লীলা মথল-মখা কয়ানি। মৈনখিবা সমস্যাশিং অসিসু য়াম্না শাংই। মাগী লীলাগী খোঙচৎ অসি য়াম্না পাকচাউই। মাগী লীলা খোঙচৎ অসিসু তাংকক কয়ানি। মরুওইবা তাংকক মঙাথোক্লা খায়দোকপা য়াই— (১) Realistic Social Plays (মনি-মমো, ইন্দিয়াদা নম্বো থাবা, লূদমী চংবা, জুরার অসিনচিংবা) ; (২) Social Satires (ইম্ফাল থোইবী, মেত্রিক পাস, মিঃ দেম কিয়ার, তাইবং গাইত্রং। অসিন-চিংবা) ; (৩) Naked Truths in humour (লমজা পরশুরাম, হিংমিন্নবা, মঙাল অদো, কেকুলোৎপী, সন্ধ্যারাণী, লৈশাবী চিংখেলা কুমারী রম্ভাগী মঙ, লৈবাক হোবা আন্দোলন অসিনচিংবা) ; (৪) Higher Values in Tears and Laughters (চেঙনী খুজাই, হিংখা তাই করিগুম্বা পাম্বৈ, মণি থিব, তাজমহল, তপ্তা রাজকুমার শোল্লিবী অসিনচিংবা) ; (৫) Absurd Type Plays (ঙবোংখাও, ককথ্রবা কোকয়াম— রাবণ ককয়াই, সনাখৈ হৃৎপ্রে লৈবাক্তগী, মুপীগী অধিকার, মুংজাও কাওন লঙ্কা মৈচাক্লা ?, ৪০ না ৯০দা হুকপা কুন্দো-পরেং নংমল্লে গুরু খুরুম্মসে অসিনচিংবা)।

লান মমাঙগী রোমান্টিক অমসুং ট্রেদিশনেল ওইবা খুৎই অসিগী মায়োক্তা অনৌবা লীলা কয়া ইরক্নুনা মণিপুরী ড্রামাদা তোংব্রানা অচৌবা ঈহৌ অমা পুরকখি। নোংচুপকী সাহিত্যদা ইবসেনবু মোদর্ন ড্রামাগী অপোকপা কৌনবগুম জি:সি: তোংব্রাবু 'অনৌবা মণিপুরী ড্রামাগী অপোকপা' কৌবদা করিসু চিংনমিংঙাই লৈতে। মাগী লীলা ইবগী খুৎই ষ্টাইল অমসুং টেকনিক, নৈনরিবা সমস্যা অমসুং মীৎয়েং অসি মণিপুরী নাট্য সাহিত্যদা পুমনো নৌবা অমনি। রিয়্যালিষ্টিক সোসিয়েল

প্লে, সেটারিবেল প্লে অমসুং অবসার্দ প্লেগী খুৎই মওং কয়া ইদুনা মণিপুরী ড্রামাবু ইনাক খুনহল্লি মপান নাইব্রবা ড্রামাগী জগৎ অমা শাগৎপগা লোয়ননা ড্রামাগী সীমানা অসি পাকথোক চাউথোক-হল্লরখী। নোংচুপকী ড্রামাদা ইবসেন অমসুং জি: বি: শোনা কনখিবা মফম অদু তোংব্রানা মণিপুরী সাহিত্যদা কল্লি।

তোংব্রানা মণিপুরী সাহিত্যদা 'অঙ্ক অমগী লীলা' (হৌজিক্কী লীলা মচা, হায়না খঙনবা) অমসুং 'রেডিও প্লে' অসি অহানবা ওইনা খুদোল তৌবরনি। মানা পুশিল্লকপা সাহিত্যগী লৈচাল্লি। খৃ: কু: ১৯৫০ দা চিত্রাঙ্গদা সাহিত্য মন্দিরনা তোংব্রানা ইবা "লীলা মচা মচা" ফোঙই। মসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী ইহান হানবা লীলা মচা নত্রগা অঙ্ক অমগী লীলানি। "অসিগুম্বা লীলাশিং (অঙ্ক অমগী লীলা) অসি মণিপুরী সাহিত্যদা অমসুং ষ্টেজদা ইহান হান্না পুশিল্লকপা অসি শ্রীগীতচন্দ্র তোংব্রানি" (রাহৌদোক, অঙ্ক অমগী লীলা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ১৯৯৫)। হৌজিকফাওবদা ছাপা তৌদুনা ফোঙলবা লীলা মচাগী মশীং নিফুগী মযানি। মাগী লীলা মচাশিং শক্তি য়াম্না লৈ। পৃথিবীগী লীলা মচাশিংগী মনুংদা চনবদা নোপতবা য়াওরি। 'য়াওশং' কংজৌ', 'হিংবওাই করিগুম্বা পাম্বৈ', 'তাজমহল', 'রাজকুমার শোল্লিবী', 'লৈচিল্লৈ নোংথা' অসিনচিংবা অসি য়াম্না ফজবা লীলা মচাশিংনি অদুগা আকাশবাণী গৌহাটিদা মতম থরগী ওইনা মণিপুরী থৌরম শন্দোক্লিঙৈদা তোংব্রাগী রেডিও প্লে "শিকারী" অসি অহানবা ওইনা খৃ: কু: ১৯৫৮ দা শন্দোকখি। মশানা হিংলিঙৈদা শন্দোকখিরবা রেডিও প্লে ২০ মুক হেনবগী মনুংদা 'তাইবংজাম্বগী ইমুং' (সেবিষেল) য়াম্না মমিং চৎখি

লীলা হন্দোকপা মীশক (অনুবাদক) অমা ওইনসু তোংব্রাগী দান য়াম্না চাউই সোফোক্লিস, সেক্সপিয়ার ইবসেন, জি: বি: শো

বোলন্ড ভক্কান, পিরান্দেলো, মারলো বেক্কেটনচিংবগী ড্রামা কয়া মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙলম্মী। দোন সেক্সপিয়ার, মিলটনগী সোনেট ফাওবা ( শৈরেং ) হন্দোক্লম্মী। মহাক কবি অমম্তুং ঈশৈ ময়েক ইবা অমস্তুনি। মণিপুরী সাহিত্যদা মাবু কবি ওইনা থোইনা শীংথানরুদ্রবস্তু তোংব্রানা শৈরেং কয়া ফোঙলম্মী। তাং ১৮ | ৯ | ১৯৫৪ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা শীন্দুনা এরিয়ান হোলদা পাঙথোকখিবা কবি সম্মেলনদা অহানবা ওইনা পাখি—'কবি কাব্য কায়নব কাব্য"। অতুগা চহী ৪২ লৈরগা. পুন্সীগী অরোয়বা ওইনা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা শীনবা ফাগিদা য়ুমফম ওইবা কবি সম্মেলনদা (এপ্রিল ৭, ১৯৯৬) পাখি—"ডিমোক্রেজি"। মাগী লীলাসিংদা ( মরু ওইনা 'চেঙনী থুজাই', 'উপু বাক্সি', 'ঙবোংথাউ' নচিংবদা ) ঈশৈ কয়া য়াওরি। তোপতোপ্পা ষ্টাইলদা ইবা ঈশৈ ময়েকশিংনি, মহাও অমনি। 'ঙবোংথাউ' গী ঈশৈ—"থম্মা খেঞ্জোংনা পোংজৈ/থম্বালনা পোম্বি পুন্নুম/ লাইনীং লম্বী চেংনা/মুংশি পমথুং পামজ/"—মীপুম খুদিংগী চীন্দা পক্লুনা লৈরবা, য়াম্না মমিং চৎপা ঈশৈ অমনি।

মণিপুরী রারেং সাহিত্যদা তোংব্রাগী মফম চাউনা লৈ। 'সাহিত্য' চেফোঙনা মথং মথং ফোঙখিবা মশানা ইজবা পুন্সী রারী - "লৈরম্মী অতুথৈ নোক-রা শান্নবা নিপা অমা"— তোপতোপ্পা খুৎই অমনি। চপচাবা পুন্সী রারীসু নত্তে, মশাগী পুন্সীগী মরমদা থোইনা ইদে, ইবসু পামজদবা মীশক অমনি। মতম মতমগী ওইনা ফাওরকপা রাখল কয়া ফোঙদোক্লুনা ইবনি। মহাক য়াম্না খঙগনবা, উগনবা সেনসিটিভ ওইবা অইবনি। মতম মতমগী থোক্লিবা থৌদোক রাথোক, ঈরাংগী মরমদা খুৎ হেক্তা থারকই। তুমিন্না লৈতে মঙোম্দা মতমগী ঈরাং য়াম্না চুই। মসিগী মথক্তা, রেডিওদা পাখিবা রাঙাওশিং, লাইব্রিরী রাহৌদোকশিং অসিনা তোংব্রাগী ওইবা রারেং সাহিত্যগী চাউরবা পুক্কৈ অমা ওইরি। মাগী রারেং পাবদা লায়না থোক্তে, অরুবা রাখল কয়া মন্নুংদা ফুমতুনা ফোঙদোকই।

মতমগী ঈচেল্লা তোংব্রাস্থ য়াওখি অদুম ওইনমক মহাক "খুংথাং লমজেল" গী ফিল্ম ডিরেক্টর। মসি অঙকপা নত্তে। মরমদি তোংব্রানা ফিল্মগী শক্তি লৈরবা, কান্নরবা মেদিয়ম অসি মুন্না খঙখি। ফিল্মবু য়াম্না পামজবা মুংশিজবা মীশক অমনি মাগী 'তাইবং গাইত্রং' দগী যুমফম ওইরগা ইবা 'খুংথাং লমজেল' গী তাং ৫।১০।১৯৭৮ দা উষা সিনেমা হোলদা পাঙথোকখিবা মহুরততা সভাপতি ওইখিবা শ্রীই: নীলকান্ত সিংহনা হায়খি— "তোংব্রানা ফিল্মগী ডিরেক্টর ওইবা হায়বা অসি পাউ অমনি।" সভাদুদা তোংব্রানা হায়খি— 'ফিল্ম অসি জেনেরেশন গেপকী থিমদা ইবনি। দিসিপ্লিন রাৎপা, নীংতম্ববু লান্না শীজিন্নরিবা নহারোলশিংনা অহল্লোনশিংদগী মথং মথং তমগনি। রিলেরেস (খুংথাং লম জেল) চেনবদৌনা অহল্লোনশিংদা নহারোলশিংদা করিগুম্বা থরা শিন্নরমগনি নহারোলশিংনস্থ অহল্লোনশিংদগী লৌনবা হোৎনগদবনি।" এ:টি: ফিল্মসনা (আশা-তোংব্রা ফিল্মস) পুথোকপা ফিল্ম অসি খৃ: কু: ১৯৭৮ দা উৎপা হৌখি। মথা ফিল্ম নম্নবা কয়া হোৎনখি। ঙমখিদ্রে। শুমাঙ লীলাগস্থ য়াম্না নক্না শম্নবা অইবা অমনি। মাগী 'মনি-মমৌ', 'মেট্রিক পাস', 'মৈতৈ চনু', নিঙোল মরা' অসিনচিংবা অসি শুমাঙ লীলাদা য়াম্না মমিং চৎনা শান্নখি। শুমাঙ লীলাগী কান্নবদা চেৎনা থাজে। শুমাঙ লীলা ইবা অঙনবা অমস্থ ওইখি।

জি: সি: তোংব্রা থিয়েটরগী ডিরেক্টর অমস্থং এক্টর অমস্থনি। খৃ: কু: ১৯৩৭ তা সোসাইটি থিয়েটর লিংবদগী সংস্থান অসিনা শান্নখিবা লীলা অয়াম্বা মহাক্না তম্বিবা অমস্থং ডিরেক্সন তৌবা ঙাক্তনি। ডিরেক্টর অমা ওইনা য়াম্না কোমথোকই; ডিরেক্সন একটিং, প্রদকশনগী মরমদা কয়া থৌশাদে। মাগী একটিংগী ফিলোসোফিদি—"Acting is everybody's art"—তাইবং মীদা লৈরিবা অরাবা, কপনিংবা, নুংঙাইতবনচিংবা অতু মান্নবা তৌগনি। লীলা ইবশিংনা ডিরেক্টরগী লমগন থাক্কদবনি। ডিরেক্টরনা কলাকারশিংগী নীংতম্বা তমগদবনি। ডিরেক্টরনা

কলাকারশিংদা নমদুন্না মশামক্কী মতৌ তমহনবা লাল্লি; কলাকারশিংদা লৈরিবা মগুণ, মতীং অদু চীংথোক্লবা হোৎনগদবনি। অদুবু পান্দম অসি উপায় নত্রগা মেথোদ থোইদোকপা শীজিন্নবা থেংনল্লে। মাগী মাগী পাট ফারগা, ফজনা ৎাঙবা তম্লগা শান্নবনা অয়াংনি। করিগুম্বদা উমশায় শায়াগা, মুনফাংতনা হেক্তা শান্নবনা নম্মী। লায়রবা সংস্থানগী ওইবগী হৌনবা পোৎ-চৈ কয়া চঙহন্দবা য়ান্না চম্না শান্নে। য়াম্না হৈবা ডিরেক্তরনা তথিত্তুনা অফবা কলাকারশিংনা ওঝাগী লীলাশিং অসি শান্নরবদি ফজবা হেঙ্গৎনিংঙাইখী মওং কয়া লৈরি।

ভোংত্রা মমিং চৎপা একুর অমা নত্তে। অদুবু মাগী লীলা খরদা মহৎ শিনবা ওইনা পার্ট মচা মচা কুমথিবা য়াওই। মুপী এক্রেশ নেকপা ফংদবদগী ওঝা তোংত্রানা 'জজনা মশাবু জেলদা' হায়বা লীলা অদুদা চহী ৪৫ রোম শুরবী মমাগী পার্ট শাখি। মুপী শাবা অদুদা ওঝাগী নাত্তোন শুমাঙগী কোই অদু উরক্লনা য়েংলিবা ভাবোক ময়ান্না নোক্লখি হায়। 'মহয়গি পান্থৈ'দা নবীন, 'মিষ্টর ডেম কেয়ার দা কামনীকুমার, 'রসগুলা মন্ত্রী' দা পার্ট মচা অমা শাদুনা কুমথি। লীলা হায়বসি তোংত্রাগী থবায়নি। তোংত্রাগী পুন্সীগা লীলাগা খায়দোক্লবা ওইপোক্তে। পুন্সীদা লীলা নত্তনা অতৈ থবক থোইনা তৌখিদে— অয়ুক ভুমিদাং অশংবা মতমদা লীলা ইগনি; নুংথিলগী মতমদা কোলেজ চৎকনি হল্লক্লগা নুমিদাংরাইরম লীলা তমগনি। লৈকাই, শাগৈ নাতৈগী কর্ম, উৎসব মেলা অমত্তা চাত্তে য়ুমদা ইমুং মমুংগী থবক ইনখাং থোইনা তৌদে। লীলা শান্নদবা অহাঙবা মতমদা হোটেলদা, লম্বী ময়াগী উকুদা ফমদুনা মচা মগুগুন্নবা লীলাগী মীওইশিংগা বারী শাদুনা লৈগনি। থবায় হকচাং পুংলুপ লুপথিবা মরম্না অমুক য়াম্বা লীলাশিং অসি ইবা ঙমলম্লিবনি। মণিপুরদা প্রোফেসনেল রাইটর হায়বদু তোংত্রানা ওইবা ঙমখি। হনুমান্না লাক চীকথায়বা মতমদা শ্রীরাম সীতাগী মুর্ত্তি ঙাক্তা মমুংদা লৈরম্বগুম তোংত্রাগী হকচাংগী তোংশাশিং অসি মচেৎ

মচেৎ ফক্রনা য়েংবদা লীলাগী লীলা ঙাক্তা য়াওরমগনি। মতম অমা মমিং চৎলম্বা সোসাইটি থিয়েটরনা খৃঃ কুঃ ১৯৭৭ কী মতমদা, "ঙবোংখাউ" গী হাকততা সংস্থান অসি অনীথোক্না কাম্নরক্লনা শিথরকপা মতমদা ওঝাগী মথৱায় য়াম্না শোকখি। মসিদগী সোসাইটি থিয়েটরনা অনৌবা লীলা শান্নবা ঙমখিদরে। শিবমদাইগী মতম ফাওবা সোসাইটি থিয়েটরবু লাইনীং ওইনা শোন্দুনা লৈখি। শিগদবা থা অমা রাৎলিঙৈদা খুন জয়কুমার, এমঃ সুরেন্দ্র চিংবা কৌদুনা 'ঙবোংখাউ' অমুক হন্না শান্নবা ৱারী শারম্মী। মাগী শিবগী শ্রাদ্ধ শোনবগী মহুত্তা 'ঙবোংখাউ' ওইনা শান্নবিয়ু হায়না মচাশিংদা অপাম্বা ফোঙদোক্লম্মী। তশেংবমক, তোংব্রাদি থিয়েটবগী পুজারীনি। থিয়েটর হায়বা কলা অসি য়াম্না কান্নববা, মী অমম্মুং সমাজ শেংদোক্নবগী উপায় ওইনা শীজিন্নবা য়ারবা এদুকেশনেল ইন্সটিট্যুশন অমা ওইনা লৌজখি। তোংব্রানা ষ্টেজবু লাইদৌনা খুকমজখি "মীশেম শঙ জয় লীলাময় ভগবানগী জয়।"

**তোংব্রানা লৈখিদবদা ঃ**

জিঃ সিঃ তোংব্রানা (তোংব্রম গীতচন্দ্র সিংহ) জুন ৩, নিংথৌকাবা খৃঃ কুঃ ১৯৯৬ দা, মশাগী চহী ৮৩ শুবদা লৈখিদবদা মণিপুর হুপ্না ঙমখৈ লৈতনা অৱাবা ফোঙদোকখি। মহাক্না খঙহৌদনা শিখিবদা ফোঙদোক্লরকখিবা অৱাবা নুংঙাইতবা. শ্রদ্ধাঞ্জলি ময়াম অসিনা লেপ্পমক মহাকপু মীয়াম্না খ্বায়দগী নুংশিবা পামজবা, শোন্নবা লীলা ইবা অমনি হায়বসি মরেক শেংনা তাকখি। তশেংনমক, পীক্লিবা অঙাং হন্নু-হনা নুপা নুপী খুদিংমক্না তোংব্রাগী মমিং তাদবা লৈতে। মহাক্তি ২০ শুবা শতাব্দীগী খ্বায়দগী মমিং চৎপা লীলা ইবা অমম্মুং ফাগি তৌবা (নোকরা শান্নবা) মীশক অমনি। তোংব্রানা লৈখিদবদা লীলাদা মপুন্সী কংথোক্লবা, মণিপুরী থিয়েটরদা অনৌবা ঈহৌ পুৱকখিবা, মায়থোং কয়া লোঙবা অতাঙবা মীশক অমা মণিপুরী সাহিত্যনা

মাঙজরে। তোংব্রাগী পুন্সী কৌবা অঙকপা তাইবং লীলা অমগী য়ুখল হাইথগ্রে। মণিপুরী সাহিত্যাদা অনৌবা তোংব্রা অমা থোক-লকনি হায়বা থাজদে। তোংব্রাদি তোংব্রানি। মণিপুরী সাহিত্যদা তোংব্রা অনী শুদে। তোংব্রা মশা মতোমত্তা ইন্সটিটিশন অমনি।

---

# জিঃ সিঃ তোংব্রাগী লীলা মচা

মণিপুরগী লীলাগী ইতিহাস নৈনবদা জি সি; তোংব্রা অমসুং সোসাইতি থিয়েতরনা খ্বাইদগী মাওঙ্জিন থানা লৈ। হান্না চংনরম্বা ত্রেদিসনেল অমসুং কনভেন্সনেল ওইবা লীলা মওং অদু থুগাইদুনা মণিপুরী থিয়েতরগী ইতিহাসতা অনৌবা রিএলিষ্টিক প্লেগী লমায অমা হাংদোকপা হায়সি রিভোলুসনরী ওইবা অইবা অমসুং মদুবু পুথোক্কদোরিবা রিভোলুসনরী ওইবা থিয়েতর কাংবু অমা শোয়দনা চংই। অসিগুম্বা মণিপুরী থিযেতরগী লাইবক ফরবা মীংকুপ অদু সোসাইতি থিয়েটর অমসুং তোংব্রা অনী পূল্লবা মতমদা ওইখোকখি। থিয়েতর অসি ১৯৩৭ তা লিংখৎখি। লান মমাংগী মতম খরদি ট্রেদিসনেল ওইবা অমসুং ইতিহাসকী ওইবা অকন অথৌ, লাইগী ৱারীনচিংবা শান্নখি। মতম অসিদা তোংব্রাগী লীলা অমথকতমক শান্নখি। লমন খুম্বা' (১৯৮০) হায়বসিনি। লান মতুংদগীদি তোংব্রাগী সোসিয়েল রিয়েলিষ্টিক প্লে সান্নবা হৌরকই। থিয়েতর অসিদা 'লুপা সনা' (১৯৪০) 'মশাবু জেলদা' (১৯৪০), 'জুরারদগী কবি' (১৯৪৬), 'ইন্দিয়াদা নম্বো থাবা' (১৯৪৭), নচিংবা লীলা ১০ মুক শান্নরবা মতুংদা ১৯৫০ দা রূপমহল থিয়েতর রায়দুনা থিয়েতর অসিনা তোংব্রাগী অহানবা লীলামচা 'সমাজ লাংলেন সাহিত্য' হায়বসি শান্নখি। হায়রিবা চহী অসিদা মথং মথং লীলা মচাসিং অঙ্ক অমগী লীলা ওইনা মথং মথং 'কোকিল', 'মপা শাবা', 'তুংশি লমদম কৈদনো' অমসুং 'শিকারী' শান্নখি মসিগী তুংদগীদি '৭০ গী মমাং ফাওবগী লীলা মচাগী জগং অসি ষ্টেজ অমসুং রেদিও লীলা ওইনা তোংব্রাগী ওইদুনা লৈখি। অতৈ লীলা ইবশিংনা মায়কৈ অসোমদা কয়া খোয়জংনরকখিদে।

তোংব্রাগী অহানবা লীলা মচা 'সমাজ লাংলেন সাহিত্য' হায়ব-সিদা লান হনজিল্লকপদা কংবা ক্ষেত্তিপুরোনগী পৈশানা উসব মেলাদা লোইনা হুন্দোকপা, লৈবাক অসিগী সাহিত্যনা রাংল রাংলবা, মীচম প্রজানা লাম্বা ফংলরোইদবা, খঙবা ঙমলরোইদবা ফিদম ওইরবা মশক-তমক য়েকপা অদুবু তোংব্রানা লকুবনি, করেম্নবনি। লীলা মচাগীতা নত্তনা তোংব্রাগী লীলাশিংদা মরুওইনা নৈনরিবসি শক্তি লৈবা মীওই-শিংগী মখাদা রানা হিংলিবা অচম্বা মীওইশিংগী পুন্সী অসিনি। '৭০ গী মমাংগী মতম অসিদা নৈনরিবা অয়াম্বা রাক্ষম মীচম প্রজাগীনি। শীজিন্নরিবা লোনসু অচম্বা ভাবোক্লা লায়না খঙবা লোন্দা পুদানি। লীলা মচাশিং অসি অয়াম্বদি নহারোল ছাত্রশিংনা ইবীয়ু হায়বগীনি।

> লীলামচাশিংসি নহারোল ছাত্র ছাত্রিশিংনা ইবিয়ু য়াম্না হায়রৈ, কোলেজগী ফ্রেসরস মীট নৎত্রগা সরস্বতী পুজাগুম্বদা উৎনবা , (জি,সিতোংব্রা, লীলা মচা ভরুক, ১৯৬৫)।

মসি নৈন্থনসু লীলা ইবা অসিগী থম্মোয়দা ইনিংহল্লকইবা ইথিল অসিদি – চীংলোন পন্নং অসিদা মতম শাংনা ধর্ম্মগী, চৎনবীগী অন্ধ-বিশ্বাসকী থাৱবা কুয়োমনা কুপতুনা লৈরম্বদু, অনৌবা মহৈ ফংলকপদগী মঙালদা, য়াহৌ খেঙনা মীকপ থোকলবদা অতৈ জাতিগুম, য়াঙনা চেননিংলকপগী ইস্কুল অমা, মতমদুগী লাইরিক ইবা খুজোকমুক্কী থম্মোয়দা মুশি মুশি ফাওখিবদুগী ইথিল অদুনি। ইথিল অসিনা মরম ওইদুনা তোংব্রানা সমাজগী অমোৎপা অশোয়বা কয়াদা খুৎ থাই, মতম মতমগী চংচং লাউনা হিংলিবা পুন্সীদা, থম্মোয়গী ওইবা রাক্ষম নাকোয়ননা থমখ্রগা কোক্কী ওইবা রাফমনা অকনবা মীৎয়েং পীদুনা, হিংলিবা পুন্সীগী অফ-ফৎত্তগী মমল লেপনবা হোৎনৈ। মণিপুরগী সোসিয়েল রিয়েলিষ্টিক প্লেগী মাংজীন থাবা লীলা ইবা অসিগী লীলাগী মশক লেপললকপদা মপুং কাহনখিবদি মণিপুরগী মহৌশা ওইনা লৈজরম্বা

শুমাং লীলানি। ফাগিনা শুমাং লীলাগীথরায়নি। অচম্বা মীওইশিংনা হিংবগী পোৎলুম রানা পুবত্নু শুমাং লীলাদা ভহাক নোকথোক্লগা অরা পোত্থাই অয়াংবা ফাগিদা পংনোক নোকলম্বত্নু তোংব্রানা ভাব তানা জ্ঞান তানা নোক্লবা মওংদা শীজিন্নরকপনি। তোংব্রানা অসুম্না ইখি, 'লেম্না হোঙনা মক্ষম অয়াম্বদা উবা ফংবা শুমাং লীলাদা… যভবা… থেংনরবদি তাইবংমীনা ম্নুংঙাই, মশা ফগংলি, মপুকচেল ফগংলি ‥ শুমাং লীলানা ‥ সমাজ শেংদোক্লবগী খ্বাইদগী ফবা হিদাকনি।' 'ইমামচা অমসুং অনীথোক্লা চীংখায়রে গী রাহৌদোক্তা অসুম্না ইরি, 'উসোপকী চাক য়েঙ্গা' চাবি-রদৌরিবা ইবুংঙো ইবেম্মাশিংনা খূনবা ম্নুংঙাইনবা লাঙনবগুম, লীলাসু য়েংবীগদৌরিবা মীশিংগী চীলহাও য়েংদবা য়াদে'

তোংব্রাগী লীলামচাশিং অসি চাউরাক্লা অহানবদা অঙনবা মতমগী হায়বদি '৭০গী মমাং, অনীসুবদা '৭০গী মতুংগী লীলামচা অমসুং ওহুবদা অথেংবা নত্রগা ৮০গী মতুংগী মতম, হায়না খায়দোকপা য়াই। অঙনবা মতমগী লীলামচাশিংদা মীচম প্রজানা থেংনরিবা সমস্যাশিং— সমাজদা থোং মান্নদবদগী ম্নুংঙাইতবা, এডুকেসন সিষ্টেমগী অশোয়বা, চৎনবী থাজনবী কয়াগী অমাঙবা অসিনচিংবা অসি নৈনবনি। অচুম্বনা করিনো, অরানবনা করম্বনো খন্নহনবনি। 'উঝা পরুরা' দা ছাত্রনা থরায়বু য়াওত্রবদি ওঝানা কনা য়াম্না তাকপীতুনসু লাইরিক হৈবা ঙমদে হায়বা উৎলবসু তোংব্রাগী অয়াম্বা লীলাশিংদা ছাত্রনা ফেল ওইবগী মশীং য়ামলিবা, লাক্লবা রারিবা লমহেননা অঙাং মশিং হেনগৎলিবসি এডুকেসন সিষ্টেম শোয়বা. অহলশিংনা রারকপা হৈতবা অমসুং কুম কাংদনা লৈরিবা ঐথোয়গী হরাও কুম্মৈশিং অসিননি হায়বা উৎলি ('মপা শাবা', 'উঝা পরুরা', 'য়াওশংগী কংঙৌ')। অতুম ওইনমক মতম অসিগী তোংব্রা গান্ধী নীতিদা থাজরিবা, লৈবাক্কী আইন ঙাকলিবা শক্তিবু থাজরিবা অমসুং মৈতৈগী চৎনবী সমাজগী য়াংলেন ওইরিবা চৎনলোনশিংদা থাজরিবা বৈষ্ণব অমা ওইরি। 'তাকু মচাগী স্কুল' হায়বা লীলা মচা অসিদা

তাকু মচাশিংনা লান্দারম্বা ইমুং অমা পুলিস কাংবু অমা লাক্কুনা অৱাবদগী কনবিখি। তাকু মচাশিং অসি অমুক হন্না শেমবীদুনা মথোয়গী মরমচং ফগৎহনবা য়াথিনি হায়বগী থাজবা ফোংদোকলি 'মৌ অনৌবী হায়বা ৰেডিও লীলা মচা অসিদা মতমগী য়ক লাওবী মৈতৈ সমাজগী অহল লমন, থকসি-খাসী খণ্ডৱবী নুপীমচা অমা মৌ অনৌবী ওইনা অহানবা লাকপা নুমিৎ অতুমক্কুদা য়ুম অদুদগী হনখি। ইমুং অদুগী হান্নগী হানন মশাগী চৎনরোল ঙাক্কুনা লৈহৌই। 'তাইবং গাইত্রং'দা পুলিসকী চৈফু থৌনা ফনা খাণ্ডদুনা লায়ৱবা তাতোম্বা থৱায় থাখি। মচানুপা তাকু য়াইমনা অঙম অথৌ ওইৰিবা মাঙ্গানজাও মেম্বরগী অমত পোকচবী তম্পাকলৈমা পামজকবগীনি তাতোম্বনা শিখ্রবদা মেম্বরনা নিংঙমহৌদদুনা মচানুপীবু তাকু য়াইমদা পী অমসুং তাতোম্বগী ইমুংগী লাইর অনংবা কোক্লবা হোৎনবীদুনা ইমুং অনীদু অমতা ওইখি।

'৭০ গী অঙনবদা শ্রীবীৰেনগী চাংয়েং লীলা মচা 'খোঙচৎ' এৰিয়ান থিয়েতরনা পুথোরকপগা লোয়নননা মণিপুৰী লীলা মচাগী লমায় অমা হাংদোকখ্রে। কলাক্ষেত্রগী 'তম্নলাই' অমসুং 'কবুইকৈওইবা' হায়বা লীলা অনী অসিনা ইণ্ডিয়াগী থিয়েতরগী লমদা মিংচৎ পুরক্কনা চাংয়েং লীলামচা গী ঈহৌ অমা শাফু লৈনা শাগৎলকখি। '৫০ গী মতমদগী হৌনা তোংব্রানা চংশিলকখিবা লীলা মচাগী পবিং অসি অহানবদা লীলা ইবশিংনা পুক্নিং চঙনরমদ্রবসু চাংয়েং লীলাগী ঈহৌ শাগৎলকপা মতমদদি লীলা মচানা হেন্না খুদোংচাবদু থেংনরকখি। তোঙান তোঙানবা শকওংদা চৎথরকখিবা লীলামচাগী ঈহৌ অসিদা তোংব্রাসু অচৌবা শকক য়াদুনা য়াওরকখি। 'চেঙনী খুজাই' (১৯৭০) দগী তোংব্রানা মমাঙগী মাগী হান্না লৈরম্বা মওংদগী পুমখেন খেনরবা পুমহোং হোংলবা পরীং অমদা চঙশিল্লকপা থেংনরে। 'হিংবা তাই কৰিগুম্বা পাম্বৈ' (১৯৭১), 'তাজমহল' (১৯৭২), 'ৰাজকুমার শোল্লিবী' (১৯৭৪), 'তাপ্তা' (১৯৭৩), 'ঙবোংখাও' (১৯৭৫) দা অহোংবা অসি উবা ফংই লৈবাক্কী

আইন ভাক্তুনা মীচম প্রজাবু শেনবীরিবা শক্তি অত্তুনা ওন্নবৈনেনা মীচম প্রজাদা ওনশিল্লক্তুনা ওৎখায়ররে (চেঙনি খুজাই), অফবা খঙদে ফত্তবা খঙদে হিংমবগীদমক পাম্নে অমা থিগদবনি। হিংবু হিংলবদি পাম্নে খূদিংমক অচুম্বা ওইরে (হিংবা তাই করিগুম্বা পাম্নে)। পুঙথায় অমত ওইরবসু বাদশাহ শারমলগা শিবা তাই, রানা কুইনা হিংবনা করি কান্নগনি হায়ত্তুনা 'তাজমহল' দা লায়রবা রাজমোহন্না ইনাকথুনবী নুপী অমা হাৎতোকলগা মুল্লকপা লিককোন অমসুং পৈশা অত্তুনা বাদশাহ শাখি, মীৎতাংবা চাকনিবগী মচানুপী রাণী মমতাবু বেগম শাহনখি। অসুম্না বাদশাহ অমসুং বেগম ওইনা মীৎকুপ খরদং হিংলমলগা মখোয়গী লুহোংবগী অহিং লেনবা ফংদনা রাজমোহন মীহাৎলুবগী দণ্ড ওইনা ফাঁসি তৌত্তুনা হাৎখি। রাজমোহন্না শিরমদাইগী মতমদা রাণী অমসুং যাদবতা সিন্নরম্মী।

> ···কলামন্দির মমাংদা য়ুম্বী অনী য়ুংলগা ভমজবা মতুংইন্না শরীক অমা য়াল্লু, মতৌনা ঐবু ফাঁসি সগাইদে য়াম্নবত্তু মালহল্লু। সন্ধ্যা খূদিংগী মত্থ নঙ অমসুং যাদবনা, অমুক অনীরক থীংউ, ঐবু অমদি ঐগী থৌরাংবু কাউদনবা। যাদব কৌশিলকউ··· ঐনা নঙোন্দা রাণী শিন্নরবনি···· নঙনা মাবু লোইবা ভমজরগা মতীক চাবা অতোপ্পা অমদা অমুক শিন্নরম্মু।
>
> মথং মথং লমজা ময়াম লিংজেন উৎতুনা সমাজসি চুমথোক্রবদি মখোয়না ঐখোয়বু মাঙহনখিবনা হাল্লগনি। চাকনিবা, চাকনিবী হুরানবা, চিনথিবা, ডাকু ডাকাইতি ঐখোয়বু করম্বা সমাজনা য়োকপিগদগে, ঐখোয়গী মাঙনবা শীনবা নত্তনা।

মতাং অসিদা ঐখোয়না থেংনরিবা তোংব্রা অসি মমাংগী মতমগী গান্ধী নীতিদা থাজরিবা, হান্নদগী হৌনা লৈরকলবা সমাজগী য়ুমফমদা থাজরম্বা তোংব্রা অত্থ নত্রে। '৭০ গী মমাংদা লৈখিবা তোংব্রাদি সমাজগী মপানগী ওইবা অমোংপা অশোয়বা অমসুং ফত্তববু শেংদোক্লবা

হোৎনৱিবা ধোবী লেখকনি। অনীস্নুবা তা‌ৎকক অসিদা মপানথোৎগী অমোৎপা অচুংগ্রিদমক নত্তবা মুং পান অনীমক্তা চায়থরক্লবা সমাজ অমবু করম্না কনগদগে হায়বগী ৱাকমদা চংশিল্লক্লবা, হাম্নগী চৎনবী থাজনবী পুম্নমক্কা লোয়ননা য়ুমফম অচু পমথু থুগায়রগা অচৌবা সমাজ অমগী মও মওলিবা লালহৌবা তোংব্রানি। মহাক্না উরকই—ঐখোয়গী সমাজ অসিবু মুং পান অনীমক্তা শোনথরক্লবা হিংলি হায়বতা ঙায়রবা ৱাজকুমাব শোল্লিবীগুম (ৱাজকুমার শোল্লিবী)। সাহিত্য কদায়বু কৌবা তাবগে? পাউখুম ওইনা পীরি 'চদৎনরবা নীংবা কায়রবশিংগী আশা পীরো চংকদবা লম্বী তাকও' (ৱাজকুমার শোল্লিবী)। ফনা য়াম্না হোৎনতুনসু ৱাজকুমার শোল্লিবীগী মশা ফগৎহনবা ঙমদ্রবদা লায়েং-লুনবা পুডুনা চংখি। চৎলমদাইদা হায়রম্মী—'নীংবা কায়গনু মরুপশা ঐ অমুক হল্লকখিনি'। ঐখোয়গী মুংপান অনী তুনা নারবা সমাজ অসি নোংমা ফগৎলকখিনি হায়বগী পীক্লবা আশা অমা তোংব্রানা থনম্বনি।

তোংব্রাগী অহানবা তাংকক্কী লীলামচাশিং অসি অয়াম্বনা অঙ্ক অমগী লীলা ওইনা তৌবা অমসুং অকাশবানী ইম্ফালনা অয়াম্বা শান্নবা মরমনা 'ৱাহৈগী চরিত্রগী অমসুং থৌদোক ৱাথোক্কী ইকোনোমী নীংথিনা থমতুনা পীক্লবসু পীক্না নীংথিনা থম্মী, মপুং ফায়। লীলা মপুম ওইনা ইবশিংদা থেংনবা অহেনবা ফাগি, ৱাকোই পংথেং থেংনদে। মবম অসিনা শাফু কনবা, আর্ট ফোর্মদা চেকশিনবা লীলামচাশিং অসিনা হেল্লি।

'৬০ গী তুংদগীনা মথং মথং ঙসি ফাওবগী মমুংদা চৎথরক্লিবা সমাজগী ওইবা অহোংবা কয়া ছাত্রগী, মীচম প্রজাগী অমসুং মুপীগী হক্কী অসিনচিংবা ৱাথল মীৎয়েং কয়াদা তোংব্রাগী লীলানা অকনবা শাফু কয়া পীখ্রবনি, ৱাহং কয়া হংহনখ্রবনি। তোংব্রাগী ঙল্লিঙৈগী লীলামচাশিংদা য়াওশংগী অফ-ফৎত নৈনবগা লোয়ননা ৱাৱেপ অমা তাখি:

মতম কুইনা চৎনরল্লবা লূপ তোংদা নপথ্রবা চৎনবী হায়বসি পাক মুথৎপা য়াবোই। " অফবা শরুক অমা মথৈ খাল্লগা ফজ্ঞনমথৈ খর খর থিংনবা হোৎনবা তাই। ......অয়ুক মুংথিন্দা লমজেন, চেঙোং য়ুবীরাকপীনচিংবা শান্নহল্লগা রাহল্লগা মপাঙ্গল অহেনবা অফবা হীরমদা সাজেন ওইনা চাদিং তৌহনত্রবদি কংঙৌ-ঙৌবা খংথিং থিংবনা কান্নরোই (য়াওশংগী কংঙৌ ১৯৫৮)।

অনীশুবা তাংকক্কী লীলামচাশিংদি, ওলক্লিবা অনৌবা মতম অসিদা হিংলিবা মীওইশিংগী মুংগী পুন্সীবু হেন্না ফোংদোক্লবা হোৎনবা, চরিত্রশিং হেন্না সিম্বোলিক ওইশিল্লকপা মরমশিং অসিনা অহানবা তাংকক্কী লীলাগুম অচম্বা ভাবোকনা মুংঙাইবা রাৎলকই ভাবোক অখন্নরকই। মতাং অসি য়োৎরকপদদি তোংব্রাগী লীলাশিং শুমাং লীলাদগী য়াম্না লাপথোরকলে। ফোংদোক্লিবা রাকমশিং য়াম্না হকচিনবা ওই-রগশু অহানবা তাংকক্কী লীলাশিংদা পীখিবা ইকোনোমী অহু রাৎলকই 'তাজমহল', 'রাজকুমার সোল্লিবী অমশুং 'লম্জাওদা লমশী', হায়বা লীলামচাশিং অসি অঙনবা মতমগী লীলামচাগুম রাহৈগী ইকোনোমীদা খরদং হেন্না য়েংশিল্লম্নবদি হেন্না মপুং ফাবা লীলা ওইগনি। অদুমকপু লীলামচা অহুম অসিগী মনুংদা 'তাজমহল' তোংব্রাগী মহৈর-পিচনি। '৮০ গী তুংগী লীলামচাশিংদা মকম, মতম অমদি অচুম অরামগী মীৎয়েংনা পুনবা য়াত্রবা মীওইবগী মরমচৎ, মুংগী ওইবা শক্তমদা তোংব্রানা চংশিল্লকপা উই। লীলামচা ইবগী চাংসু খর হম্বরকপগুম তৌরে।

পীক্লবা রারেং অসিদা তোংব্রাগী লীলামচাশিং মমুৎ তানা নৈনবা ওইথোক্রে। লীলা মচাগী লাইরিক 'চকুনা কায়রবদি' (১৯৮৩) গী রাহৌ-দোক্তা, 'মণিপুরী সাহিত্যদা অফবা ক্রিটিক মশিং য়ামদবনা হুজিক্তি লীলা মচাশিংগী মমল কয়া খঙনদ্রি, ইমান মান্নবা উদ্রি।'

তোংব্রাগী রাকম অসি অচুম্বা রাকমনি।

---

# তোংব্রাগী দ্রামাদা নৈনরিবা সমস্যাশিং

লীলা মপূম, লীলামচা, তাঙ্কক অমগী লীলা, শুমাংলীলা, খোঞ্জেল লীলা (রেডিও-প্লে) মমি লীলা (সিনেমা) পূন্নমক অসিদা খুৎ থারিবা হৌজিক ফাওবদা লেপ্পগী ৱা লৈত্রিবা, লীলা মীওই জি: সি: তোংব্রা মশামক অসি লীলা ওইরবনি। লীলাদা লীলামক ওইরবনি। কুম্মৈ-নিবু হায়রবদি (থিয়েটরবুনি) শোয়দনমক চঙলবা মীওইনি। থিয়েটর পূন্নমক্তা হায়বদি ফোক থিয়েটর, প্রোসিনিয়ম থিয়েটর লোয়ননা লম্বী লীলানচিংবগী (স্ত্রিট প্লেগুম্বা) থিয়েটরনা লেপ্পা লৈতনা ময়েক পৈশিনবীরকপনা হৌজিক ফাওবদা লীলাগী পোথোক অসি চাওরাক্লা ১২৫ চহী ঐখোয়গী মাঙদা লৈরে। মসিগী মনুংদা ওজানা নহা ওইরিঙৈদা অহৌবা ওইনা খুৎ থারকপা মতাংদা ইর-ইরগা নহা ময়াম পুনশিল্লগা শান্নখিবা খরদি থারদ্রবনি। ওজা মশানা মতম অতুরাই-দদি নোংমা-নীনীগী মনুংদা লীলা মপূম অমগা ইথোকখি হায়না তাকপিখি য়াম্না য়াম্বা লীলানি। লীলা নৈনবা হায়বদি সাহিত্য নৈনবা কাঙবুদা ওম্ময়োক্লা লূম্মবা পোৎলুম অমা ওইরকপা য়াম্নবনি। নৈনবা সাহিত্যদা ইকং থেংনগনবা মৈত্রবাক্তদি অরাবা অমা ওইদোরবনি

ওজা তোংব্রা মতমগী সমাজ অসিগী অতা-অতাবী মীংয়েং (রিয়েলিজম) য়ক লাউবীদা য়াওবা সমাজগী পুন্সীদা লুপ্পবা অইবনি। মতম মতমগী পুন্সীবু মীং অনীমক পাঙথোক্তুনা য়েংবা মীওইনি। লীলাদা খুৎ হেক থারকপদদি লাইবক্তা পানবা অহুমগুবা মীংনা য়েংলকপা নৈনবা মীওই (ক্রিটিক ওইরকই, কাঙলুপশিংগী পুন্সীশিং নৈনরকই। পাকশন্না লৈরিবা মতমগী পুন্সীনা লোই-নাইদবা হীরম ওইবনিনা নৈনরিবা সমস্যা অসি য়ামখ্রে। থেংনজরুবা খরা পীজরি।

**ইমুং অমদি লৈকাইগী ঃ**

ইমুং অমসি সমাজগী কায়াৎ অমনি লোয়ননা সমাজ মচা অমনি তোঙান তোঙানবা মান্নদবা মীওই ঙাক্তা লৈবা অমত্তগী ওইবা মকমনি। চহীগী ওইবা খেন্নবতা নত্তে সংস্কৃতিগী ওইবা খেন্নবা কয়াসু লৈ। মপা, মমা মপা, মচা, মচল, মচে নিঙোল মৌ নিঙোল মরা মশেন পুন্নমক মশা মশাগী মীওং (পার্সোনেলিটি) পুদুনা মাগী মাগী লম্বেলদা (ওর্ষিত) লৈদুনা লৈনৈ। খুদিংমক গ্রহ অমমমনি। য়াম্না কুংনা লৈনবা লম্বেনিংনা অমগা অমগা থেংগায়নবগী খুদোং থুরক হাঙদনা লৈ। থেংসু থেংগায়নগল্লি। হান্নগী সংস্কৃতি অমদি মীওং ওইরিবা নিঙোনগা মমাগগী মরক্তা অনৌবা ওইরিবা মমে অমা লাকপদা খোঙচংকী মওং ওন্নরকই তোংত্রাগী 'মনি মমো'দা গ্রহ অমমম ওইরিবা ইমুংগী মীওই ময়াম কেংনরকপগী লীলা মথং মথং উৎলকপনি। মমা মচন মনাও অমদি হকপান্নরিবী নুপীগী চিংখায়নবা মরক্তা নায়ক ওইরিবা মণিবত্তন দরবার মেম্বর নোংলৈ মুংশিংত্তা লৈবা মুংশিং মপীগুম লৈখি। লৈবাক্কী রায়েন মপু ওইরিবা মেম্বরনা মাগী হেক ওইবা মীওইশিংদা রায়েনবা ঙমদে। ঙসিসু ঙম্নদ্রি ঙসিগী মালেম অসিদা লৈরিবা চঙ-চঙ লাউনা হিংলিবা সমস্যানি। পুন্না লৈমিবা ইমুং অমদা মখল কয়াগী ওইবা সমস্যাশিং 'তাইবঙজাম্বগী ইমুং,' 'চান্নবা কায়নবা', 'লমজা পরশুরাম', 'ইমুংগী ইজ্জৎ', 'উপু বাক্সা', 'ইমামচা' অসিনচিংবদা উৎলি সমাজগী পুন্সীগী হৌফম ওইরিবা, স্বর্গ ওইগদবা ইমুংদা মকোক ওইরিবা অহল-লমন্না মানা মানা থোকপা তৌনদুনা মহীলাঙহল্লবদা 'ঐবু কনানা শেম্বনো', একাক্কীগী খোইমুগুম্না নাকয়েৎপুসু মশাবুসু মাঙহল্লকই। অইবা তোংত্রানা ৱারকপনি।

ইমুংগী মতুংদা লৈকাই লাকই, লৈকাইনা মাইগৈ অমগী কায়াৎনি। মাইগৈ ময়াম পুল্লগা লৈবাক ওইরবনি। লৈকাই হান্নবসিদগী সমাজ

হৌরবনি। থোইনা চাউবা নত্তবা মরম অমদগী য়ুমদাইনবা মশেল থংনগল্লি, থংনবা লৈকাই য়েংথিনগল্লি। (থেংনবা লৈবাকয়ু) 'হিংমিন্নব' দা অষ্টবনা কন্নিস্থ লৈত্তবা মরম অমদগী থংনবা লৈকাই অনী য়েংথিনবগী থোদোক রাথোক পরীং অমা টংলি। ঈথেঙ হাধনবা অমদি হাৎন-শুনবা নত্তনা কান্নবা করিস্থু লৈতে। সমাজ অমা লৈবাক অমা খুমাঙ চাওশিনহনগে হায়রবদি লৈকাই মশেন চান্ননা লৈমিন্নবা তাই। ঝুংশিনবনা অমত্তা ঙায়রবা উপায় ওইগনি। 'হিংমিন্নব' গী পাউজেলনি।

### সমাজগী ঃ

ওন্না তোংব্রাদি সমাজদতা মায়পুনন্নবা অইবনি। অতা অতাবী হায়বদি য়থার্থদা মায় ওনশিনবা লীলা মীওইনি। সমাজবু য়ান্নকুপ্না শেন্নজবা সাহিত্যকারনি। সমাজবু অফবা তীনজঙ লায়জঙদবা থেন অমা ওইহননীংবগী অপাম্বা লৈ। মসিদা অপনবা ওইরিবা সমস্যাদি মশাগী শিনদা পুকচেল শেংদবা হেন্না ওইজবা পাম্বা, শেনজা-থুমজা, রাচৎ-রানোম থবক শুনীংদবা অমদি নেশা-মথল কয়াগী নেশা মক ওইনা দ্রগ হায়রিবশিংসি মতম মতমগী সাহিত্যদা ময়ামগী ওইনা পাক শন্না লৈরকপা সমস্যা ঙাক্তনি। সমস্যা ময়ামসিগী মরমমসিগী পামদবা ফলশিং শন্দোক শন্দোক্না নৈনৈ। মতাং থরদা সমস্যাশিং কোক্নবা পাম্বৈগী পোমিংস্থ উৎলম্মী।

### সাংস্কৃতিক (সাংস্কৃতিক) ঃ

মৈত্রবাক অসি নাৎ কয়াগী পুনফম ওইনা লৈরি লাইনীং লম্বী (ধর্ম), ফিজেৎ চাকচা, কুমৈ ফিয়োং, লীচৎ-শাজৎ, চৎনবী থাজনবী রাথল্লোনগী শক্তম পুন্নমক অসিদা মচু ইশেং শেংদবা ইয়ান য়ানশিন্নবা ইতোৎ তোৎশিন্নবগী মঙৎ অমা লৈরি। চৎনবী অমা লৈরিবসি চাও-খৎপগী মায়কৈদা চেলহনবগী মহুৎতা মতম মফমদা চানরক্তবা ওইনা থোক্লক্লি। মশক খঙদবা পোৎলুম ওইনা থোক্লকপা য়াওরে সমস্যানি।

ঙমজবা কংকদবা শোয়াংতা চংনবী রুহীগী থাজবদা নমতুনা পোৎলুম খোনগত্তুনা চাদিং তৌবকপা তারবা মত্রগা লৈজবা অঙম্বা মওংদা উমগদবা লুহোংবদা কা চেন্না খরচ তৌয়তুনা অরাবা মায়োক্লবা তারল্লবদি ময়ামগী ওইনা লৈরল্লবা সমস্যানি। মতমগা চান্নবা ওম্বোক্লবা য়াদে লীলা ইবগী কম্নবা লায়খায়নি   ফোঙদোকপীরি—

"ইথৌ তৌত্রগা মীগী কান্নগদৌবা লৈরবদি চংনবী রুহী, নীতি ধর্ম্ম বেদ বিধি পূন্নমক অসিনা মীগী মাঙনবা মরম ওইরক্লবদি মতম অতুদা মফম অতুদা, মখোয়সি থাদোত্তুনা মী বন্নবা তৌগদবনি স্নাতোম্বা।" (হিংমিন্নবা।

থাজজবা লাই অমদা হৈকং লৈকং তম্বা চুমদবা নত্তে, হেন্না ফবা রানি। মশাদস্তু অতৈদস্তু কান্নবনি। লুম্বিবা অমনা এনা থাজজবা ঈশ্বর অমদা কংপদা ঐনা স্নুকখঙ খঙদবা লোন অমদা হায়বগা হৈকং লৈকং তম্নবি   লাইগীদি লাই ওইখ্রে। কংচরিবা ঐদি ভাব তানা খঙনা অখঙবা লোন্দাদা হায়জকম খোকই   ওজা তোংত্রামা কংপা তর্পণনি।

"ও" আ ব্রহ্মা ভুবন লোকা····· শান্তনু পুত্র ভীষ্মবীর অভিমান্যু, মহাত্মা গান্ধী, সর্দার পতেল, পোইরৈ মৈতৈগী পাখৌ পাউনা······ লাইখিল পুন্ধা তৃপ্যান্ত আপ লোপ সব থাই মাই হমল ওফ্রিংস থেঙ্ক ইউ ওল " (চান্নবা থাইনবা অইবনা ময়াঙদা তাপ পায়দুনা হায়বা রানি

"শেক্কেং— মীয়াম খ্বায়না তৌনৈ হায়তুনকু ধর্ম-কর্মগী মিংদা থা অহুম চানবা ফৌ থিন্দুবা ঐনা লৌ হিঙ্গোল বন্ধক থম্নগা শ্রাদ্ধ, সম্বৎসর কাং পালিগী উৎসব কংকত্রাও, নাম সংকীর্তনদা ফুরিং কৈজোম থাদোকত্রাও " (উপু বাম্পী।

ফাগিদা কুম্মগা হাযবা রানি — লাইনীং লীচং মল্লে হোংদোকপা ফবে। অহোংবা পামজবা অইবনি। চংনবী রুহীদা মীং উইশিনবদগী সমস্যা

কয়া লাকই। ওস্লোকপা চুম্মে 'মুংশি লমদম কৈদনো' 'সনাখৈ হ,খরে লৈবাক্তে', 'য়াউশং রাহং অহুম', 'মনি খিবা', 'তর্পন উৎসব' অসিনচিংবা লীলাশিংদা নাংকী রাফম কয়া মৈনরি। ওস্লোরুবা পোথিস্মু খিরি।

লৈঙাকলোনগী : লৈঙাকলোনগী রাফম্মু মুংদা ফাওরবা ইহুল অমগা লোয়ননা (পোলিটিকেল কোন্সসনেস) নৈনবা সাহিত্যশিংদা তাঙলপ থোকই লৈবাক অমদি মীয়ামবু হায়বদি সমাজবু লেঙহল্লিবসিদি লৈঙাক্লোনগী পোরমদনি। সমাজবু কুপ্পা শেন্নরিবা তোংবাদা মুংফাওনবা ইহুল (চেতনা) অসি থরা কোন্না থোকলকপা. হায়বদি ১৯৬০ অস্বায়দগী থোকলকপা লীলাশিংদগী ময়েক শেংনা উরকই মসিগী মমাঙদা ইহুল অসি য়াওরমদবা নত্তে। অতুবু সমস্যা ওইনা পুখৎলকখিদে লৈঙাক-লোনগী থেংথাং কয়া মথং মথং উবদি হৌবদগী অতুম য়াওখ্রবনি। 'মনি-মমৌ' নচিংবদা ব্রিটিশ মণিপুরদা দরবারনা লৈঙাক্লিবগী নাক-য়েৎ থেংনরে 'লৈবাকহৌবা' (আন্দোলন) নচিংবদা আইনসভা তানবগী অচৌবা ঈহৌ লাক্লে। (লৈবাকহৌবা লীলা অসি ১৯৬০ দা অনীরক্তুং শান্নরবা মতুংদা মতমতুগী সরকারনা থিংখিবনি) অস্বায়দগী সমস্যা য়েকপা চপ চানা হৌরবনি। ভারত মণিপুরদা আইন সভা লৈগ্রে। মতুংদা গণতন্ত্রগী চপ চারবা লৈবাক অমা ওইনা লৈররে। গণতন্ত্রগী মশক অসি হেক লাকপদগীদি ওজা তোংবাগী লীলাদা লৈঙাকলোনগী চেতনা (কোন্সসনেস) অসি চাউরবা লায়েংবা লুরবা সমস্যা ওইনা ফাওরক্লে ১৯৭০ শিং ৯৮০ শিং অমদি ১৯৯০ শিংদা থোকলকপা মরু ওইবা অহকপা লীলাশিংদদি গণতন্ত্র অসি অপা অপাননা নৈনরক্লে, অশোয়বা অহোবা কয়া মসিদগী ওইরকপা য়াবা ফীবম কয়ামুক উবা হৌরক্লে। হৌজিকস্মু কন্না উবিরি। লৈঙাকলোনগী রাথলনা মরু ওইবা লীলা নত্তবা ফাওবদা নাকোয় নাকোয়ননা গণতন্ত্রবু মতাং মতাংগী ওইনা খজিক্তুংদা ওইরবস্মু বৈনরম্বা তোয়না য়াওরকই। 'কলিদা ভীমনা মন্ত্রী দা মহাভারতকী নাক য়েৎতা ফাওবা গণতন্ত্রগী নাক-য়েৎ উনবা লাক্লে—

কৃষ্ণ : (ওইহাক মক লুক্তুনা রাখল তৌরম্বদগী) লৈবাক্কী মহুৎ শিনবা ময়াম ওসি তিল্লহনা লৈবাক্কী মুংঙাইনবা আইন শেম্বা সভা অসিদা দাদা মহারাজনা ঐবু সভাপতি হাপ্পীবদগী ঐস্মু ওইবদি হৌজক্করে। অদুদা ওসি লম্বীদা প্রজা থরনা ঙাংনবা তাবদগী ঐ সভাপতিসি তোকচনিংই। অতোপ্পা অমা থনবিনবা নিংশিংজরি। (লাঃ ২৪)

গণতন্ত্রগী লৈঙাকলোনবু অপাম্বনা নত্রগম্মু নাকোয়ননা নৈনবা লীলাশিংগী মমুংদা য়াম্না মরু ওইবশিংনি 'সনাথৈ হ্‌খ্রে লৈবাক্কে', চেঙনী খুজাই,' 'প্রজাগী খুদোন ষন্নাও থম্মোয় 'ককথ্রবা কোকয়াম' 'মণি থিবা 'মুপী অধিকার', 'অরাংবা অমম্মুং চীদেকপা' 'অনীথোক্না চিংথায়রে থম্মোই, (লৈবাক হৌবা ফাজিনথ্রবা মতু্‌দা ইবা) অসিন· চিংবা। অসিগী মমুংদা ইকুই কুইত্রিবা মতমদা পুখোরকপা কায়ন পোলোই লীলা মরী হায়বদি সনাথৈ হ্‌খ্রে লৈবাক্কে', 'ককথ্রবা কোকয়াম, প্রজাগী খুদোন ষন্নাও থম্মোই' অমদি 'মুপী' অধিকার' অসিদি তশেংনমক পোলিটিকেল টেট্রালোজীমক্কি টেট্রালোজী অসিদা মতমসিদা লৈরিবা লৈবাকসিগী ডিমোক্রেসী অসি কুপ্পা নৈনরি। সমস্যানা য়ুক্ফম ওইবা মনৈননি! ওজানা পাক শম্না মমুং তানা অমদি মচা থায়না নৈনরিবা গণতন্ত্রগী রাফম অসি য়াম্না মুপচিন্না অমুন্না খমজনীংই :—

১। গণতন্ত্র অসিমক্তি য়াম্না ফজবা অকথা লৈঙাক্লোননি তৌবদবু লৈবাক অসিগা পক্লন্ত্রে।

২। গণতন্ত্রদি ভাব ফজনা তারবা প্রজাগীনি

৩। থাগৎলিবা কারিবা মীহুৎ মতিক চাত্রে মবুকচেন শেংদ্রে লৈবাক অমদি প্রজাগী সেবা তৌদ্রে মশাগী ওইজবা তানহুনা লৈরে।

৪। গণতন্ত্রগী মায়থন মরুমদা নিংথৌ লৈঙাক (মোনার্কী) য়োক্নুনা লৈরে। নহানরাইদি নিংথৌ অমত্তা ওইরম্বনিনা শাফল্লম্মী গণতন্ত্রদদি নিংথৌময়াম ময়াম শৌগৎলক্লে।

৫। প্রজা পেল্লম্লে, লৈনবা য়ুম শেংনবা ফি, হুক্লবা চাক ফাওবা নিবগী মওংদা লৈরে।

৬। নীংবা থুংদবগী চাং অসি অস্সুম অস্সুম হেনগৎলক্লবদি য়ক-লাউবী (ক্রাইসিস) য়ৌরকপদা লালহৌ লাকপা শোয়দ্রে।

লালহৌ অওনবা নত্রগা লান অসিনি ওজ্জা তোংব্রানা মুংশা থীজরিবা। তৌবগীদি মতম মতমগা চান্নবা অওনবা পামজবা অইবনি শাস্তিনা পুরকপা অংনেবদি খোয়থুম্নগনি। নৎখিদতুনা লালহৌ অমনা পুবকখিরা তারগদি অওনবা অতু কলিঙ্গগী অত্তোপ্পা পুমচীক অমা ওল্লকপা য়াই। কলিঙ্গ মায়োক্নরবা 'চেঙনি খুজাই গী অরা পোলোইনা তেংথারি— "হামেংপা :— অহল অমা ওইনা ঐদি খাম্বনিদো অঙাংশা হিংসা তৌম্নু লান হৌম্নু, আন্দোলন তৌরবস্থু অহিংসাগী পাম্বৈনা সত্যাগ্রহ ওইনা তৌ হায়জবনিকো ঐদি। নখোয় নহা মখৈদি ঈ শারিবনিনা গণতন্ত্রগী কাগীতু থাঙবা ঙমদতুনা অরাম খৌরাংবনা হাক-মন্দুনা শাওবদগী লান্দ নথরাই খারে, অথৌবশিংগী লম্বীতু নখোয় অঙম্বমখৈ চৎথ্রেদো। পাঙদবা অহল ঐখোয়দি নতুং ইনবস্থু ঙমহৌদ রানা থাংলেকো নোরোক্লা। পাম্মুইদা! কল্লকইদা!" ওইরকপা য়াবা ফলগী রাবিবনি অইবনা। লৈঙাক্লোনদা লৈবা সমস্যানি।

মহৈ মশিংগী (ইডুকেসনেল) :

মী, ইমুং লৈকাই সমাজ অমদি লৈবাক অমগী শক্তম শেমগৎপা লেপ্পা অমদি মমায় চুম্বদা মহৈমশিং অসি তঙায়ফদনমক চঙলবা পাম্বৈ অমনি। পাম্বৈ অসি শোইনাইরে লোয়ননা শেবাৎলে। অইবা, লৈবাক্কী ওজ্জা তোংব্রাগী রাকংনি। চাউরবা সমস্যানি। সমস্যা অসি পুথৎপা

লীলাশিংনি -- 'মপা শাবা', 'খোংজোমদা লমচাক, 'তাকু মচাগী স্কুল', 'অনীথোক্লা চিংখাইরে থম্মোই', 'মেত্রিক পাস' অসিনচিংবা। ছাত্রনা লাইরিক তমগ্রে, ওজানা তম্বিগ্রে পানীংগ্রে। অদুবু মহৈশঙদি মনম মনম লিংখৎনরি, ছাত্রগী থোইনা থম্নবা পোৎ নত্তে, ওজা তোংব্রানা রাজ্জবদি —

"স্কুলনি হায়দুনা অঙাংগী য়েংগ্রে ওঝাগী তোলোব য়েংদুনা লিংখৎনরে লৈবাক অসি কদোমদা থোক্কোরিবনো খঙগ্রে।" (মপা শাবা)

পঙতম মতম্নরি তম্বীবসু পঙতম মতম্বী। অদুবু তম্নবা অসুম হেনগংলক্লি — ওজাসু ছাত্রসু। চাউরবা মরম লৈ, কয়ামুকসু লৈরি। অমখক্তি — 'মপা শাবা' দা পনবিরি —

"মক ওইনা অয়াম্বা অঙাংনা লাইরিক্তা তনবা পোকইবসি মখোয়দগী দোষ নত্তে। লাইরিক তম্বসি স্কুলনা, গোভর্মেন্টনা, ঐখোয় মমা-মপানা নুংঙাইনবা হৈনীংনবা লম্বী শেম্বীগদবনি।" মহৈরোয়বু মীরায়রে হায়বদি চাইলদ সেন্টবড ওইদ্রে হায়বনি। অমনা তম্বীগদোরিবা হিবম হায়বদি শেলেবস শোয়বে, ওজাগী চাউরবা লেঙব্রবা রাখলনি —

"থঙবদা কান্নবা রা তম্বিগনি - অরেম্বদা চিনফা পঙপুদ পুহনবদি অহলসু তনগনি। পুন্সীদা তশেংনা কান্নদোবা হীরম মতম মতমগী মতুং ইন্না হোংদুনা তম্বিকম থোকই। চৈনা ফুদুনা দন্দিনা হৈহনবদি ওইথোক্কবা রানি। মশানা হৈজবগে হায়রগা হৈগদোবনি" (মপা শাবা)

অসুম্না সমাজগী, হায়বদি পুন্সীগী য়েংদুনা মহৈরোয়, ওজা, হীরম অমদি মপা মমা হায়রিবা কাচিন মরী অসি থোং মান্ননা পুখৎলবতদা মহৈমশিংগী অপাম্বা পান্দম ফংবা ঙমগনি হায়বগী থাজবা ওজাগী লীলাশিংদা উই। ওজা তোংব্রাদি সমস্যাগী কোক্কবা উপায়সু থিগল্লি।

**লীলা হায়বদি সাহিত্যগী :**

লীলাদা হায়বদি সাহিত্যদা সাহিত্য মশাগী সমস্যা পুথোক্তুনা নৈনবসি সাহিত্য তাইবঙদা থরা তাঙনা থোকই-তোঙান্না নৈনবা

সাহিত্যনা রাকম অমনি  ওজা তোংব্রা নহা ওইদা ওইরিবৈদগী হৌনা সাহিত্যগী মীওই ওইরকপনি। অনৌবা সাহিত্যগী হায়বদি লীলাগী দম অসি মায়ক শেংনা মতম কুইনদগী শয়রকই, মশক খণ্ডলকই। লীলা হায়বসি সমাজদা য়াম্না কান্নবা কলা অমনি হায়না তত্তনা পল্লি। লীলা য়াওবীবু ওহোকপা মীৎয়েং অমদা য়েংবগী ময়ামগী লীচংপু শেংদোক্লবা তোয়না লাক্লে। লীলাগী মকাম্নগী মতাংদা ওজা তোংব্রাগী অশঙ্বা মমল য়াম্মবা লাইথায়নি:

'অফবা অচুম্বা লীলা উৎপনা অয়েংবা ভাবোক্কী মথৌ শঙবদি শঙগদবনি ইমা। নমথাক অমসুং লৌনমগী পাউজেলনা নোং পুবা লৈচিল ওইতুনা অতিয়া পুম্মম মন্নবা মতমদা অচুম্বনা মরক মরক্তা নোংথাং কুপ্পা ফত্তবা নত্তে ইমা।'' (অনী থোক্পা চিংখাইরে থম্মোই)

কান্নরবা লীলা অমবু সাহিত্যবু মুন্না ভাব তান্নদনা আলোচনা তৌবা ওজা য়ানিংদে পনবিরি—

"...... ভাব মুন্না তাদনা পাক পাক ক্রিটিসাইজ তৌবা লাইব্রিক্কী মরাল তাকপীশিনবা অশিংবা ভাবোক্কী মতিক নত্তে।"

(অনী থোক্পা

কান্নরবা লীলা অসিগী ময়াক অসি মতম অসিদা য়াম্না হনথরে, সাহিত্য অসি মশা ওমদরে ফমশেন্নতুনা লৈরে হায়বসি অইবগী ''রাজকুমার শোল্লিবী' দা য়াম্না কন্না হায়রি। হান্নদগী হন্না হন্না শাফু পীতুনা লাক্লবা শৃঙ্গার, বীর অসিনচিংবনা মতমগী অয়েংবা সমাজদা অনৌবা ঈনোৎ পীতুনা ফুক্কৎহনবা রানা থোক্লে। নাট্যশাস্ত্রগী ভরত মুনিগী নীংথীজরবা অচুম্বা অমদি ফজবদা য়ুম্ফম ওইবা লীলাগী মশক অসি মতম অসিদা চক্না চরাররে হায়না থাজরে। ভরতকী মথমোয়দা লৈখিবা লীলা নত্রগা সাহিত্যগী শক্তম অহু শঙ-শঙবা পুথোকপা ওমদবা সাহিত্য ওইনা তৌরে। লীলাগী ফীভমগী মতাংদা ওজা তোংব্রানা ফোঙদোক্লি—

"ঐস্মু ভরত মুনি অশেংবা নত্তে, অশাবনি। ঐনা হৈতবদগী লীলা ছুংঙাইতবনি।"

* * * *

'এক্টর এক্ট্রেস ঐখোয়গী দোষস্মু য়াম্না লৈ মতিক চানা উংপা ঙমদবনি, হৈতবনি; কন্না তম্বা তায়, মীয়াম তিনবা খৈদেন্দা হোটেলদা লম্বীদা য়ুম য়ুমদা জঙ্গলদা জেলদা মীনা কবম্না ঙাংবগে থবক তৌবগে য়েংবা তাবনি।"

(রাজকুমার শোল্লিবী)

লীলা ইবা ওজা তোংব্রাগী হীবমদি সমাজনি। সমাজদা থেংন-বিবা অচৌ অচৌবা সমস্যা ময়ামদা পুক্লিং থিংজিল্লি। য়থার্থগী মীৎয়েংদা যেংলগা সমস। ময়ামসি উংনবা সাধনা তৌরকই, কন্না চত্থবি. চাউথোইবা মহাক্না কুবিবিবা মথৈদি চংথখিগনি।

## তোংব্রাগী লীলাদা মপানগী সাহিত্যগী ইথিল

I do not believe that authors are mechanically determined by ideology, class, or economic history, but authors are, I also believe, very much in the history of their societies, shaping and shaped by that history and their social experience in different measure.

( Said, E. W., Culture & Imparialism 1994 )

The text is a permutation of texts, an intertextuality in the space of a single text several **enonces** from other texts cross and neutralize each other.

(Julia Kristeve in The Semiotics of Theatre and Drama by Elam, K., 1983

জিঃ সিঃ তোংব্রাগী লীলা নৈনবদা মথক্কী মীংয়েং অনী অসি মাঙদা থম্লগা নৈনবা য়াম্না মতেং ওইগনি. অনীশুবা লাপ্পাও মতুংদা তোংব্রানা থোরকখিবগা লোয়ননা মণিপুরী থিয়েটরদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। লীলা খুৎই অমদি খুৎফোংদোক্তা লাকখিবা অওনবা অসি করম্বা ইথিলদগীনো অমদি মহাক্কী লীলাশিংদা করম করম্বা ইথিল য়াওরি হায়বসি থিদোক্লবা হোৎনবনা চে অসিগী পান্দমনি।

তরামপলশুবা চহীচাদা য়ুরোপ্তা ইবশেন (১৮২৮-১৯০৬), ষ্ট্রিনবর্গ (১৮৪৯-১৯১২), জি.বিঃ শো (১৮৫৩-১৯৫০), গালসর্বর্দি (১৮৬৭-১৯৩৩) অসিনচিংবা লীলা। ইবশিং থোক্লকখিবগা লোয়ননা মহৌশাগী লীলা খুৎইদা লৈরম্বা 'high flown poetic drama of the Romantics' (Esslin, 1981: 66) অহু থাদোক্ত্না পুন্সীদা থেংনরিবা এক্সপিরিয়েন্স

অসিমু ষ্টেজদা হেক্তা থাংজিল্লক্কুনা ড্রামাদা রিয়েলিজম থোক্লকখি। নোংমদা থোক্লকখিবা নত্তে। ফ্রেঞ্চ রিভোলুসন্না পোকহনখিবা liberty, equality and fraternity; ইন্দষ্ট্রিয়েল রিভোলুসন্না পুরকখিবা অহোংবশিং, দাবরিনগী থিওরি ওফ ইভোলুসন অসিনচিংবা ময়াম অসিনা বেকগ্রাউন্দ ওইরগা পোক্লকখিবা রিয়েলিজমনী মরম অতুনা মতম অতুগী খুন্নাইদা লৈখিবা মূরুবশিং খুদম ওইনা লাইরবা ইনাক খুনবা, থবক শুরিবা মী অমদি থবক্কী মপু, নুপা নুপী, বিজ্ঞান অমদি শুপর্সতিসন লৈভাক মপু অমদি মীয়াম হায়রিবশিং অসিগী লড়াই অমা রিয়েলিষ্টিক লীলাশিংদা মমি তাই। মীওইবগী মরী, খুন্নাইগী চৎনলোনচৎ অসিনচিংবা কয়াগী মপান্দা উরিবা শক্তম অতুগী মনুংদা লোৎতুনা লৈরিবা শকলোন কয়াবু 'objective inquiry' অমগা লোয়ননা পুথোক্কনা উৎপনা লীলা ইবশিংগী মথৌ ওইরকই মসিগা লোয়ননা ফিদমনিংঙাই ওইবা রাখল্লোন কয়াবু লীলাদা পুশিল্লক্কনা লীলাগী মতেংনা অহোংবা অমা পুরকপা পাম্বগী লীচৎ অমসু মখোয়গী লীলাশিংদা য়াওরি।

মথক্তা পনখ্রিবা নোংচুপ লমদা রিয়েলিষ্টিক প্লে থোরকখিবা অমদি মতুনা পুরকখিবা অহোংবশিং অসিগী মমি জি: সি: তোংব্রাদা চাউনা তাই। মসিমক মতম অতুগী ইতিহাসনা পুরকখিবা কোলোনিয়েল ইন্দ্রকেসনগী খুদোল অমনি। ইবশেন অমদি শোনা সোসিয়েল পর্পজ অমগা লোয়ননা লীলা ইবগুম তোংব্রাসু ইবা হৌখি। জি:বি. শোনা I write plays with the deliberate object of converting the nation to my opinion on social matter হায়রবগুম্না তোংব্রাসু লীলানা সনলাইট সাবনগুম্না সমাজগী অমোৎপা শুদোক্কদবনী হায়বা চাওরাক্লা মান্নবা রাখল লৈ। রিয়েলিজম থোক্লক পদা নোংচুপ লমদমগী ড্রামাদা অহোংবা লাকখিবগুম তোংব্রাগী খুৎ-থাংদা রিয়েলিজমনা লমদম অসিদা য়ৌরকপদা অহোংবা কয়া পুরকখি। অশেংনমক তোংব্রাগী লীলাদগী ঐখোয়গী অনৌবা লীলা ( modern

drama) হৌরে হায়রবা য়াই। মরমদি অহানবদা মাপী মমাংদা ইরস্ব–শিংদি থৌদোক অমগী রাথোক অমগী রারীদমক লীতুনা মতুবু লীলা ওইনা শান্নবন্নী অদুগা তোংব্রাগী লীলা-দি সমাজবু কুপ্না য়েংদুনা মতুগী অফ-ফত্ত পুথোক্তুনা, অচুম অরান খিতুনা মাঙদা থমলগা কায়থ রক্লিরা পুন্সী শক্তম পুথোক্তুনা চুমথোক্লকবা, শেমদোক্লবা তন্বীবগী পাউতাক অমগা লোয়নবা নৈনৈ (শ্রীবীরেন, সাহিত্য, ভোল ১০, ১৯৭৮/৭৯) হায়রিবশিং অসি য়ুরোপগী ড্রামাদা রিয়েলিজমনা পুরক-খিবা অওনবশিং অদুনা থাপ্লবা মণিপুরদা লাক্তুনা পীরবা ইথিন্না পুরকপা অওনবনি

অদুমকপু তোংব্রাগী লীলাশিংগী intertextual ওইবা মচাকশিং অমদি মহাক্কী লীলাশিংবু থরাই হাপতুনা চঙ চঙ লাওবা অহিংবা অমগুম উহল্লিবা খুদম ওইনা— ১) মহাক্না মৈতৈ খুন্নাইগী social অমসুং political realities দা লৈরিবা মহাক্কি personal involvement অমসুং ২) লমদম অসিগী cultural milieu দা মহাক্কী তাব্রিবা অচেংপা মরা হায়রিবশিং অসিনা লৈহাও চেন্না লৈবনা মপানগী ইথিলশিং অসি লাকপদা তোংব্রা মশাদা তোপ তোপ্পা creative transformation অমা লৌই। অইবা মশামক্তা মৈতৈগী মহৌশাগী ওইবা ফাগিগী লীচৎ চীন কাঙজেগী মশাদা য়াওরিবা wit অমসুং humour, লীলাগী মশাদা য়াওজরিবা ritualistic efficacy, থোইদোক হেন্দোক্লা মহাক্না হিংলুরিবা সমাজদা লৈরিবা মীয়ামগী পুন্সীদা মপানগী অমদি মুংগী ওইবা শক্লোন কয়া অসিবু observer অমা ওইনা মুন্না খংবা ওস্বগী তোপ তোপ্পা মগুণ ময়াম অসিনসু মহাক্কী লীলাগী শক্তম লেপ্পদা চাউনা মতেং পাংজি। মক্লোন্দা লৈরিবা ফাগিগী হৌরককম অমদি মতুবু মহাক্না করম্না লৌবগে মখাদা থমলিরা মুহাক্না হায়বা রাকম থর অসি কোংদোক্লি।

এনা কপ্পা খেমবা বাজিরা 'চন্দ্রকংনান'

'অকোকপা নিঙোল', 'শামুগন্দা ফাবা……' মচিংবা

মীতৈগী রারী কয়া কয়া লীবিখি। রারীনা নোক্লীংলবদা কপ্পা তোক্তুনা নোকই, নিঙাই ফদুনা চাক চায়। থ্বাফম অসিদা মহাক্কা ফাগিগী য়াম্না প্রক্তিকেল ওইবা কান্নবা অতু ফুংলি। অমদি ড্রামাদা মচল অমা ওইনা শীজিন্নবা য়াওবগীদমক্তা মৈতৈগী ফাগিগী লীচংপু মহাক্কী frame of reference অমা ওইনা লৌবগী থ্বাফমনী। মসিমক অইবনা, মহাক্কী লীলাদা tradition অমসুং modernity পুনশিন্দুনা ফাগিগী অনৌবা খোঙচং অমা শেম্বগী থ্বাফমনি। ছোৎনগে য়াওনা হোৎনবা conscious effect অমনি।

মৈতৈগী নিংঙোল মরা অপঙগী রাবীশিংনা করি হায়রি ফাগি পুবা অহলশিংনা ফাগিগী মতেংনা নিংথৌ অমদি ফম্নাইবশিংবু করম্না লোইনরম্বা অমদি বুঢিশনা পাল্লিডৈদা ফাগি পুবশিংনা সাহেপশিংবু করম্না satirize তৌখিবা লোয়নননা নোংবানগী অশেংবা মশকপু করম্না উৎথোক্নবা হোৎনবগে হায়রিবশিং অসি মৈতৈগী ফাগিগী লীচংতা মরু ওইবা রাফমনী। লীলাগী মতাং মতাংদা ফাগিগীদমক্তা ফাগি তৌবা মানবা অমদি শুমাং লীলা মানবা মতাং কয়া য়াওরবসু লীলা ওইনা ওগ্লোকপা মতমদদি অয়েংবা মীয়ামদা মুংঙাইহনবা ঙম্বা অমদি অতুগী পাম্বৈনা লীলাগী মপুং ওইবা শকক্কা হায়নবা হোৎনবা ঙাক্তনি। তশেংনমক শুমাং লীলাগী ইলিমেন্টশিংনা তোংবাগী লীলাদা মীয়ামগী লীলা ওইবগী মশক অমা পী। অমরোমদনা শুমাং লীলাগী শাহৌদা অমদি লীচংতা অইবনা অচৌবা মডেং পাংঙি হায়বদা হায়মনবা খোক্লোই।

মহাক্কী অঙনবা মতমগী লীলাশিং 'ইন্দিয়াদা নম্বো থাবা', জজ মশাবু জেলদা অমদি 'মনি মমৌ হায়রিবা লীলাশিং অসিদা মতাং মতাংদা dialogue তা social issue কয়াদা comment তৌর-বসু পরিং নাইবা linear structure অমদা শাগৎপা plain narra-tive অমগী মওংদা লৈ। অইবনা মহাক্কী সমাজদা লৈরিবা মী মথলশিংগী তোঙান তোঙানবা মশক মওং লমচৎ শাজৎ কয়াবু কূপনা

observe তৌদুনা reality অদু চৈজদা উৎথোক্লবা হোৎনরকপদা comedy of humours অমদি comedy of manners নচিংবগী মমি তাদবা নত্তে। খুদম ওইনা 'মেত্রিক পাশতা' প্রতাপমা con-man অমগী শক্তম লৌবা অমদি disguise তৌদুনা মণিপুরী মহারাজ কুমার শাবা অমদি দিল্লীদা film star ছায়া দেবীবু মীনম্বা অমদি মণিপুরদা খোরক্লবা ফাওবদা মমা অমদি মাগী মুপীগী মমাংদা শক লোত্তুনা অমুক্কা হন্না বিকানিরগী মহারাজ কুমার শাবা। হায়রিবশিং অসি comedy of humour অমদি comedy of manners কি চপ চাবা লীচৎনি।

অসিগুম্বা তাইবংদা ওইবদা রারগদবা নত্রগা ওইররোইদবা ময়ামশিং অসিগী মতেংনা অওইবা রাফম খরা হায়নবা হোৎনবা অইবনি। লীলাগী দাইরেক্তর অমসু ওইবনা মহাক্কা ইবা লীলাশিংদা ভাবক্কি পূল্লিং চিংশিনবা মুংঙাইহন্নবা অতুগা লোয়ননা মহাক্কা social and political comment কয়া তৌহৌনবা হোৎনবা মীশকনি অতুনা চুম্নগী লিতরেরি ভেল্যুজগী রাংমদা লাম্থোরক্তুনা পার্ফোরমেন্তিভ ভ্যেলুজদা হেন্না পুল্লিং লুপশিন্নলকপা অইবনি।

ওইদবা ময়াম অমা পরেং লেংদুনা নোক্লিংহল্লগা অওইবা খরা ময়েক শেংনা, মপাঙ্গল লৈনা হায়নবা হোৎনবা হায়বসিমক ফাগিগী মুংগী লীচংনী। 'মনি মমৌদা' মণিরতন্না শিলোংদা চৎতুনা রুবি উনরুবা ময়ুমদা শিরে হায়বগী পাউ ফংদুনা শোরাৎ শোনবা শোরাৎ-তগী লুহোংবা ওম্থোকপা 'মেত্রিক পাশতা' ফিল্ম ষ্টার ছায়াগা প্রতাপকগী মরী, স্কুল লিংখৎপি মিস মণিপুর অমদি মহাক্কা প্রতাপকা লৈনবা মরী হায়বিবশিং অসিদা থেংনরিবা য়াম্না দেলিবরেত ওইবা প্লোত কনষ্ট্রকসন কেরেক্তরশিংগী লীচৎ, অমদি মখোয় অমগা অমগা লৈনবা মরী, মখোয়গী একসন ময়াম অসিনা বেন জোনসন সেরিদান, কোংগ্রেইভ অমদি গোল্ডদ স্মিথনচিংবগী লীলাশিংবু নিংশিংহল্লি।

মুপী মুপা লৈনবা মরী মুংশি মুংঙোলনচিংবা খংনা চৈনবা, লান অসিগুম্বা মীওইবগী সেন্টমেন্ট. ইমোসন অসিনচিংবা য়াম্না ইনতেন্স ওইগদবা মতাং কয়াবু হায়রিবশিং অসি য়াওদনা মহাক্কী ওইবা ফাগিনা মপুং ওইহনা humourগা লোয়ননা হায়রিবা মতাংশিং অহুবু ত্রিটমেন্ট পী। মসিনা অপাবা অমদি অয়েংবা ভাবক্তা সেন্টিমেন্ট অমদি ইমোসন কয়ানা খুমহনা থম্লিবা রিয়েলিতি অহুবু উৎহনা তাকপা ঙম্মী। 'মুংশি লমদম কৈদনো' হায়বা লীলাদা খম্বা, থোইবী অমদি নোংবানবু কটেমপোরবি সিচুযেসন অমদা পুশিনলকই। খম্ববু মুংশিরবসু মুংশিব গীদমক্তা লাইর-চুদংনবা মঙোন্দা লৈববুদি ইনাক খুনবা পৈশা পায়বা নোংবান্দা লৈগনী হায়হনা লৈখিবা থোইবীনি। থোইবীগী মীৎয়েংদা মুংশিবা হাযবসি অসুম্না ফোংদোক্লি :

> ভাইবুংঙোন রারীগী রা, কনাগুম্বা মীনা শাবা
> কবিগী ভাবতুদা পংপুদ পুবিখ্রে। ঐথোয়
> অসিনা ভাবকী মী নত্তে হায়বা কাউবিরে।
> মী হায়বসে মীনে অহাওবা চানিংবা
> ফজবা শেংনিংবা — রাবা পামদবা মুংঙাইবা পাম্ব !
> মঙগী রা লীলাগী মীশিংহুগা তাইবং মীগা
> মান্নপোং নত্তে। ভাবনা—চাক য়েন্সাং হাউগ্রবা
> চাকলুক অমত্তা চাবিয়ু ঙহাক্তদা চাবা য়াবিনি
> ভাবনিনা— ! য়েংবিয়ু— পুক থঙৎপিত্রা ?

রাখল মীৎয়েং অমদি মান্নবা মখলগী ত্রিতমেন্ট শোগী লীলাশিংদা থেংনৈ। মহাক্কী লীলা 'মেন এন্দ সুপরমেন্দা' শেল থোক্তবা মরোম-দোম লেপ্পা ঙমদবা. মপাদগী শেল লৌরগা হিংবা হেক্তরনা মাগী লোইনবী ভাইওলেত্তা অসুম্না হায়

Violet : You can be as romantic as you please about love, Hector : but you mustn't be romantic about money

সিজর এন্দ ক্লিওপত্র' দা শোনা সেক্সপিয়ারবু শীংনদুনা হান্নদগী মমিং লৈরক্লবা কেরেক্তর অমদি সিচুয়েসনশিংবু ডিমিষ্টিফাই তৌদুনা মতম অতুগী কন্টেমপোররি সিচুয়েসন্দা মহাক্কী ওইবা অনৌবা রাহস্থোক অমা পীনবা হোৎনবগুম তোংত্রাস্থ 'মুংশি লম্বদম কৈদনো হায়বা লীলাদা থম্বা থোইবীঘু অনৌবা ইন্টরপ্রিতেসন অমা পীদুনা মতম অতুগী ভেল্যুজদা অর্থ অমা পীনবা হোৎনৈ।

শক ১৯৭০ গী দিকেদতা তোংত্রাদগী থোল্লকখিবা লীলাশিং 'মণি থিবা' 'রাজকুমার শোলিবী', 'তপ্তা', 'চেঙনী-খুজাই', 'তাজমহল', 'ঙবোং খাউ', 'উপু বাকসি' হায়রিবা লীলাশিং অসিনা মণিপুরী থিয়েতরদা অচৌবা শাফু অমা পীখি। লীলাশিং অসিদা হান্নগী খুৎইদগী থেম্নবা মওং অমা চাউনা তাই। হায়নিংলিবা বাকম থরা ময়েক শেংনা থম্নবা হোৎনবদা সিম্বোল কা হেন্না শীজিন্নবা, অমদি মকম, মতম অমদি কেরেক্তরনচিংবা শাগৎপদা হান্নগী খুৎইদগী থৈদোক্ল কুনা তোঙানবা নন-রিয়েলিষ্টিক ওইবা মওং অমা লাকই। অতুমকপু লীলাশিং অসিদা হান্নদগী লৈরক্লবা রিয়েলিষ্টিক প্লে ইবগী হৈনবী অতু লীলাগী প্লোত শাগৎপদা, কেরেক্তর অমগা অমগা লৈনবা মরীদা অমদি থোইদোক হেন্দোক্লা সজেষ্ট তৌরিবা সিনোগ্রাফিদা মমি তাদুনা লৈ। অসুম্না রিয়েলিজমগী ফ্রেমরর্ক অমা কায়রকপগী মওং অসি নোংচুপ লমগী রিয়েলিষ্ট অমদি নেচরেলিষ্ট ড্রামা ইবশিংগী মরু ওইনা ইবশেন, শো, যুজিন ওনিল, ষ্ট্রিন্দবর্গনচিংবগী অথেংবা মতমগী লীলা-শিংদসু থেংনৈ। কেরেক্তরশিংগী মশা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা শক্তমশিং অতু কংলক্তুনা 'generalized personality অমা ওই-রকপা, শম্না হায়রবদা 'তপ্তাগী' ববা অমদি হৈতোন, তাজমহলগী রাজমোহন, 'মণি থিবা' গী মাইচৌ, 'চেঙনী খুজাই' গী কেরেক্তর'শিং মরু ওইনা 'ক্লেকি হায়রিবশিং অসিনা Hairy Ape কী Yank (O, Niel), Ghost Sonnata গী Old man (Strindberg),

The Adding Machine গী Mr. Zero, (Elmer Rice) Man and superman গী Don Juan (Shaw) অসিনচিংবশিং কয়াবু নিংশিংহল্লি।

'তপ্তা'দা শীজিন্নরিবা তপ্তা অমসুং হুই মহে চুম্বগী সিম্বোল, 'তাজমহল' দা তাজমহল কৌন্থরকপগী অয়েকপা লাই, 'মণি থিবা' গী মণি 'চেঙনী খুজাইদা ঙকশমদা য়াম্লিবা খুজাইশিং অসিনচিংবা সেন্ত্রেল ওইবা পোৎ অমবু সিম্বোল ওইনা শীজিন্নবগী মওং অসিনা ইবশেনগী অথেংবা মতমগী লীলাশিংদা য়াওবা সিম্বোলশিং 'wild duck' in Wild Duck, the tower' in the Master Builder অমদি ষ্ট্রিন্দবর্গকী The Ghost Sonnata দা য়াওবা 'sitting Budha with the Earth in his lap হায়রিবশিং অসিবুসু নীংশিংহল্লি। অসুম্না সিম্বোল কা হেন্জিনলকপনা লীলাশিং অসি expressionistic play অমগী মান্নবা থাক্তা চঙশিনলকই। কেরেক্তরশিং অতুগী মুংগী ওইবা সিম্বোলিক ইমপ্লিকেসন অতু উংনবা হোৎনরকপনা মপানথোংদা চুম্না য়েংবদা অকায়বা ওইবা শক্লোন কয়া থোরকই। খুদম ওইনা 'চেঙনী খুজাই' দা ব্রেক্কীনা হুইগী মতৌগুম্না গৌ-গৌ থোংবা, অতোপ্পা কেরেক্তর থরনা ঙকশমদা খুজাই য়ান্দুনা হান্নগী realistic frame বু differentiate তৌতুনা অনৌবা non-realistic farme অমা শাগৎপা অসিনি।

মতাং অসি য়োরকপদা তোংব্রাগী লীলাদা পোইত্রিগী মনীং তম্না অমা থেংনৈ। চুম্নগী দাইলোক থরা শীজিন্নবগী মহুৎতা ইমেজরি মেতাফর, সিমিলি অসিনচিংবা কয়াগী মতেং লৌরকই। মরম অসিনা মহাক্কী লীলাশিং অসি খঙবদা তরাই তরাইবা ওইরক্তে। ফোক্ লোরগী মতেং লৌতুনা ইফোং ফোংনা হায়রবদা হঙ্গোইগদবা ব্রাফম কয়াবু য়াম্না ফজবা মওংদা থম্মী। খুদম ওইনা ঙবোং খাওদা য়াওরি।

তোমাল: কু কু কুউ কু খ্বাংমৈতেং, ফিগে ইয়োং তৎকদে,
ইচা নিংখৌ মাঙফদে।

ধনেশ্বর : মমাতুনা শম্বক্রা মনা পাল্লবা, মশাদা তীল্লাইখোম্বী মউনগী ব্লাউজ অমা লিৎলবা, কনাগী মপানা মনাক্তা চংউবা ভুমগদগে ? 'উচি চি: চিঃ খ্বাংমৈতৎ, থরুং মপান খোশাষা শেন্দাই লাকইফ্রং ঐ জিরী তাম্ন পাইজরে। (চংখি পরপ পরপ সনানা তাম্নরগা মখূং ফায়)।

সনাজাউবি : হে নিংথো তুকাউবা সনা থম্নাই তাজনি, ইচা নিংথো মাঙফরোই ফিগে ইয়োং তংফরোই তরেৎ শেঙ্গাওম্নুংদগী খুবাম চাউনা থাদরম্মু মিসন স্কুলদা শেঞ্জ ঐ ইবুংঙো।

অসিদা নংতনা তোমাশোগী ঈশৈ :

মন্দিলানি ঐ একাগাড়ীগী (গ্যং গ্যং)
খুবীনা খৎ-খৎ-খুৎনাং চাবা মন্দিলা
... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ...
... ... ... ... ... ... ... ... ... ... ...
অমম্বদ খোঙঙপ মখোল, গে গে-গে
মনীংথোংদা সৎ চংখি, অমম্বদা জবুক !
মণ্ডিলানি ঐ একাগাড়ীগী – গো গো গো।

মীওইবগী অরোনবা লীচং কয়াবু অইবনা মপান খোংদা পুথোকপদা ফোক্তোর শীজিন্নতুনা sublimated form অমদা য়াম্না কজনা থম্বা ওম্মী। অসিগুম্বা সিম্বোলশিং অসি ইন্টরপ্রিট তৌবদা সীগমন্দ ফ্রোইদকী Interpretation of Dream তা চাওনা মতেং ওই· খিবা সাইকো এনালিসিসকী মতেংনা সাইনশিং অসি দিকোদ তৌবদা অচৌবা মতেং ওইগনি।

তোংব্রাদা শোর্শ কয়ামুক্তগী ইখিল কয়া চলকই। অতুবু মঙোন্দা চঙলকপদা লমদম অসিগী লৈহাওগা চাশিন্নতুনা অঙকপা অতোপ্পা মওং অমদা ট্রান্সফোর্ম তৌবা ঙম্বা কেমিষ্ট্রি অমা য়াওরি। মসিমক্তি মহাক্না লমদম অসিবু তুংশিজবা, লমদম অসিদা শোৎথহৌরিবা ময়ামশিং

অসি উবদা পোৎথাহ্নুনা তুমিন্না লৈবা ঙমদবা. লমদম অসিগী মীয়ামগী পুন্সীবু মুন্না মশক খঙবা. মীয়াম অসিগী সোসিয়েল অমদি কলচরেল মিলিয়ুদা মরা চেৎনা তাবা, অমদি লমদম অসিগী অপুম্বা পোলিতিকেল কলচর ময়াম অসিনা পুন্দুনা তোংত্রাগী লীলাদা তোপ তোপ্পা মশক লেপ্পি


১। মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ১৯৯৪

২। তোম্বী এন, 'মণিপুরী সাহিত্তাদা অনৌবা মীৎয়েং অমা' ভী আই পব্লিকেসন্স ১৯৮৫

৩। শ্রীবীরেন এন, 'মণিপুরী ড্রামাগী খোংচৎ', সাহিত্য, ভোল ১০, ১৯৭৮-৭৯

## English

1. Elam, K., The semiotics of Theatre & Drama 1983
2. Kaja, S., The subject of semiotics, 1983
3. Esslin, M., An Anatomy of Drama, 1981
4. Esslin, M., Theatre of the Absurd, 1977
5. Williams, R., Drama from Ibsen to Brecht, 1976.


————

# জিঃ সিঃ তোংব্রাগী লোল, ষ্টাইল অমসুং তেকনিক

মণিপুরী ড্রামাগী লমদা জি: সি: তোংব্রা তোপ-তোপ্পা মকম অমা কল্লিবা অইবনি  খৃষ্ট-কুম ১৯৪০ গী অহুমাইদগীনা হৌজিক ফাওবদা লেপ্তুনা ড্রামা ইরক্লি। ড্রামা চামগী মথক্তা ইখ্রে, ছন্দ-রোম ল্যাইরিক ওইনা মখচুনা পুথোক্লে। মহাক্না ড্রামাতিক লিতরেচরদা মকম অমা চাওনা কল্লিবসি ড্রামা মশিং য়াম্না ইনা তাক্না নম্লে, মতম-মতমগী ওইবা সোশিয়েল রিএলিতিবু মরেক্ক শেংনা উৎনবা হোৎনবগা লোয়ননা মহাক্কী ফাগি, মচেক্লা য়ৈবা ৱাহৈ-ৱাতাশিংনা সমাজ অসিবু করেম্নবা। হায়নীংবা ৱাফম অথিংবা থমদনা হায়দোক্তুনা সমাজ সংস্কারগী অচৌবা থৌদাং অমা লৌখিবা অসিননি  মসিদা অইবসিগী শাফু লৈরবা লোল্লা চাউরবা শক্লোন অমা লৌরি।

**লোন অমসুং স্টাইল ঃ**

জি সি: তোংব্রা মীয়ামগী অমদি মীচমগী অইবনি। মীয়ামগী সমাজ অসিগী লেপ্লবত্থ মহাক্না পুন্নমক্কী মহুৎ শিন্নগা কোওদোরক-পনি, মহাক্কী ড্রামাশিংদা। অহুনা খ্বাই মীয়াম্না অয়ুক মুমিদাংদা শীজিন্নবা লোন্দা-পুদাহু, মহাক্না মহাক্কী ড্রামাশিংদা মনীং তৌনা শীজিন্নে হায়নীংলকপদা অথিংবা থমদে, য়াম্না ইচত থৌনা, থৌনা লৈনা দাইরেক্ট হেক্তা হায়দোকই  ড্রামাতিক লিতরেচরগী ওইবা তোঙানবা লোন অমা শেম্মুবা লৈতে। মহাক্না নীংলিবা কোওদোক্নীংলিবত্থ ড্রামাদা মতাংগা চাননা মহাক্কী কেরেক্তরশিংদা হেক্তা ঙাঙথোকহল্লি। 'মনি মমৌ' ড্রামাদা মণিহারদা কোওদোকহল্লিবা ৱাফমশিং অইবগী অনীংবা অপাম্বহুনি —

"অহুদি ইমান অহিংসা কংগ্রেসকি<br>
ফিজেৎ শেমলগা গান্ধীরেম্প উপল্লগা,<br>
হিটলরর মুশোলিনী খাহুন্না য়ুমসি<br>
থুস্লীর চাল্লাইর ননিং থুংল্লপ য়ুমস্রি<br>
কাং খোং চাইন থুগাইবদ করম্ন<br>
তুমিন্ন য়েংহুন লৈশিগে? ঐস্মু য়ুমগি নিপা<br>
অমনে, য়ুমগি চাওখৎনব য়েংশিনবশি<br>
অধিকার ঐগিস্মু লৈয়ে "

(মনি-মম্মৌ, লা: ১৫)

তোংল্লাপী ল্লাম্মা খুদিংমক্তা মহাকী কেরেক্তরশিংনা হায়দোরক্লিবা রাকমশিংসি মহাকী মপুক্লীংদা লৈবা, মহাক্না নীংলিবা অশেংবা অচুম্বহু অথুম্মা লৈতনা দোং ফোঙদোরকপশি। 'কলিদ ভীম্ন মন্ত্রী' হায়বা ল্লামাদা তোমচৌনা হুযে'থনদা হায়রিন্না রাকমশিবু চুমদল্লা?

"ভাইবংমী হায়বসি হুংঙাইব পাম্মি, থল্লাই<br>
মাঙবা পাম্মুদে। হুংঙাইনবগিদমক, থল্লাই<br>
হিংল্লবগিদমক মখল মথা অয়াম্ব অরাব থাংই,<br>
অচুম-অল্লাল থিদন মীব হুংশিনব মপুন<br>
চান্নব চীয়োল তৌই।" ( লা: ৪৫ )

মতৌ অসিগুম্না 'ওপ্তা'দা হৈতোম্না ফোঙদোক্লিবা রাফমসি অইবগী মপুক্লীংদা লৈবা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা বাহু খ্বাই মীয়ামগী লোন্দাদা ফং হায়দোরকপনি—

"ভাদ হুৎ-কেৎ. খোইল্লিং খোইল্লাংস্মু<br>
ঐঙোন্দ পাউতাক পীব য়াওরল্লাও?<br>
খঙবিম্ন: ৎদি শোইদন চাওখংপ পাম্ব কাংবুল য়াওব<br>
মীনি, শোই-চাউ-পামদ মী পুম্নমক মমিং চল্লখিনি।<br>
বাজী থুপথ্রবস্মু চেচে, তাচা, খুড়া, মাম ইনে ইন্দোল

পুন্নমক য়াওরনি। মন্নুং মোংলগা মপান্দ মকুদ নানব
চাউখৎপন ত্তুং কোইব য়াদে; ভাকু কাংবু কায় তোংব
দলালদ লৈব, খুৎলাই পায়বন ভাকপ লৈ। দলাল
কায় ফজবগিদমক মখোয়হু চাউখৎলে হায়বা য়াত্র ?

(লা: ৪৮)

অতোপ্পা ড্রামা অমগী রাভাঙ অমগা অমুক য়েংসি—

"করিনো থবক থর হাংলে, নত্রগ অনৌব হাপকদব
লৈরে হায়রদি থবকতু পুব মন্ত্রীগি পাম্বোম ফৈরোই
ময়ায় চীন ৪ পানব ১০ পানব কাক কাক খোংদন
লাও:থাকই নিলাম লাওবদোনা মমল হেনগংনহল্লি।
শেলহু চাবিরো কৈরোই ওইরসু লৈকাইবু ওইরসু
থবক্তি হাপ্পিযু পীবিয়ুদনা! ময়ুম হিঙ্গোল
বন্ধান চৎ নত্রগা য়োল্লগা তলব চাবথবক অম লেপসিনজগে
হোৎনজব
কাংবুহু শেলন চন্সিল্লু থবক্ক পীবিদ করি ওইব হৌনদগে।"

(সনাথৈ হ্ৰেদ্ৰে লৈবাক্তে, ২শুব শরুক লা: ৪)

মথক্তা মথং মথং ওইনা তোঙান তোঙানবা ড্রামা মরিখক্তগী লৌখৎলিবা দাইলোগশিং অসি হৌরকপদগী হৌজিক ফাওবদা লৈরিবা তোংব্রাগী লোনগী মশক অমা থন্নবা হোংনবনি। তোংব্রাগী লোনগী ফজব অমদি মগুণদি রাহৈশিং নত্রগা রাহৈ পরেংশিং অহুদগী মশাগী থোকচরক্লিবা অর্থ হায়বদি অভিধার্থ অহু নত্তে, ফুমহুনা লৈরিবা মচেকা য়ৈবা, ব্যঞ্জনা শক্তিনা থোকহল্লক্লিবা ব্যঙ্গ্যার্থ অহুনি রাভাঙ খুদিংমক্তা য়াওরিবা সেৎ্যারিকেল তোন অহুনা মহাক্তী লোনগী অশেংবা মশক্লি। মহাক্তী লোনগী অশেংবা মশক্লি। মহাক্তী লোন্সি

মচীনম্নু তুম্বা ময়াম্নু য়াম্না থৌবা থাঙশাং অমগী মশক্নি। ফোঙ-দোরকপা খুৎফোঙদোক্না কিহন্নবা ধমকা তৌতুনা উৎপত্নু নত্তে খরা খরা লেন্দুনা অনাবা ফাওহনবনি করিগুম্বদা চক থিন্দুনা চৈনা পীবনি। 'মনি মমৌ' ড্রামাদা য়াওরিবা দাইলোগ অমগী সেত্যারিকেল তোন অসি য়েংসি

"কবিনো ঙসিদি ঐখোয় য়ুমসি খৎনব রারভুন
পোথাবমানেনা! খৎনব তানিংদবা নিপা,
ঐখোয় তাচৌত্নু লৈরবদি ফন তোয়ন খৎনবনি,
ছুক্সিক তাচো লৈত্রে হাযবা পাউ তাববসিদ,
খৎনত্রবোইবেসে খৎনব তানিংব কুম্মৈ য়েংনিংব
ঐখোয়দি তাত্রেদন, উত্রেদন। কৈদৌবষগে?
খর খৎনসে লাউনসে চৈনসে, তুমিন তুমিন
লৈনরবব্নু কৈদৌরবগে?" (লা: ৫১)

থাঙনা থক য়াল্লকপনবু হেন্না কৈ, মথক্কী দাইলোগ অসিদি খরা-খরা অস্নুম তপ্পা তপ্পা লেনবনি। ইকাইবা খঙ্গদবা মীগীদি খঙত্রে, খৎন-গনবা ইমুগী ইকাইবা খঙবা মীওইশিংদি খৎনবা তোক্তবগী রা লৈতে। মসিনি তোংত্রাগী লোনগী অশেংবা মশক অমদি মগুণ। অতোপ্পা ড্রামা অমগী দাইলোগকী মতাং অমুক য়েংবা য়াই।

"পুক থল্লোইদব, ফি শেংপ ফংলোইদব. যুম নোং
য়ুদৌব ওইরবদি গণতন্ত্রসি তোক্লসে গণদেবীবু
থুকম্ব অমদি থাজবগি করি কান্নবিবগে? হয়েং
মপোক্ত চরা অনী চাব ফংনব পাম্বে থিসে।
তোঙার চারসে;" (চেঙনী-খুজাই, লা: ৩৯)

ইচুম চুম্বা রাফম্নু কয়াদা অর্থ চেন্না অমদি শক্তি লৈনা ফোঙ-দোক্নিবা তোংত্রাগী ড্রামা খুদিংমক্তা ফোঙদোক্নিবা লোনগী মশকসি

মসি ঙাক্কনি। •খোয়না খঙহ্নবা লৈরবা অচুম্বা রা ঙাক্না ওইবনা অহানবদা কয়া খোশারুদবা য়াই, অতুবু খরদং খন্থরুরবদি মহাক্কী লোনগী মপাঙ্গল য়াম্না কল্লি হায়বসি হেক্তা খঙবা ঙম্মি। তপ্না হায়বা গ্রামাগী মথাদা পীরিবা রাক্ষম অসি হৌজিক্কী মতমসিগী য়াম্নম্নু চুম্লিবা য়াম্নম্নু শক্তি লৈবা অতুগা মনুংদা পীরিবা অর্থদা মচেক্না য়েত্নুনা করেম্নবগী মশক অমা উবিবাসি ঐখোয়না তরাইবা লোবা য়াদে

"কাকা লাকলগা বাজিবু অঙাওবা ঙহাক্ত
শাবিয়ু হিসাব চুম্বরা নিংথিনা শ্‌রুত্রা হংলগ
উম-উম হায়বিয়ু লানত্রা নিংথিন শ্‌দত্রা
হংলবসু উম উম অতুম হায়বিব মখোয়ন
শাবিব বাজান ওদিট তৌরে হায়বগি সহিত্তু
চুম্মত্রা হংলগসু উম উম খুম্বিব, অশাব সহিরা
মতাংলা নএথাকলা হংলবসু উম উম অতুম
খুম্বিব সিদনি মখোয়ন পাম্মিব।" (লা. ৫১)

তোংত্রাগী লোনগী মথরারদি মচেক্না য়েত্নুনা লরুবগী মওংদা পুখোক্লিবা ফাগি অসিনি। মহাক্কী ফাগি অচম্বা থাক্কী নত্তে, য়াম্না সীবিয়স ওইবা ফাগিনি। গ্রামা ইবা তোংত্রাবু মশক খঙবদা মহাক্কী লোনবুসু খঙদবা য়ারোই। মহাক্কী লোন খঙদ্রবদি তোংত্রাবু মশক খঙলে হায়না লোবা অরানবা ওইগনি। মহাক্কী ফাগিদা য়ুক্ষম ওইবা লোন মহাক্কী লীলা পুন্নক্কী য়াঙলেন শরুনি। ফাগিবু মহাক্না পুন্সী অমসুং সমাজগীদমক য়াম্না মরু ওইবনি হায়নসু লৌই। ফাগিগী মতাংদা তোংত্রা মশানা হায়

"অমম্ব অহিংদ নোংথাংন ঙাম্বোক্লগা হৈনৌ
অমুনবা খুনবা উবগুম ফাগিন পুক্লিংবু
তেকখৎহল্লগা কান্নবা রা কয়া খুজংপা রাদে,
অনানবা প্লেট ইবগুম ময়েক লাবা পুক্লিংদ লৈহৌই।

\+ + + + +

মতম চান মফম চান শীজিন্নরবদি মী অমসু সমাজ শেংদোক-
পদা কান্নরবা থুংলাইনি ”

( মনি-মমৌ, রাহৌদোক, লাঃ ২ )

রাকম অসিবু মুন্না খঙলবা তোংব্রানা, মহাক্না ফোঙদোরকপা রাফম খুদিংমক্তা ফাগিবু তঙাইফদবা ওইনা লৌই অমসুং মসিনা মহাক্কী লোনগী শক্তি অমদি মগুণবু হেনগৎহল্লি।

তোংব্রাগী লোন অমদি মফোঙদোক্কী ফজবা অমদি দাইলোগশিংগী লোন্দাসি য়াম্না ফ্রো লৈবা অসিনি। মহাক্কী দ্রামাশিংগী দাইলোগতা অওক-অথোংগী ফজবা মশক উবা ফংঙি, অপাবা নত্রগা অতাবশিংদা ভুংঙাইবা মহাউ অমা পীবা ঙম্মি। ‘ভবোংখাউ’ (অনীশুবা শরুক দা কদম্না লক্ষীপুরদা তোমালো থিবা লাকপদা মখোয় অনী উন্নবদা ঙাঙনন্নিবা অরায় অথুমসি তাবদা য়াম্না ভুংঙাই ফসু কজৈ।

“তো— কনাবুনো নঙন হায়রিহুবো ?

ক - তাঙাং তোমালোবুনে

তো— তাঙাং তোমালোদি বৃন্দাবন চৎখ্রে।

ক অহু ওইরবসু সনা ইবেম্মনদি চোপ্প নংজিবৈদ হরাউ-হরাউ লাকচো হায়রকপ তম্মু হায়রকই য়াম্ন লুন।

তো - নঙবু তাঙাং তোমালো মশক খঙব্রা ?

ক—ঐদি খঙদে।

তো — মহাক্তুদি চৎখ্রে, ঐঙোন্দ পাউ তম্বনদি করি কান্নরিবগে ?

ক -- ঐগিদি লুন চেল্লকপ পাউনিন তমদব য়াদব।

\+ \+ \+ \+

তো — ঐ ইথিংমক্ল উহৌই মান চৎখিবহু।

ক — অতুদি লেংলসি, উহৌই চৎখিব হায়রুন অমুক্ত তম্বিয়ো।

তো – ঐবুদি কৈদৌন চত্তোবিব।
ক – উহৌব পাউ তম্মুনব।
তো তন্দ্রাও ঐদি পাউত্থু তম্মুরগা করি কান্ননি।
ক সনা ইবেম্মত্থু লাক্লবদি চোপ্পা মী য়াওনি।
তো - মীত্থু কনানো?
ক – তাঙাং তোমালোনি।" (লা: ২২-২৩)

অসিগুম্বা মখনগী দাইলোগকী ক্লোসি তোংবাগী ড্রামা অয়াম্বদা উবা ফংঙি অত্থুবু আখেঙবা মতমগী ড্রামা খরদা মরু ওইনা এবসর্দকী ফোর্মনচিংবা পুশিল্লকপা ড্রামাশিংদা দাইলোগকী অন্নায় অথুমদা কত্রক কত্রক লাউবা লোন্দা য়াওদবসু নত্তে। অত্থুবু অয়াম্বা ড্রামাশিংদা তোংবাগী লোন্দাদি অপাবশিং নত্রগা অতাবশিংদা মুংঙাইবা পী, শাফুসু লৈহল্লি। 'ঙবোংখাউ' দগী মতাং অমগা য়েংসি –

"বৈকুণ্ঠ – মানি দাদা মহাশয চহীদি রাইখুদোন
মনীংহন চত্তে! অত্থুবু নহা ওইবিগৈদ ঙন্নিমখৈ
মুংঙাইহৌব ফবসু নত্তে, ফত্তবসু নত্তে।
গাঁও –অত্থুবুদি অহল ঐখোয়সু বাত্তোন কংলিবমখৈ উৎসব
য়াওহৌব ফবসু নত্তে, ফত্তবসু নত্তে।
সুবল –নহারোলন থরাই মুংঙাইত্রগা শাউবসু ফত্তে শাউদবসু
ফত্তে. তাঙ্গা চারে হায়ত্থুন হরাউবসু ফত্তে হরাউদবসু
ফত্তে।
বোবো উঝাগ ছাত্রীগ পিকনিক খঙদে. লাই খুরুম্বা
খঙদে চৎমিন্নব ফবসু নত্তে, ফত্তবসু নত্তে।"
(লা. ১৮)

য়াম্না শাফু লৈবা লোন্দানি। নাকোইনবা (ইন্দাইরেক্ট) লোন্দাদা পোজিতিব অমসুং নেগেতিব সেন্সনা পুন্নগা হকচিন্নবা নেগেতিব সেন্স অমসুং নেগেতিব সেন্স অনীনা পোজিতিব সেন্সকী অর্থ থোকহনবগী

খুংফোঙদোক অসিগী মশাগী কজবা অমা লৈ। মসি তোংবানা খোঙইনা শেম্মবা লোনগী মশক্কি।

ফ্রেঞ্চকী অইবা ব্যুকে'না হায়রম্বা ষ্টাইল হায়বসি মী মশামক্তুনি হায়বসি জি: সি: তোংবাদা চপ চানা থোকই করেম্মবা অমদি ফাগি অসি য়াওজ্রবদি তোংবা অসি তোংবা ওইদে। মসিবু য়াও-রমদ্রবা মহাক্কী ড্রামাশিংগী মগুণ হম্বরমগনি লোনগী শাকুস্ন কল্লম্মোই। য়াফম অমবু চুম্না হায়বগী মহুত্তা মচেক্লা য়েন্থুনা ফোঙদোকপনা মণিপুরী সাহিত্যদা তোংবাগী লোনগী তোপ তোপ্পা মশক অমা থম্বা ঙম্লিবনি। মসিদা মহাক্না লোনবু শীজিন্নবা মওংদা শীজিন্নে। মহাক্না পাম্লবদি ইংরাজী, হিন্দী, সংস্কৃত, বাংলানচিংবগী ৱাহৈ, মনীং তম্না শীজিন্নে। ৱাহৈপরেংশিং পূম্নমক্ক মণিপুরী লোনগী মচন অমা ওইহল্লি। অদুবু লীলানা দিমান্দ তৌবদগী হেন্না শীজিন্নবা মতাং য়াওরকপদদি লোনগী মশক থীহনবা থোকহন্দবস্নু নত্তে, করিগুম্বদা ড্রামাদুগী কেরেক্তরগী লোন নত্তুনা তোংবা মশাগী লোন ওইনা লৈবা মতাং কয়া য়াওই। 'চেঙনী খুজাই', 'মঙাল অদো', 'য়াওশঙ ৱাহং অহুম', 'লাইরিক দোকান কোইজং'নচিংবা ড্রামাশিংদা লীলামা দিমান্দ তৌবদগী কা হেন্না ইংরাজী শীজিন্নে অমস্নুং চুনদবদগী লোনগী কজবা মগুণ হম্বহল্লি।

তোংবানা মহাক্কী ড্রামাশিংদা সিম্বোলিক ওইবা ৱাহৈশিং য়াম্না মতাং চানা চুননা শীজিন্নবা থেংনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা 'চেঙনী খুজাই', 'তাজমহল', 'উপু বাক্সি', 'ঙবোং খাউ', 'তপ্তা', 'ককপ্রবা কোকয়াম' নচিংবা ড্রামাশিংগী মমিং থোল্লিবা ৱাহৈশিং অসিমক সিম্বোল ওাক্তনি। কেরেক্তরশিংগী মমিং থোনবা ৱাহৈশিংদস্নু সিম্বোল কয়া অমা থেংনৈ। সিম্বোলশিং অসিগা লোয়ননা মৈতৈগী ওইবা পাহৈ পাউরৌ কয়া মতাং চানা শীজিন্নে, কোন্ক-সেন্সিংস কয়াম্নু (ঙবোং-খাউনচিংবদা) মতাং চানা হাপচিনবা উই। পুন্নমকসিদস্নু তোংবাগী লোনগী মশক্তা হোংবা লৈতনা য়াওরিবদি করেম্মবা অমদি কাগিগী লোম্না অসিনি।

তোংত্রাগী ত্রামাশিংদা মহাক মশাগী ওইবা লনাই-রা (ইদিওলেক্ট) খরা শীজিন্নবস্থ থেংনৈ। 'ইবানি' বু 'ইমানী', 'মঙোন্দবু' 'মঙোন্দ' 'গুজা' নত্রগা 'ওঝা' বু 'উঝা' হায়না মহাকী ত্রামা খুদিংমক্তা শীজিন্নৈ। অসিগুম্বা য়াহৈশিংসি কেরেক্তরশিংগা চাননা হাপ্পা নত্তে। তোংত্রা মশাগী লোন্দানি। মতৌ অসিগুম'দৌবা নত্রগা 'তৌবা' হায়বা রাগুপ অসিবু করি-করিগুম্বা মকমদা 'দোব' নত্রগা 'তোব' হায়না শীজিন্নবা থেংনৈ। ম সগী মতাংদদি অইবসি মরীং তম্মি, করিগুম্বদা 'ও' কার, করিগুম্বদনা 'ঔ' কার শীজিন্ননীংবা মওংদা পঙশীদ শীজিন্নৈ।

মথক্তস্থ পনথে, তোংত্রাগী ত্রামাশিংগী লোন তোংত্রা মশাগীনি। ত্রামাগী তঙাইফদবা লোনগী মশক কেরেক্তরশিংগী থেন্নবা থাক অমদি মফম মতমগী মতুংইন্না নৈবা থেন্নবা লোন্দাহুদি তোংত্রাগী ত্রামাশিংদা গুকয়াও য়াওদ্রে। মসিমদি তোংত্রাগী অচৌবা অশোয়বনি ত্রামা খুদিংমক্তা য়াওরিবা কেরেক্তর পুন্নমক তোংত্রা শাক্তা ওইবনা লোনস্থ তোংত্রাগী শাক্তা ওইরকপনি। ত্রামাগী থিম হোংবগী লোন্দা পুন্দা হোংবদনি, লোনগী মশক্তা দিভলপমেন্ত লৈতে। থোইনতুম মহাকী অঙনবা মতমগী ত্রামাশিংদা- শীজিন্নরিবা লোন্দাশিংত্বনা কঙবা হেল্লি। খরা থেঙথরক্লবা অমদি হৌজিকী অমৌবা ত্রামাশিংদা তোংত্রা খরা চেকশিন্দবা উই হায়নীংবা পঙহায়দা হায়বগুম্বা ত্রামাতিকেল ইন্স-ট্রকসন ফাওবদা ইংরাজী পঙশীদ শীজিন্নবা, থৈজদা উৎনংগী থঙবদা লায়নবা অমদি মুংঙাইনবা ওহাক-ওহাকী পঙই ইথিবত্র ত্রামাতিক লিতরেচর ওইনা পুথোরকপদা শেমদোক্তবা পুথোরকপনা লোনগী মীৎয়েংদা মহাকী লীলাশিংসি নোঙ্গপ তোরকই। অসিগুম্বা চেকশিনবা রাংপসি তোংত্রাগুম্বা মশক নাইরবা ত্রামা ইবা অমগী থুংইদা থেংনবগি মুংঙাইতবা পোকই।

**খেকটিক:**

তোংত্রাগী লীলাশিংসি চাউরাক্তা মথম অতুম থোরক্না থাইকোকপা য়াই— রেডিও ত্রামা, তাঙক অমগী লীলা অমস্থং মপুঙ্কাবা প্রজা,

'ঙবোংখাউ', 'তাইবঙজাম্বগী ইসু', 'হুইন খোংজে গৌ গৌ', 'তুরেল অঙাঙবে তোর্বান' অমদি 'আকাশবানীদে কোঙগ্রবা' দা য়াওরিবা লীলাশিং রেডিওগী ড্রামা ওাক্তনি। ড্রামাশিং অসিদা অইবমা খোঙ্গেল লীলা অমা ওইথগী তঙাইফদবা সাউণ্ড-ইফেক্টশিংবা হাগ্নগী তেকনিক শীজিন্নে। লীলা থরদা ফ্লাস-বেক তেকনিকসু শীজিন্নে তাক্কক অমগী লীলাশিংদনা দৃশ্য মচা মচা কয়া য়াওবা, অতুগা তাক্কক অমথক্তদা লীলা লোইবা মওংগী তেকনিক শীজিন্নে। তোংত্রাগী লীলাশিংদা মথন মথেনগী তেকনিক শুনা উবা ফংলিবদি মপুংফাবা ড্রামাশিংদনি। অঙনবা মতমগী ড্রামাশিং ('মনি-মমৌ' 'মেট্রিক পাস', 'মৈতৈ চনু', 'তাইবঙ গাইত্রং', 'হিংমিন্নবা', 'কলিদ ভীম্ন মন্ত্রী' নচিংবা) দা এক্ট খুদিংমক্তা দৃশ্য কয়ামরুম য়াওবা, রাত্রীগী পরীং মথং মনাও বাইনা চথরগা ড্রামাগী প্লোট শেম্বগী তেকনিক্তু শীজিন্নে। ভারত অমদি নোংচুপ-লোমগী থায়নঙদগী চংনরকপা তেকনিক মখল অসি য়াম্না ট্রেদিশনেল ওইবা মওংনি। ট্রেদিশনেল ওইবা তেকনিক অসিদগী থৈথরক্তুনা এক্ট অমদা দৃশ্য অমতমক য়াওবা তেকনিক অতোপ্পা ড্রামা খরা হায়বদি 'মণি থিবা', 'ঙগ্না', 'চেঙনী খুজাই', 'য়াওশঙ রাহং অহুম', 'লাইরিক দোকান কোইজং' নচিংবদা উবা ফংঙি। তেকনিক অসি য়ুরোপকী অনৌবা ড্রামাশিংদা শীজিন্নবা মকম অমথক্তদা থোদোক রাখোক কয়াগী ইনফোর্মেশন পুশিল্লক্তগা রাত্রী পরীং শাগত্তুনা প্লোট শেম্বগী মওং অত্থনি। ড্রামা খরদনা খরা হেন্না কমপ্লেক্স ওইবা তেকনিক হারবদি লীলাদা লীলা উংপগুম্বা ( রাজকুমার শোল্লীবী ). রাথনবু মঙলান ওইনা পুশিল্লকপা নত্রগা মিত্তা উবগী মওংদা ফ্লাসবেক তেকনিক শীজিন্নবা অমদি জগোই ঈশৈ হাপচিনবা (তাজমহল) মওংগী ড্রামাসু তোংত্রানা ইরকই। অসিগুম্বা ড্রামাশিংদা এবসর্ডকী ফোর্ম থরসু হাপচিনবা থেংনৈ। রেডিও লীলা ওইনা ইথিবা 'ঙবোংখাউ' ষ্টেজগী লীলা ওইনসু উৎপা য়াবা ড্রামানি। মসিদা তোংত্রানা স্পোট লাইট-নচিংবা শীজিন্নরগা ফ্লাসবেকী মওং অমা শেমগৎলগা মঙলানগুম্বা

রাখন পুশিল্লকপগী তেকনিক শীজিনৈ। মহাক্কী অথেঙবা লীলা থম্মা ('ককথবা কোকয়াম', সনাখৈ হূপ্রে লৈবাক্তে' নচিংবা) দা ট্রেদিশনেল ওইবা মওংদা এক্ত অমদা দৃশ্য কয়ামরুম য়াওবা মথনগী লীলা ওই-রবস্থ প্লোট শেম্বদা, দাইলোগতা এবসার্দ'কী ফোর্ম' চঙবা তেকনিক উবা ফংঙি। গুপচিন্না হায়রবদা, তোংব্রাগী ড্রামাশিংদা ড্রামাগী তোঙান তোঙানবা তেকনিকশিং মথন মথেন শুনা য়াওবা থেংনৈ। তেকনিক্কী লমদদি তোংব্রা য়াম্না এডভান্স ওই। মহাক্কী অপূনবা ড্রামাশিংদা মণিপুরী ড্রামাতিক লিতরেচরগী তেকনিক্কী মথং মনাক্ত নাইবা দিভলপমেণ্ট ময়েক শেংনা উবা ফংঙি।

---

# "জিঃ সিঃ তোংব্রাগী দ্রামাদা ক্ষাগি"

**ম্যাহৌদোক ঃ**

মতমগী খেংঙলৈ মতুংইনা চৎপা ওম্বা, পুংলোনগী মতুংইন্না জগোই শাবা ওম্বা, করিনা করিনো, করি ওইফম থোকই হায়রবনচিংবা রাখল থনবা ওম্বা মীওইবনা অভৈ জীবশিংদগী অহেনবা তোপতোপ্পা কয়া লৈবগী মঙ্গুংদা নোকপা হায়রবসিসু অমনি। মীওই থরগী মোংঙা চিম্পানজিশুংনা শা থরদি নোকই হায়নবা লৈরগসু পুক্লিংগী ঈহুলদগী অমসুং রাখল শীজিন্নবদগী মীওইবনা নোক্লিবা অসিদি অভৈ জীব শিংদা ওইথোক্তে। নোকপা অমসুং কপ্পা হায়বসি মীওইবনা পোক্লক-পদগী শাগোন্নতুনা অতুম লাক্লবনি। তাইবং ক্ষাওরকপদা হংঙা মিকপ্নে; মখংদা মমিৎ উরবদা হবাও মিনোক তম্মী। মফম অমসুং মতমগী মতুংইন্না নোকপা অমসুং কপ্পগী মংমতু অমদি মওংতু খেন্নবগী রাদনি। মীওইবনা অরাবনা লাঙ্গাই চল্লবা মতমদা কপ্লি ; নুংঙাইবা হরাওবা মতমদা নোকই। হরাওমন্দুনা, নুংঙাইমন্দুনা কপ্পা নত্রগা রামন্দুনা নোকপসু য়াওদবা নত্তে। পুম্নমক অসিগী হৌকফদি মী মীংগী যিভম অমসুং মতম্না পুরকপা পুক্লিংগী ঈহুল অমসুং পুক্লিং মতা অতুনি। কপনিংবা অমসুং নোক্লিংবগী ঈহুল পোকহল্লিবসি মবম কযাননি পুন্সীগী অরাবা তাংকক কয়াদা ঐখোয়গী অপাম্বা নিংজবা কয়া থুবামঙ্গুংদগী লিৎথোকখিবদা ঐখোয়গী মীৎলুদা পিগী ঈরা হৌরকুনা থম্মোয় শেংক্লা কপ্লি অতুগা থাজনা ঙাইনরম্বা করিগুম্বনা করিসু ওইরক্কবদা নোকনিংহল্লি থুদম ওইনা হৌনা পোকশাম্নরগনি খন্দুনা নাকোং মেন্নরিবা বম্কুলা অতুনা শুং লাউরগা তোকখিবা মতমদা নোক্লিংগনি। নাপ চাদবা থৌদোক, ওন্ন-তৈনবা থবক থৌওং, মাম্নদবা খেন্নবা, মওং মরিল নাইদবা শক্তমশিং, রাপু অনী পুবা য়াবা রাঙাংশিং মীওইবগী অশোনবা মশকশিং অমদি অপঙশিংগী মতৌ অসিনচিংবা কয়া অসিনা মীওইববু নোকহল্লি।

কা হেন্না নোয় চাউবা নত্রগা ময়াং কংত্রিক কংবা নত্রগনা হুকচাংগী কায়াংশিং চাং ম্নন্না পান্দ্রংা মীওই উবদা — ফীজেৎ চাকচা মান্নদবা ভোগান তোগাববা লমগী মীওইশিংনা অমনা অমগী ফিজেৎ চাকচা উবদা, বাংথুং বাংবা ভমগা নেমত্রিক নেব্বা অমগা পুংবা নত্রগা লাম্বা ওইনা থোক্লকপদা নোকনিংবা য়াই। বাহৈনা পোক-হনবা য়াবা নোক্লিংবদনা অর্থ অনী পুবা য়াবা বাঙাংশিং, ঙাংলিবনা অমা ঙাংলগা খুমলকপনা অমা খুমলকপা অরায় অথুম। মনা পংবা মী অমগা বারী শাবদা থোক্লিবা অহুগুম্না, মীমাঙ থোক্লা ঙাংনবদ দি বাচোপ ওইবা প্রমান-পাহৈ, পাউথোং, বারী বাচোয় কয়া অমদস্থু নোক্লিংনবগী মচাক য়াওরি। অসিদস্থু নত্তনা ময়ামদগী থরা তোপতোম্না খুৎচৎ-লাকচৎতা, বাঙাং শাঙাংদা মশাগী পীথোকচরক্লবা, পোকপদগী লোয়নজরক্লবগুম্বা নোক্লিংবা পোকপা ফাগি পুবা মীওই কয়া লৈরি। মমাংঙৈদগীনা হৌজিক ফাওবদা অসিগুম্বা ফাগিপুবা মীওইশিং অসিনা ঐখোয়বু নোকহন্দুনা অরা পোৎথাহল্লি ; মথোয়গী মরক্তগী অমুকস্থু পাইরক্কী লৌশিং লৈবা কয়না শীজিন্নরম্বা মথোয়গী অর্থ লৈরবা নোক্লিং বাঙাং কয়া ঙসি ফাওবা কাওতমদনা লৈহল্লি। হায়নরি — 'ফাগি হায়বসি কান্নথ্রবা হিদাক মখল অমনি। ফাগি পামদবা নোকপা পামদবা ওাইবং কনা য়াওগে ?

**সাহিত্য অমসুং ত্রামাদা ফাগি :**

অস্থুম্না মীওইবগা থাদোক্লবা য়াদনা শাগোম্নরক্লবা নোক্লিং মিহুল অসি সাহিত্যদস্থু নাস্থোকপা য়াদনা লোয়নরকই। ইংরাজীদা শীজিন্ন রিবা 'কোমিক', 'লুদিক্রস', 'আইরনি', ফন', 'জোক', নটিংবশিং অসি মথোয়গী মথোদাংদা থেন্নবা থরা থরা লৈজরবস্থু মথোয়গী পান্দম নত্রগা ফলদি চপ মান্নৈ, মহুদি নোকহনবা হায়বসিনি। ভারতকী সাহিত্যগীদা রেংলবস্থু মরা ওইবা রস মাপনগী মস্থুংদা 'হাস্য রস' (হাসর) অসি য়াম্না মপুং ওইনা লৈরি।

সাহিত্যগী মচল শংগী মতুংদা ড্রামা হায়বসি য়াম্না মপূং ওইবা মচল অমনি। অদুবু অদৌ সাহিত্যগী মচলওম্না মসিদি পানবগীতা ওইবা মচল নত্তে। ঐখোয়গী মাওদা লেও ওত্লা চংলিবা. বা ওাওলিবা ঐখোয়বু খোইনা রাহন্দনা রস চুপহল্লিবা সাহিত্যনি। মরম অদুনা মসিবু খ্বায়দগী অখোইবা কলানি হায়না লৌনরিবনি। কাগিগী খোঙদাকমনু কলা অসিনা হৌরকপদগী হৌনা ঈরোয়নদুনা লাকই। 'ট্রেজেদি' অমসুং 'কমেদী' হায়বা ড্রামাগী মচিন মনাও অনীসি পোকমিন্নরকপদা কমেদীদা ফাগিগী কয়দোংকম ওইথি। ওল্লিদৌগী মতমদা ট্রেজেদিনা কমেদীদগী হেন্না লুম্না লৌনদুনা কমেদীবু অরাপ্পা কলাগী মশক অমা ওইনা লৌনরমদ্রবসু মতমগী মতুংইন্না কমেদীগী মশক হোংলকপদগী লাইনা লৌনরম্লিবদু অরানবনি হায়বা খওনরকই। লীলা ইবা এরিষ্টোফেন-ভতগীনা মথং মথং মোলিয়ব, বেন জোনসন, জি: বি: সো, সেক্সপিয়ার-নচিংবা কয়া খোরজুনা হৌজিক্কি কমেদীগী মশক হেন্না মপূং ফারক্লি অমদি পায়বা হেঙ্গংলক্লি। সমাজগী অশোয়বা কয়াবু চুমথোক্নবা হেৎনবদা অকনবা খূংলায় অমা ওইরক্লি। কমেদীগী মপূং ওইবা মশক হায় বু নুংঙাইহনবা হায়বসিনি। মীওইবগী মখোং হুক্রুবা মতৌ, নাপ চাদবা খোদো খোওং, ওইথোক্তবা ফিভম্না পুবকপা কলশিং কয়া উৎপনা মসিগী মংমচংনি। অদুনা কমেদী লীলাদা ওইবা য়াবা য়াদবা হায়বগী য়াকম খোইদোকপা লৈতে। পুখংলক্লিবা য়াকম অদু নৈননবা হোংনবনা হেন্না মরু ওই। L. J. Potts কী "Comedy" হায়বা লাইরিক্তা অসুম্না হায় "Life is a comedy to those who think and a tragedy who feel". Meredith (মেরেদিথ) না অমুক মসিবু "awaken thoughtful laughter" হায়। নোক্না নোক্না রাখল খলহনবা হায়বসি য়াম্না মরু ওইবা কমেদীগী মশক অমনি। 'রিভ এন্দ হ্যমর' বু কমেদী লীলা ইবশিংনা অকনবা তঙাই-ফদবা খূংলাই ওইনা শীজিন্নৈ। মতাং অসিদা কমেদীগী মরমদা খরদং পঙ্গক্নবগী মরমদি নৈনজগদোরিবা হীরম অসিগী মতেং ওইরনবনি।

মরমদি মণিপুরী সাহিত্য অমসুং ড্রামাগী জগৎতা ডিঃ সি তোংব্রানা মফম চাউনা কন্দুনা লৈরিবা অসি কমেদী লীলা ইবা অমা ওইননি

**মণিপুরদা ফাগি লীলা অমসুং তোংব্রা ঃ**

-- তোংব্রাগী ফাগিগী মশক নৈনরকপদা মণিপুরগী ফাগি লীলা অমসুং থৈজ ড্রামাদা ফাগিনা খোঙদারকপগী ৱারী মতেক অমতং নীংশিঙবা মুংঙাইগনি। ঙসি ঙমাং লীলা হায়না খঙনরিবা কুম্মৈ অসিগী হৌরককমদি ফাগি লীলানি। নিংথৌ অমসুং কম্নাইবশিংবু মুংঙাইনবা, নোকহন্দুনা অরা পোৎথাহন্নবা, মখোয়না পেনখীরগা মনা-মথুম, ওইজ-ওইথক কংনবা ফাগি তৌবা মীওই কয়া লৈরম্মী। অদুবু মপুং ফাবা ফাগি লীলাগী মশক অমা লাকখিবদি ১৯ শুবা শতাব্দী মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না হকক্তনি স্না হাকুক অসিদা দুর্গা লাত্তুনা পূজা চাউনা তৌদুনা লাইমাংদা হরাও কুম্মৈ পাঙথোকপগী মথেল অমা ওইনা ফাগি হৈবা মীওই কয়া কৌখত্তুনা ফাগিগী কুম্মৈ শান্নহনবদগী ফাগি লীলা পোকখি হায়বসিনি। অতোপ্পা ৱারী অমনা স্না হাকুক অসিমক্তদা ফাগি পুবা নিংথৌগী মনাই অনী অবুজাম সাইতোন অমসুং থরি লাইশুবনা নোংমা মহানীগী ফাগি তৌবগী হীরম, মচাক অসি নিংথৌ মনাই অঙবা মখুনিং য়াম্না চাউবা 'খুনিংজাউ হায়বসিনা অশাওবা ওইবা খেকচউগী মখোং খোঙ্গলদগী হৌদুনা শেমগৎলগা মীনা পনবা ঙম্নব্রবা 'খুনিংজাউ অশাউ-বীদু ইজায় লায়না পন্দুনা লক্লখিবা, মরাশি ফবা মবানিগী কুম্মৈদু উবদা পুক্নি ভিংবমথৈ নোক্লখিবা, মদুনা ফাগি লীলা মচা অমা ওনখিবা; অদুদগী নিংথৌনসু ফাগি লীলা পুথোক্তুনা শান্নরো তাকপিখিবদগী ফাগি লীলা পোকখিবনি হায়বসিনি। অমুম্না চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্না হাকুকগী ফাগি লীলাগী ইচেল অসি চেম্থরকপনা চূড়াচান্দ মহারাজগী মতম অসিদদি মশক নাইনা চেংবা ফাগি য়োংশুবী ফাগিবাচিংব্রা খোরক্তুনা মপুং ফানা শাংকায়রক্লে। অদুবু হায়রিবা অফাওবা ফাগি

পুম্বশিং অসিনা লৈখিদবদগী ফাগি ভাক্তগী কুম্মৈ অসিগী পুন্সীশু লোইখিবগুম ভৌগ্রে। অতুমকপু মতম অসিদা তোঙান তোঙানবা ফাগিগী শরুক কজনা অতুম য়াওবা লীলা কাঙবু কয়া থোরক্লনা ফাগি লীলা অসিদগী শুমাং লীলাগী শক্তম ওইরকখি। অমদি মথা তারকপা লীলাশিং অসিদা তৌরকপা ফাগিদি থরা হেন্না লূম্বা, সমাজগী অশোয়বা অরানবা কয়াবু অমদি জাতি অসিগী ওইরিবা ফিভমবু খঙহন্নবগী য়াথল খম্থনবগী মচাক্ক হুনবা ফাগিগী শক্তম অমা উবা ফংলকখি। 'থেঙ্গ্ন লীলা' (সাবিত্রী সত্যবান); 'থোক লীলা'; 'খাওমৈ মথোং লীলা' (সত্য চরিত), 'বি: এ, মপা লম্বোইবা'; 'মহাপ্রভু ফিভা ওনবা' অসিনচিংবা লীলাশিংদা ভৌখিবা পাউরো পাউতাক ওইবা ফাগিশিংনা পীখিবা ঈখিল অতু হৌজিক ফাওবা কাউনদ্রি। মসিগী মতুং তারকপদা হৌরম কয়াগী য়ারীদা শুমাং লীলানা মথল মথেল ওইনা শান্নবক্লবস্থু ফাগি পুৰা মীওই নত্রগা নোক্লিং থৌদোক থরা য়াওহনবা হায়বসিমদি তঙাইফদবা ওইদুনা লাকখি।

অসুম্না শুমাঙ লীলাদদা নত্তনা বাঙ্গালীশিংগী খুৎথাংদা ১৯০৩ ইংদগী হৌখি হায়বিবা ষ্টেজ ড্রামা অসিদস্থু ফাগিগী কায়দোংকম থরতা ওইরবস্থু লৈবকখি। মক ওইনা লীলাশিং অয়াম্বদা শৌরা, শোইবোলনচিংবগী মওংগী ওইবা ফাগি মীশিং (কোমিক কেরেক্টর) থরদি অতুম ময়াওই। অতুবু শাফু লৈরবা মতিং লৈবা, অরাম্বা ফাগিনা মপুং ওইবা সামাজিক লীলাগী অনৌবা মশক অমা শেমহুনা মণিপুরী ড্রামাগী জগৎতা য়াওল অমা পুরকখিবা মীশক্তি পোকপদগী ফাগিগী মিহুল শাগোম্নররুবা, জি: সি: তোংব্রানি। ফাগি লীলাগী জগৎতা চেংবা ফাগি, য়োংগুবী ফাগিনচিংবনা মুৎনাইদবা মমিং থম্নগুম তোংব্রানগু ড্রামাগী জগৎতা মহাক্কী ফাগিগী পেরেগী মগুনতনা তোমখিন ওইনা ভান্দুনা লৈবা ওন্নি। মাগী ওন্নিভৈগী লীলা থরদি মগুণগী চাংদা হেল্লবস্থু ফাগি লীলাগী থুনাম অছু ইন্দুনা লাকপনি হায়না লৌবা য়াই। ফাগিনা মহাক্কী ড্রামাগী মথরায় ওইরি। তোংব্রানা

হায় "নোঙ্গ্লিং রাদি সমাজগী মীবু শেমগৎনবা মপা লৈতবা পাখেনি।"
মশাগী লীলাগী মতাংদা মশানা কমেন্ট পীজরহুনা অসুম্না হায় "মাগী
লীলানা খ্বাইদৈ খরা তোঙ্গা উবদি ফাগিমা লীলা মপূং ওইরগা
রস অতৈনা মোসলা ওইনৈ। মাগী লীলা পাবা নত্রগা য়েংবিবা
কাংবুন জঙ্গলদা চংলগা উজাও ভাক্তা উতুনা জঙ্গল উয়ক্তে হায়নবগুম
ফাগি ভাক্তা উরক তারকুনা লীলা নত্তে হায়নবা য়াওই নোঙ্গ্লিংবগা
কপ্লিংবগসি মান্নমন্দুনা মাগী লীলাদা কপকত্রা নোকত্রা মফম থত্তদবা
য়াওই।" মাগী লীলাবুসু মশক তাকপা অতুগা লোয়নবা মাগী লীলাবু
লান্না তৌবা নত্রগা শীথবিবশিংদসু শেংদোকপা ওইনা তৌবা রাঙাংনি।
রাঙাংসিদসু অহুমক য়াওরি মাগী ফাগিগী মিহুল।

তোংত্রাগী ফাগিগী তাইবং :

. . তোংত্রাগী ফাগিগী তাইবংদি সমুদ্রগুম্বনি, খকপা নাইদ্রবা ঈচেলনি।
হৌজিক্কী সমাজ অমসুং পুন্সীগী সমস্যা কয়াবু মৈমরিবা তোংত্রানা
ভাবকশিংবু নোকহনবা, কুংভাইহনবা পাম্মী চুম্না নোকহনবা নত্তে,
নোক্না নোক্না রাথল থত্তহনংশি সমস্যা কয়াবু নৈনমিন্নবনি। মশামক্কী
ৱাহৈদা—"অকবা মোঙ্গিং লীলাম সমাজগী অমোংপা কয়া ওদোকপগা
গোইনা অহল্লোন লাইংিক কয়া হেহৌদবশিংবু মতমগী ইয়াং অমসুং
জ্ঞান থত্তহল্লি। মতাং চানা কপ্পা অমসুং নোকপদা লীলা উরগা
অহল মহা মুখী অত্তা পুগগী পুক্লিংবু চুমহ্রোকহল্লি, লূহল্লি।" অমুকসু
লীলা মথল অশিনা কায়বগী মতাংদা "মুংজিদবা কত্তবা অত্তম অথৌদি
কোংনা চৈকরবদি শাওগদবনিনা কত্তমা লকরবদি নোকহন্নগা জ্ঞান
অহুমক। নোক্নবদি অতৈনসু মত্তেং পাংলৈ নোকমিন্নৈ, কপ্নবদি অতৈনা
নত্মশিংদে, লাপথোকখি।" মরম অহুনা মানা মাগী ত্রামাদা শীজিন্নরিবা
ফাগিগসু চুম্নী ইচম চম্বা ফাগি নত্তে; অর্থ চোম্বা মরা থৌরবা
কাপি ভাক্তনি। ফাগিগীমক ফাগি তৌবা নত্তে। সমাজগী অশোয়বা
অয়ানবা কয়া মীওই কয়াগী অশোনবা মরমচংশিংনচিংববু চুমথোক্নবা
করেম্মতুনা লংনরকপদা নাত্তে চায়বা থুৰেলায় ওইনা শীজিন্নবনি।

চুমগী মী নোকহন্নবতা তৌবা অনেম্বা মখলগী ফাগিনদি তাইবং মীবু অদাংবা থাক অমদা পুখৎপা ওমদে। তোংবাগী ফাগি অদাংবা থাক্কী ফাগিনি শাফু লৈরবা "রিভ এন্দ হ্যমর" শীজিন্নদুনা মাগী লীলাগী শক্রম শাগৎপনি।

ঐথোয়না উজবা মীৎয়েংদা নোক্লিংবা উবা ওমলদ্রবদু মহাক্কী থোরবা মীৎয়েংনা পুথোরকপা মতম্দদি ঐথোয়মু নোক্নবা ওমদে। ঐথোয় ইশ্যাগী মায়দা হায়ুক তৈবদু মিংশেলদা য়েংলবা মতমদা নোক্লিংবা পোকপা অদুগুম অশোনবা অশোয়বা কয়া অদু তোংবানা মিংশেল থান্নুনা য়েংহনবগুম্বনি। মহাক্কী লীলাগী মপুং ওইবা ফাগিগী মশক্তি অর্থ চেন্নবা অরায় অথুম নৱগা য়াবী য়াতাইদা, তাঙা চানা নোক্লিং থোদোক (কোমিকেল সিচুয়েসন) শেম্বদা লীলা মীশিংগী মশক য়েকপা (কেরক্টাইজেসন) দা উবা ফংই। অদুগা মাগী লীলাশিংগী মরক্তা নোক্লা নোক্লা কপ্লিংবসু ফাওহনবা থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা ফিভম্না পোলোই ওইবা লীলা কয়াসু য়াওরি। মতাংসিদা পনবা য়াবদি থোইরুম মোমোনত তৌদুনা লৈবা মীওইশিংগী পুন্সীদা অরাবা খুদোং-থিবগী চৈনা কয়া ফাওরবসু মখোয়গী মায়থোংনা থঙহন্দে, মালহন্দে অদুগুম্বনি তোংবাসু। থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইরবা য়াকম কয়া অদু মাগী মহায়দোক্লা ফাগি ওনথিবগী রাদনি। অদুবু ফাগিশিং অসিগী মরুমদা লোতুনা লৈরিবা অর্থশিং অদু থীরুরবদি শোয়দনা খঙবা ওমগনি জি বি: সোগুম মহাকসু নোক্লা নোক্লা কপ্লিবনি, জি: বি: শোনা হায়রম্বদু নীংশিঙবা য়াই "......... the gayest man of his age was its most serious writer."

মতম মতমগী ওইবা থোদোক য়াথোক শোকচিন্নবা মরান্ন অমিগী ফিভম, গণতন্ত্রগী অশোয়বা, শেঙা থুমজা, মীওইবগী অপোনবা মচুমচৎ কয়ানচিংবশিং অসি নৈনবগীদমক মাগী ড্রামাগী লেবোরেটরিদা শংঙিবা মচাকশিং অসি ওরে। কনাগী ফজা য়ারী, মোইরাং কংলেরোন, ইতিহাস, রামায়ণ মহাভারতকী য়ারানচিংবদম্ম কাওবা মচেৎ মচেৎ

ফজুনা শুংলগা হৌজিক্কী মতমগী মীওইশিংবু, সমাজবু লক্কবা নোকরা ওইবা লীলাশিং ওইনা থাদোরকই। অদুনা থোরকই 'ইম্ফাল থে.ইবী', 'কলিদ ভীম্না মন্ত্রী', 'সনা চহী মণ্ডা', শর্ম্মিষ্টা-দেবযানী, চাংয়েং মাপ্প' অসিনচিংবা। রারী অমসুং চরিত্রশিংগী মচং অদু লৌরগা ওন্ন তৈনবা মওংদা হৌজিক হৌজিক্কী লোন, ডাংহন্দুনা হৌজিক মতমগী থৌদোক রাথোক্কী থ্রিভমদা পানশিন্দুনা উৎলকপা নৈনরকপা মতমদা নোক্লিংবা থুংঙাইবা লীলা মথল অমা ওইরকই। কনাগুম্বা অহল লম্মন থরনদি শাওনবা য়াওই লুনা নীংনরিবা রারী অমসুং লাই ওইনা থন্নরিবা চরিত্রশিংবু করেম্নবনি শীদোকপনি হায়না। মসিগী মতাংদা ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বীনা অস্নুম্না মত পী 'মাগী অনৌবা লীলা 'চাংয়েং মাপ্প'দা মহাভারত অমসুং বামায়ণগী কুন্তী অমসুং তাবাবু করেম্নদুনা নোক্নবা নত্তে। হান্না তমথ্রবা, য়াত্তনা শেমগ্রবা মহাকাব্যশিংগী চরিত্রশিংদা লৈরিবা লমচৎ, নীতিজ্ঞানগী মশক্কা হৌজিক্কী মতমগী হিংবা অমসুং নীংতম্বগা থেন্নবগী মশক অদু উৎপনি।' তশেংবমক তোংব্রানা রারীশিং অমসুং চরিত্রশিং অসিদা করেম কথাইনবগী রাফম লৈতে; মাগী চাংয়েংগী পাম্বৈ অমা ওইনা লৌরুবত্তনি।

মাগী ফাগিগী তাইবংদা ওইথোক্কবা হায়বা অমা লৈতে। পূম্নমক ওইথোকহল্লি। ফাগিনা খুৎলাই ওইরগা লাইরা ভিনরাঙ্গুম্নবা মহাক্কী পাউজেল, পাউদম অদু পীহৌনবা লাক্কে। অদুনা ওইথোক্তবা কয়াবু ওইথোকহনবা, ওইদবা রাবু অওইবা মালহনবা মাগী লীলাগী শকওং অসিনসু মাগী ফাগিগী মচাক হুন্দবা নত্তে থৌনা ফবী মুপা মরায় অমা হেনবী মুপীগী চরিত্র কয়া শেমগৎলি। অদুগা মথোয়গী থেন্নবা শাজৎ, রাঙাংশিং অদুনা (থাজবা ওম্নদ্রবসু) নোক্লিং মচাক অমদি ওইহল্লি। শা-ঙাশিং মরোল থোকহল্লি, রা ঙাংহল্লি। মাগী কল্পনাগী শক্তিনা ওমদবা লৈত্তে।

**নোক্কনিং থোদোক শেম্বা অমসুং অরায় অথুম্বদা য়াওরিবা ফাগি :**

তোংব্রাগী ফাগিগী তাইবংগী শক্লোন য়ামজরবসু মাগী ফাম্বিগী মচং ওইবা মশক অদুদি ময়া থোরবা মরৈ তৌনবগী রাঙাংশিংদা,

অরায় অথুবদ অমুম্বি নোঙ্খিং খোদোক কয়া শেমগৎ শাগৎপগী হৈশিংবা মওং অপিনা ওইরি। খুদম ওইনা খরদং মাপী লীলা ১/২ দগী য়েংবা য়াই। ধর্ম্ম তিন্নদবা অনৌগী মচৈ য়েৎনবা অরায় অথুবদা—

খুৎতুম —স্নাথ্যাখোয়ন বৈষ্ণব ধর্ম্মদ ঙা চায়দো। ইপা ইপু পোকপ নিংবা, ইরোলন লাই শোঙ্গব ঐখোয়বু শোয়াৎত ঙা খোংব চায় হায়রিবি; ঙাসি মহাও কাওব ওস্থিরবদি ঝ্বুলি টুপীগি ভাংতু থাদোকপিয়ো, মৈতৈগী ধর্ম্ম চৎসি মীঙোন্দ নপ্তো শরুক।

শেঙ্গাওম্না—ধর্ম্মদি লম মাঙ্গোল নাইদে। কল্লক য়েংথিনবগি মচাক য়াওব, সাহিত্য লায়রব ধর্ম্মদি কোম মচাগুম্বনি। মাগি মঙ্গংদ ঙা য়াম্না মক্তম কুইন থক তুঙব ওমদে। মরম অঙনা ইচিন্নাও ঐখোয় কোংগুংকী ঈশিংদ কুনামন্নদবনি।

অহঙ্গাও— খঙদন অথঙব শাবিম্ন স্নধ্য', বৈষ্ণব ধর্ম্মগি সাহিত্য, দর্শন ভাব ভান খঙব কয়া য়াম্না য়াওবগে? ব্রাহ্মণ শোনখিব সংস্কৃত মরোলশিংদু অর্থ খঙন শ্রাদ্ধ কর্ম্মদ লুহোং খোংদোংবদ থীবা ভেনরা কয়া শুবগে? ভাব তাদন মীরোলদ লাই নীংলগা শিদব মপুগি থুয়াথাদ য়োগজ্রাও? ধর্ম্মগি কারবারদ মুংলিবা মৈতৈমচা মশীং থীব ওম্মিব্রাও? বাসক, মুপীপালা, ঝ্বুলোন, কাং, ষষ্ঠী পূজা, লগুন থাংব, লুহোংবা, মন্দির-মাগুব, বৃন্দাবন, ক্ষেত্র, নবদ্বীপতগিন য়াওশঙগি য়া অচাকপ-কাও লাইয়োইব কারবারাগী করি কামরি? ধর্ম্মবু মী য়োকত্রাও মী মুৎনত্রাও?

শেঙ্গাওম্না—ধর্ম্মদ ভাইমগদব নত্তে মহুদি, মী মীন্থন পঙজত্থন অরেম্বদ শেল য়াম্না তিংহনজবনি। শিকি মঙান শ্রদ্ধ শোনবদা কনানন্থ কাদোক থাগেটি। (হিংমিম্নব লাঃ ৮,৯)

য়েৎনম্নিব মরৈ অসিগী অরায় অথুমদ ধর্ম্মগী মিংদা অয়ানবা চৎনবী থাজনবীবু কাগি তৌত্থনা কাম্রমরি। অমুকন্থ কোক কায়রবা থাংতৈকম্নাবু

মাইবনা পুক শুহনবগী নোক্লিং খোঁদোক অমা শেমহনা অন্ধবিশ্বাসতা থাজবা কাংবুৱ করেম্নরকই—

বান্ধব মাইবা—লমহেনগন্নৌ থাংতেকম্না৷ থায়না নিংখৌ পাল্লিঠৈলদি লিংজেল কব কাম্নরমই, হুজিক্তি থানাচ চন্না হেনগেদনি। পুলিশ মশীং য়ামথংহল্লিব, ভলবকি শেল য়াম্না চংহল্লিবসিন্ন তাস, লিক্ক্রী, শিংজং, থাঙ, সিনেমা, থাবল, লিকোল, মাইক্কি মরুপ নহারোল নথোয়না পঙবদগিনি। হিম্ন্ৰেৰ নবুক্ক ভাইহাক্তং পায়বিরমগে। বান্ধব ঐবু মীন পাক পাক কংবা অহোঙব মাইব ওইরবোই নিঙব্রাও?

থাংতেক—(কক্ত কয়গ) কোক্ত মীন চেক্ক শুরম্মগ চেনখিবগি কায়বসিবু পুক্ত শুৱগ কলব্রনে ইপু?

বান্ধব— তারিব্রা শিজ! নহারোল ইন্ফাল কাবগী মরৈনে?

মোম্বী— (মচাদ) নং’ খঙপোং নত্তে, অহলগি য়াথংনি হিম্ন্ৰ।

(হিংমিরব/লাঃ ১৮)

মখোঁদা পুক্লিং লুপ্নব্রবা শেল চাবগী হৈনবী লৈরক্লবা সরকারগী থবক তৌরিবশিংগী মশক লকনহনা উংলকই—

শেম্নাওম্না—ইন্সপেক্টর সাহেব! ইবোহল মুংথং কাবসিবু লুপা য়ামব্রবদ কয়া য়াম্ন চঙগদগে?

ইন্সপেক্টর—মতম৷ মীতান শেল ভিংদৌরিবনি য়াথ্যা। মরেক্কিদি মীগি মকোক থুগাইরম্ন তাকু কাবসিদি থানাগি মখৌনি৷ ভলব চারিবহুগি কাকম থোকপ ডিউটিনি। মতম অসিন তলবনদি য়ুম পানব ওয়দেদো পোৎ পুয়মক তাঙবন চায়জরিব। (হিংমিরব/লাঃ ২০)

থনুংদি শেংদনা মপান্থোংগী কুয়াংবানদমক চাউথংপা মানহল্লপা চাউথংপা ওইবা য়াদে হায়বা অইবগী শাকু লৈরবা লীলা “তপ্তা” দা য়াথুয়োন তিয়দবা অনৌগী মরৈদা য়াওরিবা অর্থ লৈরবা কাগি অসি অমুক য়েংবীয়ু—

(১) বাবা—নেগ্রো লোইবদগি য়ু, এস, এ, চাউখৎপে, নেগ্রোশিংবু
কুচু তৌরব্রাও?

হৈরোল— মনপ মতিনদি তৌব্রাও?

ফরাংজি— হুজিক আমেরিকাদ নেগ্রোশিং য়াম্না মুংতাইব য়ুম্বান করব
য়াম্না য়াওরে।

ইন্দুবালা—দলান লৈব কায় তোংবা য়াম্মে।

বাবা — সাহেবকি কারদ তোংব য়াওব হুইমচা হৌদোং মচা মশীং
য়াম্মে।

হৈরোল— মমাম্বব কায় তোংবা ঐখোয় থুঙংগি হুই হৌদোং মখে
চাক ওইনরে, নহারোলন কায়গ চাক চানগে তৌবদ খোংবহ্
মখোল থোক্কে, শোনবন।

ফরাংজি— মহৌশারোল খওব হেঙৎপদগি য়াম্না মী চাউখৎনরে।

ইন্দুবালা—অশিংব মীশিংন চাওখৎপ মরক্ত য়াওনব লাক্লে।

বাবা— মহৌশারোন খওব অশিংবশিংন মতৌ তম্লিংব পওতক
তৌবশিংবু যন ইরোইশিংগুম শিজিন্নব পাম্মী।

(তপ্তা/লা: ৩১, ৩২)

(২) কনাগুম্ব— ইবুংঙো, খাজদব তৌম্ব য়াও-চাউ পাম হায়ব কাংথুসি
পুরাদ য়াওব পার্টিনি। পুরাগি মরোম "লশিঙ মোইখাপ
লুপখিনি, খোম্ব হুংন তাউরনি" হায়বহ্ হুজিক চুম্বিবসিনি।
কালেনথাদ চে পাম্রিং শেৎনরে লিংনরে বিংথমখাদন শমুগি
ফুরিং খোজ্রাও, ইমফি তাক্ক; মোইখাপ মাঙ্গ্রবনে। খোম্ব
হুং তাউনি হায়বহ্ লম্মাং কয়াদ শীন্নংশঙ শানব যাত্রা
হুং হনখিবশিংহুনি। মখোয়হ্ শঙ শাগৎলক্লবদি হুং হৌরে
চেক হৌরে হাংগদবনি; শারোইদবদ লংখোক্লুনা থম শঙহ্
তাউব হুং হায়বহুনি। য়াও-চাউ-পামগি খোরাংসি থাজো-
সনা; পুরাম্দ য়াওখনি।

হৈরোল— তাদ হুং-কেং, খোইত্রিং খোইত্রাংহ্ ঐতোম্দ পাউতাক

> পীব য়াওরব্রাও ? খণ্ডবিয়ু ঐদি শোয়দন চাউখৎপ পাম্ন কাংবদ য়াওব মীনি, শোষ্ট-চাউ-পামদ মী পুম্নমক মম্নিং চন্নখিনি। বাজী থুপপ্রবসু চেচে, ডাচা, খুড়া, মাম ইন্নে ইস্পোল পুম্নমক্ য়াওবনি মসু মোৎলগ মপান্দ মকুদ, নানবা চাউখৎপা তুং কোইবা য়াদে। ডাকু কাংবু কান্ন ভোংব, দলাদ লৈব, খুৎলাই পায়বম ভাকপ লৈ। দলাল কান্ন ফজবগিদমক চাউখৎলে হায়ব যাত্রা ?
>
> ( ভল্গা/লাঃ ৫৯, ৬০ )

অসিগুম্বা অর্থ লৈরবা অবায় অখুমগী ফাগি অসিগা লোয়ননা অরানবা ভৌরিবা করাবু চুমাথংকুবা চোংনবগী সিদোংলিক ওইন শেম্নিবা মুই অমৈ চুমখোকপগী মতাং অসি মোক্লিংবা পোকহনবগা লোয়ননা, থাখলসু খসুহনবগী শাফু লৈবা মচাকসু ওইবি।

**সমাজগী অমসুং মীওইবগী অশোবনবা মরমচৎপু কারেমমদা য়াওরিবা ফাগি ঃ**

সমাজদা অশোয়বা অরানবা নমথাক ভৌরিবশিং, মশানা মশাগী অশোয়বা খঙজবা মীওইশিংবু ভোংবানা ফাগি ভৌহনা পেম্না লক্লে কল্লে। 'গণভূত্ম' গী লৌরিক ওইরিবা মশকপু অসুম্না শৈথারি—
"খুরুমজৈ ইমা গণদেবী। লৈপাক মীয়ামা পামবী। লোইবী কৈলাস থানোকসু। লৈবাক লৈবাক কোয়রবী। য়েকমপি কিগে খোল্লিবী। আন্নোয়া লৈচীন উপরিবী ; য়েক্লোট ইপুদ শবজোংবী, মীয়াম ভোং ভোং ইমরী। ভোটর লিটন ওইদ পাম নোউকি জেব যেৎত উং, মম্ন লাইরক লংজনবী। মীচম, মরী কাড়নবী। চাক, লনকুবিরমুকো। চবা অনীমুং খোইরিমু। খুরুমজৈ ইমা গণদেবী। শেক্লাওগি মভোন ওইগনবী।"
( চেঙনী খুল্লাই/লাঃ ৩১ )

'পশুমো কুশারী মমল ম্নারবা মকপু য়োম্নোক্লিয়া ভান্ন ভাজবা ভোটর প্রজা অমসুং লৈবাকী কানবা ভৌদ্রবা মচৎ চুমদবা য়াজনীতিবলাশিংবু কনক পেম্না কয়েয়—

তখেল— প্রজানা সুক পঙনবসিবু কবিগীনো ? মচৎ চুমত্রবা খাজ-হল্লগ লৈবাকপু হাংলি খঙলব মীশিংদ হন্ন হন্ন ফাবৌঙা চরা অমগীদমক ভোট পীশিনবসিবু করম্ব প্রজাশিংনো ? বৈষ্ণবনি হায়রগা ঙা চামবরাও ? অত্নক পঙলবদি ফাবৌ চানিংগনো — শজিক চাসে, লফু চাসে। (শাওন) ওঃ-ওঃ (ময়ামস্থ খোংই)

(চঙনী খুজাই লাঃ ৫৩)

লাইরিক হৈহৌদবদগী মতিক চানা রাখল শীজিন্নবা ভমত্রবা, মন্ত্রীদি ওইশিল্লুরবশিংগী অশোয়বা শক্তিদা ঙাওবা মতৌদু অস্থন্না করেম্নরি—

ভীম— ঐ মন্ত্রী ওইনিংই মন্ত্রী ওইখিগনি নত্রবদি ইফম তাবগা ঐ হিংত্নন লৈব ঙম্মোই মন্ত্রী ওইনব উপায় তাকউ, ঐ মন্ত্রী ওইখিগে।

(পিশিক অমস্থং চেটর্জিনা চৌকিদ ফমহল্লি)

বিঃ সিঃ— তপথখো ইতাও, মন্ত্রী ওইনবা পাম্বৈ লৈ, করিগী লৈতদগে। লাইরিক হৈব নিপান, মন্ত্রী ওইগদবনে, প্রজাশিংস্থ লাইরিক হৈগদবনি। রাজনীতি খঙ্গদবনি। ইতাওনবু লাইরিক হৈববদি জ্ঞান লৈরবদি ইতাওবু ঐ শোয়দনা মন্ত্রী হাপকে।

ভীম— ইতাও ঐবু লাইরিক তম্বগা হৈরকখিগত্রা ? (তপ্প)

(কলিদ ভীম্ম মন্ত্রী, লাঃ৭০)

মীওইবগী অশোনবা মরমচৎ—মশাগীতা খনবা মতৌবু পুথোক্তুনা মরুবগী খুদম "মনি মমৌ" লীলাদা য়াওরিবসি য়েংবীয়ু :—

বসন্তনা মণিরত্নন শিরে হায়ব লংফৈদৈ পাউ পুরকপদু তাবদা তেংথানরিবা মরোলশিং : মমানা— "ইমাগী ইবুংঙো, লৈত্রবদি মীগী শেল অস্থক রান্না পুথরিবসিদি কনানা শিংবিদগে ?" মচন মোহিনীনা "ও তাচৌ। ইপা শরুবাও, নং লৈত্রবদি ঐগী লুহোংবদা কনানা

ইবুক চানা ইওং ইউন তম্বিগদগেনে তাচো ?" মনাও মণিহাররনা – 'ওাইখো মোহিনী, নংবুদি ঐনা চহি হল্লিবনে। ভায়া, তাচৌনা চান্নরনা হিপ্পবা মতমদা মনাও পাখং তিং লাওরবা অমা মণিপুরদা লৈহৌই, লো য়োন্দুনা ওইরে মাগী বিবাহ কর্ম্মগী রা কা পল্লমদেকো।'" মণিরতনগী মুপীনা তেংথবদা –"হা ইবুংঙো মুংশিবসু পাম্মুবসু পুল্লুবাও ! ইবানি তোঙান্না ইপামদা লৈরিঙৈদা ঙারৌ চারে ভংথায় য়েন্নতুনা চামিন্নরম্বদো হুজিক্তি মপুম ওইনা চারো হায়ররব্রাও ?" অসিনাচিংবা।

অসুম্না লীলা মীগী মচৎ য়েকপদা, অরায় অথুমদা, নোক্লিং থোদোক শেম্বদা থল্লিবা কাগিশিং অসিগী মহুংদা থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইরবা নোক্লা নোক্লা পি শিন্নহনবা অরা পোলোই ওইরবা) 'মেট্রিক পাস', 'চেঙনী খুজাই', 'প্রজাশিং খুদোল যন্নাও থম্মোই', 'মুপী অধিকার' নচিংবা মহাক্কী লীলা থরনা পীরিবা কাওঙমদ্রবা শাফু লৈরবা ঈথিল অসি য়েংলুরবদি— ফাগি তৌতুনা থম্মোয় শোক্লবা রাকম কয়াবু 'ফিল্ম' গী তাইবংদা নোকহন নোকহননা চৈনা পীবা ঙমলম্বা চার্লি চেপ্লিনবু নীংশিঙবা য়াই। চার্লি চেপ্লিনবু শীংথারতুনা অইবা অমনা হায়খি— "But in his own person he is impressive rather than funny. And it is this fact that sets him apart and makes the word comedian seem a little inadequate to describe him. He is a poet of 'humour'. মসিমক ঐখোয়সু তোংব্রাদা হায়নিংই। চেপ্লিননা ফিল্মগী তাইবংদা পীরিবা শাফু অতুমক তোংব্রানসু ঐখোয়গী মণিপুরী ড্রামাদা পীরি। অতুনা তোংব্রা চুম্নগী ফাগি তৌবা অমা নত্তে। কাগিগী কবিনি। কবিত্ব শক্তি লৈরবা অইবনি।

**রারোইশিন ঃ**

তোংব্রাগী পাক চাউরবা ঈপাকপু মশক তাকপা হায়বসি অরাইবা নত্তে 'মরেপ য়ৌনা লুপথতুনা থিবা' তায়কই। 'অতুনা পুখোকচরিবা চে অসি মপুং ফাব্রিবা, মশক 'থঙনবগী' খিজিনবা 'হৌরক্লিবা' অমনি

হায়না লৌবীবা য়াই। থৈজদতা নত্তুনা অইবা অসিগী লীলা কয়া শুমাং লীলা ওইনস্থু মায় পাক্লা শান্নখিবা কয়া লৈখ্রে। 'মৈতৈ চন্নু', মেত্রিক পাস', 'নিঙোল মরা পাস', 'মেমথোইবী' অসিনচিংবা কয়া ভাবক কয়াগী থম্মোয়বু শুক্ষ্মৎতুনা জয় তৌখ্রবনি। হৌজিক্কী শুমাং লীলা শান্নরিবশিংনা অইবা অসিগী লীলাবু কাওথোকখিবসি লাইবক থীবনি।

মতাংসিদা কনাগুম্বনা অইবা অসিগী লীলা খুদিংমক হেক্তা অরাংবা থক্কী ওইরগদ্রা হায়বা রাহং হুংবীনিংবা য়াই মতুগী পাউথুম ওইনা খুমজবা তারবদি থাদস্থু অমুবা মাইহিং পকই হায়নবগুম লীলা চামা ০০ হেন্না ইবদা অইবা অসিগী লীলা থরদি শোয়দনমক্কী থুম থাও নমফাত্তবা য়াওবা তাবনি। মাম্মী লীলাগী অফ ফত্ত কয়া নৈনরবা মতুংদা শক্লাইরবা সমালোচক থরনা হায়রিবশিংসি য়েংবা য়াই। গৌরদাসনা হায়— "অরূম্বা পুঙমদমা সমস্যাশিংবু (সেরিঅস প্রোব্লেমশিংবু) লাইট হ্যমরগী মওংদা পুথোক্কনা ইকোম কোম্না ইয়াং য়াংবা পুবা ঙমহনবা হায়বসিমস্থু তোংব্রাগী ড্রামাশিংগী অচৌবা খুদোল অমনি হায়না লৌবা তাই।" অমুকস্থু - " ......... সেতায়ারিকেল সোসিয়েল প্লে ইবা অমা ওইনা হৌজিক হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা গীতচন্দ্রনা কল্লিবা ফম্ফম অসিবু কন্না শীংনবা থোইদোকপা লেখক অমতা চোংথোক্কপা উক্রি।" হায়রিবা মোত অসিগা চাননা নীলকান্তনস্থু হায়রি - "ড্রামাগী জগত্ত নাইতোম থোরকপা মতুং ইমবীনবা য়াওদবা, ইনবা ফাউবা ঙমদবা মীশক অমনা গীতচন্দ্র তোংব্রা।" নোংমাইথেম তোম্বীনা হায় - " ...... তোংব্রাদি মণিপুরী সাহিত্যদা য়ান্না তাওবা অমস্থুং তোপ তোপ্পা ড্রামাটিষ্ট অমনি।"

অচুম্বমক্তি মহাকপু চুম্নগী ফাগি তৌবা, ইবসেন, শো, সেক্সপিয়ার নচিংবগী লীলাগী মতৌ তম্বথক্ত ওইনা উবা তারবদি অচৌবা ড্রামাটিষ্ট অসিদা পাপ লংশিনবা ওইনা থোকনি।

চহী ৮০ হেন্নবা কাওবদা ইবা লেপত্রিবা মণিপুরদা খ্বায়দগী হেন্না লাইরিক মশীং য়াম্না ইবা ভমস্থুং কোঙমা ফাগিগী সম্রাট অসিনা করিগুম্বা যযাতি নিংথৌগুম চহী লিশিং অমা পুন্সিবা য়ারবদি কয়াদা মুংঙাইগবা।

মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং ঃ


১। L. J. Potts: Comedy, London, 1948

২। Hazlitt : Lectures on the English Comic Writers, London, 1963.

৩। P. P. Mehta: Comedy (Its Theory and Form), Bareilly (U.P.), 1987.

৪। Marjorie Boulton: The Anatomy of Drama, New Delhi, 1985.

৫। K. Chandrasekharan: Golden Harvest, Bmbay, 1977.

৬। R. J. Kanfmann (ed.): G.B. Shaw (A collection of critical Essays), New Delhi, 1979.

৭। মোংমাইথেম তোম্বী সিংহ: মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎয়েং অমা, ইম্ফাল, ১৯৮৫।

৮। ডা: দীনমণি সিংহ: মণিপু সাহি্য অমস্থুং সাহিত্যকার ইম্ফাল, ১৯৬৯।

৯। অয়েকপম শ্যমস্থন্দর সিংহ: মণিপুরগী শুমাং লীলা অমস্থুং থিয়েটর ইম্ফাল, ১৯৮০।

১০। নিংথোম্বম ইবোবী সিংহ: মণিপুরগী শুমাং লীলা অমস্থুং বারেং মথল মথা, ১৯৮৬।

১১। হাওবম গৌরদাস সিংহ: মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা, ইম্ফাল, ১৯৮৩।

১২। জি: সি: তোংব্রাগী ড্রামা অমস্থুং বারেং লাইরিকশিং। লোইজরে।

১। ডাঃ এলাংবম দীনমণি : ১৯৪০ দা পোকই, লৈফম শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই। এম এ হিন্দী পারঙ্গত পি. ঐচ দি নি। মণিপুরী বিশ্ববিদ্যালয়. মণিপুরী বিভাগতা প্রোফেসর ওইরি। ৱারীমচা ইবা সমালোচক, নাটক ইবা অমস্যুং অনুবাদকনি, কবিনি। লাইরিক ৩৩ (কুন্থ হুমদোই) ফোঙখ্রে। পিস্তোল অমা কুন্দালৈ অমা কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক্তা ভারতকী সাহিত্য একাদেমী এৱার্দ (১৯৮২) অমস্যুং 'ইমৈস্যুনি তৌরাস্যুমি হুঙ হুঙ' কৌবা ৱারীমচাগী লাইরিক্তা মণিপুরী স্তেত কলা একাদেমী এৱার্দ (৯৮৫) পীখ্রে। গীরিশ কনার্দকী 'হয়ৱদন' মণিপুরী অনুবাদকীদমক সাহিত্য একাদেমী ট্রান্সলেসন এৱার্দ (৯৯৪) ফংখি। দি কলচরেল ফোরম মণিপুরগী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরম্মি।

২। ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ : ১৯৪২ দা পোকই লৈফম: সেগা লম্বী লৈমজম লৈকাই। এম: এ. পি এচ দি নি। নিবন্ধকার, সমালোচক অমস্যুং জর্নেলিষ্টনি। মণিপুরী বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী বিভাগতা এসোসিয়েত প্রোফেসার ওইরি। পরিষদকী ৱারীমচা প্রেমীগী 'অত্তোপ্পা খোঞ্জেল' অমস্যুং মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী 'কাঞ্চি ৱারেং' গী সম্পাদকস্যু ওইখি। সাহিত্য নৈনবগী লাইরিক অনী ফোঙখ্রে। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী সভাপতি ওইরম্মী। মণিপুর ষ্টেত কলা একাদেমী অমস্যুং ভারতকী সাহিত্য একাদেমীগী জেনেরেল কাউন্সিলগী সদস্য ওইরি।

৩। ডাঃ কাঙবম ইবোহল সিংহ (আই: এস: কাঙজম): ১৯৪৬ তা পোকই। লৈফম : নাওরেমথোং লৌক্রাকপম লৈকাই, সগোলবন্দ। এম পি ঐচ দি নি। মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী হিন্দী বিভাগকী এসোসিয়েত প্রোফেসারনি। মণিপুরী অমস্যুং হিন্দীদা ইবা ৱারীমচা ৱাওনা লাইরিক তৱাতরেৎ. হিন্দীদা মরী ফোঙখ্রে। নহারোল সহিত্য সভা অমস্যুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেতরী ওইরম্মী। 'মহাকী ৱারেপ অমস্যুং অতৈ

রারীমচাশিং' হায়বা মণিপুরী অনুবাদতা সাহিত্য একাদেমিগী ট্রান্সলেসন এরার্দ ( ১৯৯৮ ) ফংখি । "আধুনিক মণিপুরী কবিতাত্রং" হায়বা অনুবাদকী লাইরিকতমু ভারত সরকারগী সেন্ট্রেল হিন্দী ডিরেক্টোরেতনা সার্টিফিকেত ওফ ওনর (১৯৯০-৯১) পীখি ।

৪ । শ্রীলমাবম গোজেন্দ্র সিংহ ১৯৭৩ দা পোকই । লৈফম : কৈশামথোং হোদাম লৈরক । এম, এনি সি, আই কলেজ (বিষ্ণুপুর) গী মণিপুরী বিভাগতা সিনিয়ার লেকচরর ওইরি । রারী মচা, নৈনবা রাবেং ই । রারীমচাগী থোমজিনবা লাইরিক অনী ফোঙথ্রে। ড্রামাগী একর অমমুং মমিং চৎপা ডাইরেক্টরনি । নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী জেনেরেল সেক্রেতরী, অমসুং রাখল চেফোংগী ইদিতর ওইন্মী । হৌজিক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেতরী ওইবি ।

৫ । ডা: মেমচৌবী : ময়াম্না হেন্না খঙনবা অমসুং কৌনবা মিংনি। অশেংবা মিংদি থৌনাওজম চন্নু অরাম্বম ওংবী ইবেমহল কৌই। ১৯৫৫ দা পোকই। মণিপুরগী মশকাইরবা ড্রামা ইবা শ্রীঅরাম্বম সমরেন্দ্রগী লোইনবী ওইতুনা সগোলবন্দ মৈনো লৈরক্তা লৈরি। এম, এ, পি এচ দিনি । বুধিমন্তবী জুনিয়ার হায়স্কুলদা ওজা ওইবি । রারী মচা শৈরেং অমসুং রারেংগী লাইরিক ৭ (তরেৎ) ফোংলে। মহাকী 'অন্দ্রোগী মৈ'দা খাইদেম প্রমোদিনী সনাগী মেদল (১৯৯৫) পীখি। ইউনেস্কো-অসবর্গ (১৯৯৭)গী লোরিয়েটনি। মিদল ইস্তকী লমশিংদা চৎলুরে। ভারতকী সাহিত্য একাদেমীগী মণিপুরী এদভাইজরি বোর্দকী সদস্য ওইরি।

৬ । ডা এন প্রেমচান্দ : ১৯৫৬তা পোকই। প্রেসিডেন্সী কলেজ, মোটবুংগী ইংরাজী বিভাগকী সিনিয়ার লেকচরর ওইরি। মশক নাইবা থিয়েটরগী ডিরেক্টরনি। কন্নড় লোন্দা শান্নবা অনোইলগী 'অস্থিগোনে' য়াওনা লীলা ১০ হেন্না দিরেক্সন তৌখ্রে। থিয়েটরগা মরী লৈনবা রাস্কেং কয়া ইতুনা লম অসিদা খুদোল তৌরিবা অইবনি।

## জিঃ সিঃ তোংব্রাগী শাম্নপ্রবা ড্রামাশিং ঃ

| শোব্রাগী মমিং | অহানবা শাম্নখিবগী চহী | থিয়েটর গ্রুপ |
|---|---|---|
| ১। লুপা সনা | ১৯৪৫ | সোসাইটি থিয়েটর |
| ২। জজ্জ মশাবু জেলদা | ,, | ,, |
| ৩ জুর রন্দগী করি | ১৯৪৬ | ,, |
| ৪ ইন্দিরাদা নখো থাবা | ১৯৪৭ | ,, |
| ৫। মনি-মমৌ | ,, | ,, |
| ৬। ঐপী হায়া | ,, | ,, |
| ৭ লূদা মী চঙবা | ১৯৪৮ | ,, |
| ৮ এক্টর | ১৯৪৯ | ,, |
| ৯। মিষ্টর দেস কীয়ার ( চেপ্তব ১ অমসুং ২ ) | ১৯৫০ | ,, |
| ১০। সমাজ লাংলেন সাহিত্য | ,, | রূপমহল |
| ১১। কোকিল | ,, | এম, ডি, ইউ, |
| ১২। মংপা শাবা | ,, | ,, |
| ১৩ লুংশি লমদম কৈদনো | ,, | ,, |
| ১৪। শিকারী | ১৯৫২ | ,, |
| ১৫ ইম্ফাল খোইবী চেপ্তর ১ | ১৯৫৩ | এরিয়ান |
| ১৬। ইম্ফাল খোইবী চেপ্তর ২ | ১৯৫৪ | রূপমহল |
| ১৭। হবাগাড়ী ইউনিয়ন | ১৯৫৫ | এরিয়ান |
| ১৮। হেলোয়না পুবা | ১৯৫৭ | রূপমহল |
| ১৯। মেত্রিক পাস | ,, | একজিবিসন হোল |
| ২০। য়াওশং কংঙৌ | ,, | পোলোগ্রাউণ্ড |
| ২১। সনা চহী মণ্ডা | ১৯৫৮ | রূপমহল |
| ২২। ভূত শামবা | ,, | এরিয়ান |

| লীলাগী মমিং | অহানবা শারখিবগী চহী | থিয়েটর গ্রুপ |
|---|---|---|
| ২৩। কো-ওপরেটিভ লায়েংবা | ,, | রূপমহল |
| ২৪। সরস্বতী পূজা | ১৯৫৯ | এরিয়ান |
| ২৫। তাইবঙ পাইরেং | ১৯৬০ | রূপমহল |
| ২৬। চায়নবা থাইনবা | ,, | বি. টি. পার্ক |
| ২৭। অঙম্বু ওবা | ১৯৬১ | এরিয়ান |
| ২৮। হিংমিয়বা | ,, | রূপমহল |
| ২৯। তোটনা ভূত থাজিনত্রা | ১৯৬২ | এরিয়ান |
| ৩০। লমজা পরশুরাম | ,, | রূপমহল |
| ৩১। লাঙ্গাওলগী তিংথংলৈ | ,, | গান্ধী মৈদান |
| ৩২। য়াউশং হায়েং | ,, | ,, |
| ৩৩। থামম মরূপ | ,, | এরিয়ান |
| ৩৪। অশেংবা তিঙ্গাকোক (অনুবাদ) | ,, | ,, |
| ৩৫। মুংশি লৌনম্বী | ১৯৬৪ | এম, ডি.ইউ. |
| ৩৬। লৈচিললগী নোংথাঙ | ১৯৬৫ | পোলোগ্রাউন্দ |
| ৩৭। তিলোত্তমা | ,, | বি, টি, পার্ক |
| ৩৮। স্না খোংনাং | ,, | ,, |
| ৩৯। সীতা বন্দা লংথোকপা | ,, | ,, |
| ৪০। ইবেগী কলম (অনুবাদ) | ১৯৬৬ | রূপমহল |
| ৪১। হিংগৎকনবী চেক্লা (অনুবাদ) | ,, | ,, |
| ৪২। ইমুংগী ইজ্জৎ | ,, | এরিয়ান |
| ৪৩। লৈশাবী চিঠিখেলা | ১৯৬৭ | এম, ডি, ইউ |
| ৪৪। কেবু লোংপী | ১৯৬৯ | রূপমহল |
| ৪৫। মঙাল অদো | ,, | ডান্স একাদমী |
| ৪৬। মঙলা তাইবঙলা | ,, | ,, |
| ৪৭। শাংলমই শীঙেল অমা | ,, | ,, |
| ৪৮। রসগুল্লা মন্ত্রী | ,, | ,, |
| ৪৯। কাঙ কাবী | ,, | ,, |

| লীলাগী মমিং | অহানবা শারখিবগী চহী | থিয়েটর গ্রূপ |
|---|---|---|
| ৫০। জুলিয়স সীজর (অনুবাদ) | ১৯৬৯ | এম, ডি, ইউ |
| ৫১। মেমথোইবী | ১৯৭০ | ,, |
| ৫২। সনাগী শজি | ,, | এরিয়ান |
| ৫৩। লৈবাক মচা | ,, | ,, |
| ৫৪। চেঙনী খুজাই | ,, | ,, |
| ৫৫। ঐখোয় বাজি | ,, | মেলা হোন |
| ৫৬। হিংবতাই করিগুম্বা পাখৈ | ১৯৭১ | এরিয়ান |
| ৫৭ মৈতৈ চনু | ,, | ,, |
| ৫৮। মতমগী মায়থুম | ,, | ,, |
| ৫৯। শান্নবা (অনুবাদ) | ,, | ,, |
| ৬০। মীওাংপা অনী (অনুবাদ) | ,, | ,, |
| ৬১। কাছার চনু সন্ধ্যারানী | ,, | ,, |
| ৬২। তাজমহল | ১৯৭২ | জে, এন, এম, হোল |
| ৬৩। রাজকুমার শোল্লবী | ,, | এম, ডি, ইউ |
| ৬৪। নরখাম্ব | ,, | ,, |
| ৬৫। মণি খিবা | ,, | ,, |
| ৬৬। লীলা য়েংমিন্নবা | ১৯৭৩ | এরিয়ান |
| ৬৭। মীয়াং যজ্ঞ | ,, | ,, |
| ৬৮। তপ্তা | ,, | জি, এম, হোল |
| ৬৯ ওবোংখাউ | ১৯৭৪ | এরিয়ান |
| ৭০। কাংখধাও | ,, | জি, এম, হোল |
| ৮০। তঙাইফদবা | ,, | এম, ডি, ইউ |
| ৮১। লৈকং পাত্তা ইঙ্গিংবী | ১৯৭৫ | এরিয়ান |
| ৮২। ওবোংখাউ | ,, | জি, এম, হোল |

[ ওবোংখাউ ডায়মণ্ড জুবিলী সেলেব্রেসন নভেম্বর ৩০, ১৯৭৫ দী নীংশিং চেফোঙ, সোসাইটি থিয়েটরনা কোঙবদগী লৌখোকপা ]

## নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী

## ফোঙলবা লাইরিকশিং

ৱারীমচা ঃ **পুন্সি মূর্ত্তি** *(খোমজিনবা)* ১৯৬৪*
**লৈচিল্লক্কী থাজ** *(অইবাঃ শ্রীবীবেন)* ১৯৬৬*

শৈবেং ঃ **লাই অমগী বিন্দু** *(খোমজিনবা)* ১৯৬৬*
**মোনালিসা** *(অইবাঃ তোকপম ইবোমচা)* ১৯৬৮*
**অপাইবা থৱায়** *(অইবাঃ থাংজম ইবোপিশক)* ১৯৬৯*
**রুবায়ট** *(অমব খযামগী, হন্দোকপা ইবেং বীজয)* ১৯৭০*
**অতোপ্পা খোঞ্জেল** *(খোমজিনবা)* ১৯৭৫, ১৯৯৩
**খৌগংলবা লমলেম** *(টিএস ইলিযটকী হন্দোকপা এল জযচন্দ্র)* ১৯৯৩

উপন্যাস ঃ **হজ্জ** *(অইবাঃ পাচা মীতৈ)* ১৯৭০*

ড্রামা ঃ **পোক্তবী** *(অইবাঃ মহাকবি অঙাংহল)* ১৯৮৪
**সখারাম বাইন্দর** (বিজয তেন্দুলকাবগী হন্দোকপা এলঃ দামোদব) ১৯৮৬

নৈনবা ঃ **মণিপুরী লোলগী বানান** *(খোমজিনবা)* ১৯৬৭*
**ডাঃ কমল নৈনবা ৱারেং** *(খোমজিনবা)* ১৯৮২, ১৯৯২
**মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা** *(খোমজিনবা)* ১৯৮৩, ১৯৯৪*
**মণিপুরী সাহিত্যগী পরম্পরা** *(খোমজিনবা)* ১৯৮৬
**অঙাংহল নৈনবা ৱারেং** *(খোমজিনবা)* ১৯৮৮
**দরেন্দ্রজিৎ অমসুং নবদ্বিপচন্দ্র নৈনবা ৱারেং** *(খোমজিনবা)* ১৯৮৮
**খ্বাইরাকপম চাউবা নৈনবা ৱারেং** *(খোমজিনবা)* ১৯৯০
**বঙ্কীমচন্দ্র নৈনবা ৱারেং** *(খোমজিনবা)* ১৯৯২
**মীনকেতন নৈনবা ৱারেং** *(খোমজিনবা)* ১৯৯৭

---

** য়োম্লবা লৈত্রবা লাইরিকশিং*